# লাইরেল মরীক্ষোং

এলাংবম দীনমনি

বোধি পাব্লিকেশন
ইম্ফাল

ফোঙবা, দিনেশ্বরী, দিনেশ্বর অমদি কার্টরনা বোবী পব্লিকেশন্স শীংজমৈ বাজার, ইম্ফালগী দমক্তা ; খুৎনম, অহানবা ১৯৯১ : ফেব্রুৱারী তাং ২৮ : মশীং লৌশীং অমা চামা : নম্ফম, মণিপুর গীতা প্রেস, শীংজমৈ বাজার ইম্ফাল : মমল লুপা নীফু ( মথুম অথাবা ) লুপা কুন্থা ( মথুম অপাবা )




LAIREL MARIMBONG, a collection of short stories by E. Dinamani ; Published by Dineshwari, Dineshwar and Karter for BOBI PUBLICATIONS Singjamei Imphal ; 1st edition, 1991 Feb. Printed at Manipur Gita Press, Singjamei ; Price Rupees Forty/Thirty.

পুম্নমক্তা কৎখোকচরি

অমনা

মণিপুরী সাহিত্যবু চাওখৎহল্লনবা
অমদি চাউখৎহল্লনবগী মরমদবু
ওইরবদি লাইরিক অসিদা যাওরিবা
রবীশিং অসি শীঙ্জিন্ননীংবা মওংদা
শীঙ্জিন্নবিবা য়াই। অয়াবা লৌবিদবা
যাই; পাউদংদি শীনবিরকসি।

## বাহৈ অনী-মরীদং

ইবনি হায়দনা ইশিল্লুরবনিনা অপাম-পামদ পূম্নমক খুখারগা ময়ামগী মফমদা অমুক্কা লাম্থোকপা নত্তনা উপাই লৈতে। লায়না অসিদি খাঙবা নত্তনা করিস্থু তৌনীংঙাই লৈরম্মদরে।

ইচম-ইচম চম্মবা হান্নগী থোদোক অহু ঙাক্তুনি মীংয়েংস্থু হান্ন-হান্নগীহুনি ; লাইথেং অমত্তংদবু, ফাগীগী মীংয়েংদা পূম্নমকপু য়েংনবা লাক্লজবা অসিনি। কপ্প, কপকে হায়রবদি চনাং ইনবা য়ারবা মতম য়োরবা, শাউবু শাউগে হায়রবদি ফোগদংলোইদবা ইরল-মীরল অমত্তা লৈরক্তুবা মতাং অসিদা চিদাই অমদা ফম্মগা নোক্লনবা হোৎনবা নত্তনা করিস্থু লৈরক্তুমালে হায়না থাজহুনা পুন্সি খরদং লাম্থোকচবনি। অকক্লবা অখন্নবা লমহুং থোইনা থম্মু। পোং নত্তে ; কলমনা পুখিবা মায়ঙন অমদা পঙতাউ তাউবা হায়বহুনি। ৱারীনি হায়দনা অহুক তৌবা শারিবা হায়বহুনি ৱাদি অৱিবা ঙাক্তুনি। নৌবা নৌদবদি অপাবা অতাবগী মীংয়েংদা লৈরে। মথেল মরীক মচা অমা ওইনবা য়াত্রা ময়েংসি! য়াদ্রে কমদৌনি ; কোত্তুনা লংথোক্লুরে অহুম হেক্তা মচোংখংলকই ; লাম্নানি।

এলাংবম দীনমনি সিংহ

## বারৌশিং—

# কলকত্তাগী সীতা

জগন্নাথক্ষেত্রগী চাউরবা লাইশঙ তত্নগী মীরক খায়-খায়দুনা থোরকপত্তু অঙকপগী মশক্কি; হিংনা থোরক্কনি হায়বা থাজরুদ্রে। ঐগী নুপীদি মাগী অনাবত্তু হৌরক্কে তৌই। চঙখিবা মতাংদস্তু থরায় খুবাক্তা হাপখিবনি। ঈশ্বরগী মফম অসিমক্তবু থরায় খুবাক্তা হাপ্পা ওইনদা তৌই। হরিদ্বারগী মন্দিরশিংদা চীংচেপ চীংমায় মথং মথং কাবদা হুমাং অনপ্পি কায়; লক্ষ্মনঝুলাগী থোং লানবদা তাগে তৌবহৃদি তশেংনা শ্বায় লাউখি। গঙ্গোত্রী পাংলুবনি; মহুমদি লম্বেল তত্থায় চল্লকপগী অতুদা হল্লকপা তাখি। ঙম্না শাংলবা চীং লম্বেলশিংদু খল্লবদা ইপাই হৌগে তৌই।

করিগীনো ঈশ্বরশিং অসিনা মফম চাদ-চাদ্রবা, মী চিল্ল-চিল্লবা নত্রগা মীরক্তগী থাপ্প-থাপ্পবা মফমদতা লৈরিবসিবো। অতুগা মীয়াম্না চঙনরিবসিনা করিগী? অতৈগী থোইনা খঙলু-দ্রবস্তু ঐখোয় অনীনা চংলিবসিদি ইমিত্তা ইচা অমত্তংদি উবা ফংননবনি। ইরল-ইথুমগী রাবুদি লায়রদনা য়ুমনি হায়দনা অমা পানশিল্লূরবনিনা চাদা-নৌদাগী রা খন্দবা য়ারক্কে। লাইফম খুদিংদা খুং মরি অসি লোন্নহুনা মিত্তা পি শিন্থহুনা নিরকইবা কুইরে। হন্দক্কী খোঙচং অসিনা অহুমশুবনি! অরোইবস্তু ওইহল্লসি থন্নরবনি। লাক্লরিবা মখোয়গীস্তু মচা উনীংবগীদমক নত্রবস্তু অপাম্বা অনীংবা অমমমদি লৈরমগনি।

নীংজবা অমমম য়ামদ্রবদা পুহুনা লাকপা মীয়াম অসি ওম্বোক্লা য়াম্মী। চীক্ল-চায়নবা ঙম্নদে। হায়রুই ঐনা মঙোন্দা— য়েংউ য়ামদ্রা মীয়ামসে। ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা ঐখোয়দোনা নীংবা থুংদ্রবা মীওইসি য়াম্না লৈরবা জাংনিকো।

—অদুবু ঐখোয়দোনা নীংবা কায়বদি পঙয়াম য়ামদে।

—নঙদি করম্না খঙলিবা ?

—য়াইফ য়ুম্বালগী থৌরাং লৈবাকসিদা করিগী তৌফম থোকপগে।

খুতুপ তরেংস্থু মঙাদা মায়থীহৈদে হায়বা লৈতে। ঐ ফনা কুইনা খল্লফাওবা ভাব তাবা ঙমখিদে। ঐগীনি হায়দে ইকাইদুনা খুদক্তা হংখিদে। ফনা কুইনা লৈরবা মতুংদা তারকখি। হেক তারকপদা নোক্তবা ঙমখিদে।

য়াইফ য়ুম্বান নমহঙ্গনা থোক্লক্লিবা ময়াম অসি মানা মানা নীংলিবদু থুংজগে হাযবগী 'হায়জ-নোনজ' অমমমগা লোয়ননা লাক্লি মরী-মরী, ঈশ্বরগী মফমদা। লাক্লিবা পূম্নমক অসিবু ঈশ্বরনা নীংবা থুংহন্দনা পেলহনবা ঙম্মিদ্রা; য়ামদ্রবদা ঐবু পেলহনবা ঙমখিদ্রা ?

"চঙলক্লিবা খুদিংমকপু পেলহনগে হাযদুনা লৈজরিবী অমনি।"

খঙনীং নীংশিংলকখি। মশক শঙ-শঙ উরকই— সীতা, কলকত্তাগী সীতা।

সহরগী মমিং নাইবা, মৈঙাং থানবা মফম অমদনি। য়াম্না কুইবদি নত্রি, ফনবুদি মকুইরে। ওফিসনা থাবা ট্রেনিং অমা য়াওরকপা থা অনী হেল্লক্লে— থা অহুম চংকদবনি।

শাদদি শাদনি য়াওরিবা ঈশ্বরদস্থু ঈশ্বরদনি য়াওবা তাবা। মীগীদি, ঙক্লিবা অমনা, অহুম্মক য়াওই মতম নাইনা মতাং কক্না মথি ফোংবগী রাদনি। মতম মতাংগী ঈথিল থিংবা ঙম্বা পঙয়াম য়াম্মম্মোই। ঈশ্বরশিংদফাওবা অদুমঙাই। সহরগা মরী লৈনবা কুম্মে নুমিং অমদা অহীং অদু য়াম্না থেংনা লৈফমদা হল্লকপনি। ঙল্লপ হৌবা পার্টি অদু থেংলপ লোইবনি। মরুপ অমগা ঙাওফিং ঙাওফিং হল্লকপদা টেক্সী ড্রাইভর অদুনা রা অমা হৌদোরকপদগী ফাধফম থোক্লুনা ফাধ-ফাধদুনা লাকপা ঈহুল অমা ফৈনা কাপলকখি। চহি মতাংনা ঈকায়নরম্বা মরূপ অদুস্থু

ঈকায়রপতি তৌই হায়ববু মঙক নোম্মকই। লৈফম ওয়-ওয়-নরম্মগা গাড়ী অহু কৈনা চুমদ্রিং কাপ্লকখিবনি।

হুইরোই মাদি পাম্বা মাগী মপা মমানি। হুইরোইনা লমজীং লমতাক্লবদা পাম্বা মানা করম পোংকনি। কেকু পুম্নমক ফোং-ফোং।

মী মশক খঙগল্লবা মীগী পূক্লীং উবা হৈরবা ড্রাইভর অহুনা পুশেম্মে। য়াই থারবা জীবগুম ঐখোয় পোলি পোলি ইন্নে, ঈচঙদি য়াম্না থৌই। ওস্নোক্লা চিল্লবা বিল্ডিং অমদা কয়া রাংনা কারে! কাখৎপগী লোইবা নাইদে। ঈংলপ তৌরক্লবা অহীং অহুদা হুমাং কাংলপ তাই। মরুপ অহু কা অমদা থাজিল-লুরগা ঐবু অমুক পুখংলি। কাখৎমিন্নবদা ড্রাইভর অহুনা শিন্নরম্বা নুপা অহুনা হিদাকমনা মনমহু পুম্না কামশিনবা য়ানা নকশিন্না লৈথরক্লগা হায়রকখি—

—বাবু, ময়াম্না খ্বাইদৈ হেন্না তান্নরিবা কাহুদা পুজরিবনি। খ্বাইদৈ ফবী, খ্বায়দৈ ফজবী, চীং লেম্বীনি। বক্সিসতি চাউনা পীবিবা তাবনিকো। য়াখ্রৈদে লাল পৈশা অমা তাবা ঙমজরোই।

তংশেংবম্হ মানা পৈশা অঙাঙবী অমফাওবা তাবিখিদে। ম্নু-না পীদ্রিবমখৈ চঙহনবদি লাইরদনা কা ফাওবা তাকউ য়াদে। পীরবা মতুংদগীদি লাই তারকপসি ঙাই।

ঐনা চঙখিবদা মা পোথা চৌকী অমদা ফমহুনা লৈরমই। সীতা ফনা নীংথিনা ফজে। মখোয়না হায়নবগুম নহা ওইদ্রবম্হ য়াম্নমক চীং-লেম্মী। পঙকে কেদ্রবম্হ য়েংবা য়াগদবীনি। ঐনা চঙখিবদা মানা লেপখংলগা মোমোন মীনোক অমনা তরাম্না ওকই। ঐগা কুইনদগী খঙনরক্লবগুম কোইদনা তৌই। পৈশাগী মগুণ চাউদ-লাক্তবা নত্তে। পৈশানা খঙনহল্লি, পৈশানা কায়নহল্লি। রারী-রাতাই শাহুনা ফনা কুইনা লৈখি। কায়ন-রমদাইদা ঐনা হংলুই—।

—সীতা, রা অমা হংগে শাউগনু শাউগদ্রা ?

—করিগী শাউরুনি। অপাম্বা অমদি অশাউবা পুম্নমক খুশারবীনি।

—ও! চুম্মে। ঐগী রাহংগী পাউথুম মহৃদা তশ্বায় অমা কংলবনি। তশ্বায় অমহৃগী ওইনা হংখিবা তারি।

—তাকপিসি।

—নঙ নঙনা তৌরিবা থবক অসি ফরবনি হায়না খনব্রা ?

—খনবা খন্দবগীনা রাফম অমনি। অহৃগা ঐনা হায়জবদি ঙসি অসিদা ঐ নত্রগা ঐগুম্বী অমা মফম অসিদা লৈবমদ্রবদা অদোম ঙাইহাক্তা ওইরবস্থু পোথাবা ফংলমগদ্রা। চুম্বা খঙদে লানবা খঙদে ঙাইহাক্তুংদা ওইরবস্থু পেনবিরিবহৃ ঐখোয়গী লমথুং অমনি হায়না খনবিরো। য়ামদ্রবদা কা অসিদা চঙলক্রিবা খুদিংমকপু পেলহনগে হায়হৃনা লৈজরিবী অমনি।

—য়ারে সীতা। অহৃদি অরোইবদা অমত্তুংগা—

—অরোইবা নত্রবস্থু মঙা তরা য়ারি হায়বীযু।

—চঙলকপা খুদিংমক পেল্লগা থোকখি হায়না খনব্রা ?

—খনজে।

—য়াজরে। সীতা পোথাহৌরো।

—ফনি। মরক মরক্তা লেঙবিরকউ।

—য়োরক্কে।

ঙসি নুমিদাং মথারোমদা লৈবা অচৌবা মগুণ লৈবা লাইশঙ য়ৌরুনবা খোঙশানগদবনি। চিন্না চিন্না চঙলুগনি ; চিন্না থোরক্কনি। শেল-থুম, হৈ-রা কংলমগনি। হকথেংননা খুরুমহৃনা হায়জরুগনি। মতাংহৃদা ঐনা হংনীংলকপশিং থোকও— অসিদা লাকপা খুদিংমক পেনহনবা ঙম্মিদ্রা ?

হংগে হায়বস্থু য়ারক্লোই নীংই। হংলুরগস্থু কনানা খুম্বীগনি ঈশ্বর মাদি নোক্তা মনোকই মোমোন্দা মতৌই।

কলকত্তা, ১৯৮৭।

# মন্ত্রী ওবীরি ও-বীরি

মীখল কয়াগী মতুংদা হন্দক্কা নুপী মন্ত্রী অমা ফাওরকপসিদা লৈবাক পুম্বা নুং-পান ফাওনা হরাও-নুংঙাইনমাল্লে হায়বসি মানা মন্ত্রী ওইরকপা থা খরসিদা যাত্রা হুনখ্রিবা, শঙ্গাখ্রিবা রাফম অসিদগী খঙনৈ। মানা অথোইবা অতিথি ওইখিদবা লৈবাক অসিগী মরুওইবা (ওইদবসু) শহরশিংগী থৌরম অতাঙবনি। মানা পায়বা অশেংবা পোর্টফোলিওদি 'নুপী অঙাং য়াইফ থৌরাং' ওইরমাল্লে। অদুগা মানা হকথেং হকথেংননা মরু ওইর ওইরবা থৌদাং লৌবদি চৈতেক কোংপী শীংনবদগীনা নিয়ুক্লিয়ার শক্তি চাংয়েংগী থৌরম ফাওবনি। ঙাঙবদা ঈশিং লীগে; খঙবা খঙদবনা মাগী সেক্রেটরীদা লৈরে। মাগী সেক্রেটরীদু নহানি, পাখঙদি নত্রে। ঐখোয়গী মন্ত্রী ইবেম্মসু অহনমক্তি নত্রি; লৈশারপ লৈবিরি। পীদি কয়া পীজগন্দে অদুগা মীকৌ মীরাক্তি রাজনীতিদা নীংথিনা খোঙদাবা য়ারে। চাবদি চাগল্লি। শায়বদা ফাওবা য়া হাইরপ হাইরপ উংকল্লি। য়া-তা য়াম্না ফজৈ। য়াদা রাশী হৈজিল্লি। ময়াম্না কল্লংক্লে।

নোংমা ঐখোয়গী স্কুল লিংখংখিবগী নুমীৎ পালন তৌই। মাগী ইলাকাগা ওইবনিনা মানা অথোইবা অতিথি ওইবা তাবনি। মাঙজোননা হায়নরুরবা মতুংদা, নোংমা রাংলিঙেদা ঘার্তোন পীবা চংলুই। লৈগন্দবনিনা থাজরুদে অদুবু উচীন-নাচীন্না লৈবিরম্মী। বংগ্লোগী মাঙ্গোন মচা অদুদা মাগী সেক্রেটরীদু ফমদুনা লৈরম্মী।

—ওঝা, লেঙশিল্লকউ।

—সার, মন্ত্রীজীবু—?

—লৈ। হকচাং কয়া ঙমফাওদনা।

—ই-হে। করি ওইনা?

—অ-অসি নহান্দু নোং মরক্তা খরা ঈংলুবহুদা লোক-ওই করি-ওই—।

—ঐখোয়গীদি হয়েংনি। অদু হকচাং ঈরিদনা হয়েং— ?

—য়ানি। ঙমগদ্রা ঙম্মোইদ্রা মশা অমুক্তং উন্নবিরগা, হায়দি ঐনা ঙম্বা—।

"করি ঙমদবা য়াই— হাক-থী, হায়ব্রো! লাক্কনি ঙজাবু— হাক-থী! ঐ শোয়দনা— হাক—।" —মন্ত্রীনা লেঙথোরক্কুনা তাকপিরবা রাফম্নি।

—এ! নমস্তে মন্ত্রীজী।

—নমস্তে। লেঙশিল্লু। ঙমদবগী হায়রবদি হকচাং অসি ওজাবু পূমথীন থীন্দোকপ্রে। ফনা কন্না ঙমদে; ঙমদবাইবু— হাক—।

"ঙমদ্রগা অদুম পোত্থারো।" সেক্রেটরী অদুনা অরোনবা অধিকার অমা কোমগোম্না পায়রগা হায়খিবগুম তৌই। ঐনা চিংনরপ য়েংথোকখিবদা মন্ত্রীনা মখা চীক্লপ মমীং কুপখিগুম তৌই। ঐনা উপ্রে হায়বসি মা খঙখিগুম তৌই হায়বসি মানা ফুক হৌগংখ্রগা "ওজা লেঙগ্রো ঐখোয় হয়েং মতম চানা লাক্কে।" হায়রম্মগা খংচঙ চঙখিবগী অদুদা খল্লককুম তৌই। থোরকপদা একাগাড়ী শো হাংনা হাংনা খনখি—

—অধিকারসিবু পীবা ওইরিদ্রা লৌবা ওইরিদ্রা!

থৌরম অদু মৈতৈ পুঙদা হৌখি। মন্ত্রী ইবেম্মা মতম চানা লাকখি। মাগী মরৈকাই ওইনা তৌবনিনা চিংনখিদে; শীন্দোক-শীনজীন ঙাইহাকফাও য়াওবিখি।

শৈহৌ ঈশৈ হেক লোইবগা, কৌশিল্লকপদা, ঐখোয়গী হেড মাষ্টরনা তরাম্না ওকপগী ভাষন পীনবা চঙশিল্লকই। হেক কান্থোরকপগী অদুদা মাইক্রোফোনগী তিংলিবা তরা অদুদা লৌশিনহুনা খংতু তুশিনববু— দা-ম্। ঈরোয়ননা তুথরকপা মাইক্রোফোন অদুনা ওঝাহনগী শম পারপ তোরবা লরাই লেক্ফু অদুদা—দোপ। অরাংবদা থেংলিবা মাইক অনীদুদা কয়া হেক

হৌনা তারে। মাঙগী পরেংদা ফম্বিবা বার্তোন ফংহনা লেঙ-ঙকপা খরহ নত্তনা অঙাং ময়ামহ চপ মান্ননা—ব্রা!

—হায়ং! তুমিন লৈয়ু।

তুমিন লৈখিদে। ওঝা অহন্না কৈম্সু তৌদবা শারহনা হৌগংলগা মাইক্রোফোন তম্না চঙশিল্লকপহ চফু থুগাইবীদা ফৈনা হাইদোরকপহ ঙাই।

—ওঝাবু, হাক-থী, ওন্নরে সোমদা ফম্বীরখো।

ওঝাহনগী তরাম্না ওকচবগী ভাষন অহুম পীবিখিদদে। ওঝা সেকেণ্ড হেড মাষ্টরনা লৈতোন থারপ-থারপ অহুম হোংনবিখ্রে। ওঝা ঙমথং ইবুংঙোগীহ তরাম্না ওক্লিবরা নত্রগা অরোইবগী থাগং-ব্রাহৈ পীবিরিবরা অঙাংশিংদি খঙলম্বস্সু যাত্রা, ঐদি ভাব তাফাত্তে। মরী মঙানী মতুংদা নোংমা চা থকমিন্নবা মতাংদা হংলুবু চৈরপ তাকপিরকখি—

—হে-ব্রা! পঙইদকো ওঝা ইবুংঙো! অহুননি ওঝা ওইনা লৈরিদো। থাগত্তনবু তরাম্না ওকপগী করি অর্থ লৈরি! হা?

মতুংদদি খঙদে; হৌজিক ফাওবদি মন্নপ অহুম থোক্লি। অতৈদদি হংলুদরে।

চথরিবা থৌরম পরেং অহুনা তম্বায় খরা হেল্লকপগী অহুদা অথোইবা অতিথি হৌগংলগা তহা-তহা থোকখি। ফনা কুইনা হজিল্লক্কে। ওখাক কুইশিল্লকপগী অহুদা চিংনরপ হংলুই—

—কৈনো মন্ত্রীবু চান্ননা লেঙথ্রবরো?

—হা! চংলম্মোইনা. গাড়ীগা সেক্রেটরীগা লৈরি।

মপান্দা হাইরপ য়েংথোকখিবদা খুরা চৌকিদার চাওভল অহু মন্নুং চঙফম্লোমদা কল্লপ চেনশিনখিবা উই। খল্লি-অহল অসি ঙরাং মোরোক খরা হেজ্জিনথ্রমাল্লেদো। মোরোক চাগনবদি করি হংঙুনি, ঈরোল্লবা ফাওবদা হংলিবনি—মোরোক মেৎপদি কদায়?

ঐনা মরম অমগী ফম্বাক্তা কোইনা চংলগা, কারুবা মতাং-হুদা মন্ত্রী লেঙশিল্লকই। মরক-মরক্তা লব্রাই নাল্ল-নাল্লহনা

লেঙশিল্লিবা ওঝাহন্দা খেচিং তৌজন্নিবসি খরদং হা-নবা শীঙ্গগে করি হায়বিগে হংলুই।

—য়াইনা চাসি কৈদৌগে।

—অদু ঐখোয় ইবেম্মা মন্ত্রীদি ?

—চানিনা, অদু ঙাইখো তোম্বুং মশাদা অমুক্তা হংখো।

—ঐনা হংবদি⋯⋯ওঝাহন্না অদুম।

য়েংশিনখিবদা মন্ত্রী ইবেম্মা মমায়-মমীং ঙাঙদনা রুমাল অচৌবা অমনা মচীন খুম্মদনা মেজদা ঙাথরপ ফম্বা উই। খল্লি—কল্লিদা হন্দক্কী লোক অসিদি।

মতাং অখ্বায়দা থৌরম পরেং মথক-মখা হাইরপ-হাইরপ ওন্নবা শেন্নব্রিবা ওঝা শঙ্গোয়জাওনা কৌশিল্লকই— —বু প্রধান অতিথিগী ওইবা হৌদোকপগী ভাষন পাজরনবা — পীনজরনবা — সিবী পীবিরনবা কৌথোকচরি। মন্ত্রী ইবেম্মা তপ্না লোইরোয় লেঙখৎলকই। হেক হৌগৎলকপগী অদুদা ওঝাহন্না ফিংলপ হংলুই—

—অ, অসি, সিবী জাহ্নো।

—ওঝাবু ( জাহ্নবী ওঝা অহনগী ছাত্রী ওইখিবনি। ওঝানা সুংশিনা জাহ্নো কৌবিখিবনি )।

—নঙ, সিবী ইবেম্মা, খেরী—হা! খেচুরী চাবা—

—হা! ও-ক! ওক! ঔ-ও-ক! উ—।

রা ঙাঙগদবগী মবুক হাইরপ-হাইরপ নম্মগা হৌগৎলকপা মন্ত্রী অদু ওঝাহনগী রাহং হেক তাবমক্তা অহানবদা মমীং খংলং লংখংলকখি মতুংদা মখুৎ য়েৎনা থজীন নম্মগা নোংথক্তা য়েংখৎখি অদুগা মচীন খুম্মীবা রুমাল অদু শায়বা হৌরকুম তৌই। থৌরম শেন্নব্রিবা ওঝানা অমুক্তা—

—অদুনা হৌজিক প্রধান অতিথিনী দেবীনা ভাষন পীবিগনি ; কৌশিঞ্জরি। ( ওঝাসি মরক অমা হিন্দীগী ওঝা ওইরম্মী )

অনীরক্তা নক্তে অহুম্নক্লি কৌথোকপা। মন্ত্রী ইবেম্মম্মু লাক্লদবা নক্তে ; ময়াঙলেন তিম্বৎ-তিম্বৎতুনা থোরক্লবা লাক্লখি। অসুম লাক্লরম্বনা মেজদা ঙাথরগা লাউরকই— ওক-ওক! ও—।

## মন্ত্রী ওবীরি ও-বীরি

মন্ত্রী থজীন চান্নবা নম্মগা ফমথখরে। লাউবদি লেপ্পা লৈতে ডাইহাক্কী মমাঙদগী চেনখংনরকপা মীয়াম্মা ফম্বাক অদু থমকোক তৌরে। মপান্দা লৈরুবা সেক্রেটরীদু পাইশিল্লক্লুনা কোনখংলে। নক্লা ফম্মিবা নোংমৈ-মী ( গনমেন ) অদুনা নাক-য়েং চেকশিন্না শেন্নবা মাপ্লি। ময়াম মরাং-মরাং তৌনৈ। থেৰম-পরেং অদু থবং কক্লুনা লোইশিনখ্রে। মন্ত্রী ইবেম্মবু তপ্পা থাংজিন্দুনা হিপ্লপ ফমহল্লে।

--ঈশিং, ঈশিং, ঈশিং খিঙং ফানহনসি। খিঙং য়োংলগা—।

—ওক! ও—।

ওবাশিংগী কমনরুমদা চঙশিন্দুনা ফিল্টরদগী ঈশিং য়ারুই। খুড়া চাওভল থোঙজীন মপান্দা লেপ্লগা মখুংনা মচীন খুমলপ তৌরগা থিক-থিক নোক্লুনা লৈবা উই। থংনবা কাদগী লাউরকই— —ও-ক!

খুড়া চাওভল থিক-থিক-থিক।

—খুড়া কৈদৌরে?

খমদে। খুম্বা ঙমদবগী মওংনি; থিক-থিক নোক্লুনা অদুম লৈ।

—ওক! ও-ক।

—থিক-থিক-থিক!

—খুড়া নঙবু কৈদৌরগে'মী?

খুড়াদা মুম্না য়েংদুনা লৈরিঙৈদা গিলাসতগী ঈশিংনা লৈবায়দা লৈমতাক অদুমন্তুনা শেম্লম্মে হায়বসি খুড়ানা ফিল্টর মচীন নোক্ল-নোক্লা লৈশিল্লরবা মতাংদা খঙলকই।

থংনবা কাদগী মন্ত্রী ইবেম্মনা—

—ওক! শিরে। ঐ শিরে— ও—!

ঐনা ঈশিং পীরুরগা অমুক লাকপদা খুড়া চৌকিদারনা মবুক পায়দুনা মথন্নতা ওন্দুনা লৈরম্বসি মমায় মমীৎ পুমঙাঙ। হুমাংনা পুমচোৎ!

মন্ত্রীনা ওক!

খুড়ানা হা-হা-হা

ওক!

হা-হা.... .... ....

ঐয়োইমা শিরে !

হা.... .... .... ।

অসোমদা ময়াম্না মন্ত্রী লায়কম্ন রি। সোমদনা ঐনা খুড়া শেম্নরি।

ঙাইহাক নৈরগা মন্ত্রী ইবেম্মা লাউনা-লাউনা লেঙখ্রে। খল-হৌই— নৈবাক্কী মপী-মপা ওইবশিংদি মতা চাবা চাদবা চাক-মৌবা অতুম ময়াম য়ানবা জাৎ ওইরমাল্লে। মাই সেক্রেটরী অসি মশক ফজে।

খুড়া চাওভল তপ তারে। নোকপদা মখোল থোক্লক্করে। অকোনবগী ঐজ্ঞাশিংগা খেচি চামিন্নবা মতাংদা ঐনা খুড়াদা হংলুই—

—খুড়া কব্রিগীনো খুড়ানা ঙসাই পঙনোক্কা নোকখ্রিদো ?

উতি নম্লপ তোংলবা খেচি চখোম অহু নীংথিনা ছক্কে তৌরম-বহুনা থজীন তাপ নম্মগা লাউরকই— ওক !

হন্দকপু ঐনা নোকপা তারিব্রা। নোকপা ঙমদে। ঐজ্ঞাশিং ফুক-ফুক হৌগংনৈ।

—ওক ।

খুড়া কৈদোরে ?

ওঝাবু— ওক ! অস !

ঐ নোকপা ঙমদে । খুড়া চৌকিদারবু ঐনা কোন্দুনা ময়ুমদা পুশিল্লে। তপ্না হিপহল্লে। ঙাইহাক পোথাহল্লে ৱাকোই খজিক শুরুবগা নোকপা অমদি হন্দোকপগী মরম হংনুই।

নাহে-নাহেনা হায়রকখি—

—ওঝা ইবুংঙো, ইবেম্মা মন্ত্রীদো—

—অং কৈদোরবা ?

—মাগী য়াথক্কী য়ামাঙ অমা হাপ্পা জাংনি, ওক !

—ও, অহু কৈদোবা ?

—ঐয়ো ! মদো, মানা মন্নুং চঙকমদা হেক চঙবগী অহুদা, হাকথী কং খনবদা— ওক !

—অ, কব্রি— ?

—ফং হেক খনবগী অতুদা খংচোং চোংখোক্নুনা কৈনো তাকম মখুল চপ হেক্ চা-না— ত্রোক!

—অ! অদৈ

—ঐবু কৌহল্লরে। —ওক! ঐনা খুং ওয়না হূমজিল্লগা—।

—হা?

—ময়া ইহো হোহৌবহ্নুনা থোরকপা কান্দদি অতুম— ওক!

শুত্তাখোয়দগী থোরকপদা ঐ থজীন নল্লী-নল্লী তৌখি।

ইম্ফাল, ১৯৮৭

# গোবিন্দনে সনানে নুপীনে

'গোবিন্দনা সাখী' ঐখোয় নুপীগী অরোইবা ৱাশক্লি; পূমনোই লোইরবা সাখীনি। পূমনোইমক লোইরবা হায়বহ্নদি য়ৌফাত্রি; 'শ্রী' অমত্তং ৱাংলি। 'শ্রী' হাপ্লরুবা 'শ্রীগোবিন্দনা সাখী' হেক হায়গ্রবা লোইরে; মথা লৈত্রে, মৈ-ঈশিং চঙদ্রে; ককু! ককু. অহুম চিকুখ্রে।

ইমুংগী ঐখোয় মী তরেংকী মপোক নুমীৎ অনী-অনী (তারীখকী অমা থাবানগী অমা), পূন্না চহী অমদা তৱামরীৱক শ্রীগোবিন্দ খুরুম্বা চৎলি। পূর্ণিমা খুদিংগী ওইনা সন্ধ্যার্তী নংনবা হোবে-হোবে চৎখি। গম্লাগী লৈ-না অহুম-মরীদং নীংথিনা শাংলকপদা লা লাতোন অমদা য়োম্মগা অয়ুক্কী লুক কংপা নংনবা চেনখি। জন্ম তারকপা খুদিংদা গোবিন্দ-মন্দির পাংখি। ঝুলন, জলকেলী, শঞ্জেনবা ৱাস, হলঙ্কার চিখবা নত্তে—শ্রীগোবিন্দগী সেবা চৎচবনি। মরক অসিদা অমুকস্মু পোৎ অচৌবা অমা লেপশিনবা য়াওরকপা, অনৌবা মচল অমত্তং লৈশিল্লকপদা শ্রীগোবিন্দদা পাউদমজরুই। হরাওনা হল্লকই। হল্লকপা খুদিংদা ভারী-ভাতাই, য়েলোং ফাবৌ য়োম্মকপা কাউদে— কৈথেল শম্মকপনিনা; নির্মল্য অমদি বালভুক্কা প্লাস্টিক্কী অরোনবা খাউ অমদা পূন্না অহুম্মক হাপমিন্নরকই— ফংগদবা মীওইশিংদি অমত্তনিনা। চৎখিবদা লৈখিবরা হল্লকপদা পায়রকপরা, অহুমদি হংনরুদ্রে।

অয়ুক ভন্না চৎকদবা মতাংদা থোইদোক্লা ঈংদবা থা ওইরবদি অহীং তন্নায়দা হৌরগা চীংহী-উত্তি লুজহুনা ঈশিং অঈংবনা জ্বায়-জ্বায়-জ্বায়। ঈংদা ঈংশিল্লরুগনা নোংমা ৱাৎলিঙৈদা, নুংথিন্দা মকোক-মরু তুম্লগা অয়ুক অঙনবগী চৎলমদাইদা, ঈশিং অশাবদা ফদি চোৎলপ লুপ্লগা চিং-চিংহুনা তকই; চোৎফাত্তবা মফি অহুনা খুদেং নত্রগা ৱারতিন্দা নমশিল্লম্মী। চোৎহৌই। চৎপা খুদিংদা হান্নরা কোনয়াই ভরুনা থমগ্রবা ফিশেং চিংথহুনা শেৎলি। চন্দোন থিল্লিঙৈদগী মশিং ক্লাশিংদা 'হৈ শোক্লকনিকো!' হায়হুনা খংলাউ-খংলাউ লাউবহুনা

রিক্সো হেক কাখল্লিফাওবা লেপ্পা নত্তে। কৎনবা পোৎ অহু রিক্সো ড্রাইভরনা হেক লানখৎপগী অহুদগীদি নে-না তা-না অহুম চৎখ্রিবনি। খোঙউপ তোংলগা চৎখিবনা য়াওদনা লাকপস্থ য়াওই অহুগা তোংদনা চৎথ্রগা তোংলগা হল্লকপস্থ তোয়না য়াওই। মশাস্থ অহুম খঙবা মাল্লি।

হৈরুক শেম্ব-কাস্থ য়াম্না চেকশিনজৈ, হৈস্থ ফজনা অহুম হৈ। হৈ, ফজৈ, মঙং তাই হায়রুবদগীনি শেমহৈদবা গোবিন্দগী হৈরুক্কী হৈ-র্বা মপুম পুবা ফাওবদা পরেং শানা অমগী মথক্তা অমা থম তৌদনা থেল্লগা পুরিবনি। লৈ পরেং লেংবদং ওয়না কোৎপদোনা তৌবা উই। পরেং কৎপা য়ারম্মবা ফাওবদা পুরমদবা য়াই।

—গোবিন্দনা সাখী, লৈ-পরেং লেংবগা তুলসী-পত্র হেকপগনা মহৈত্রে। —মাগী নাইতোম রাকংনি।

হরিউথ্থান তাবা নুমিত্তু নোংযাইগী পুঙফম য়ৈখিবা পঙকুই কুইদ্রিঙৈগী অহুদগী অহুম হৌগংখরে। মনা-মতোন য়াওবা তবোপ তবোপ লাউবা চুশাং অমা শীংঙবা ঙাহুনা লৈবদি হুম্নিমুক ফারে। মুসলমান মৌ-নহা অমনা পুরক্কুনা শঙ্গোইগী কাচিন্দা ঙারবা নুমিত্তুদা ঐনা—‘কদায়দৈ কনাগী চুনো হাউরনিদা’ হায়না হায়রুবহুদা মানা মনুং চঙফম অহুদগী শাউরকপবু—‘কৈনো, কনানো, চু শোকপ্রো।’ ঐদি মা ওন্থখ্রবোই নীংলুরে। মানা সিংহনাদগা লোয়ননা পুঙদা কিঃমিঃ নিকুমরী-মঙাগী খেঙয়াঙদা পাইথোরকপবু মগু অমনী তকথায়-রমগদবা শম্নাদা লীংলি। হায়রুই ঐনা—

—হৈ ঐনিনহৈ, চুম্নস্থম চারদি হাউরনি হায়বগী রাদনিনে।

—ইমাই-মাই। অমুকস্থ পনবিরবা। মী, ঐ ’বুংঙোগী উত্থানগীনি হায়দনা আ—লরাই লৈবাক অমদগী শীংজরুরগা ইরায় লায়না—! কয়াদা! দোষ ওইদোবা।

—অহুবু ঐনা হায়বদি—অহু চাবমক্তি চাত্রিদনা।

—শ্রীগোবিন্দ-গোবিন্দা! মাংঙেদনা! অহুদা খিং পনবিরনো হায়বদো!

—কৈদোগে? চাবা হায়ববু কৈদোগে নঙন্না য়েরুম চাবদি য়ারগা।

—ইমাই ! মী. অঙাংশিং মমাঙদা। অদুদি হকচাং ঙমদবগী ডাক্তরনা চাউ হায়দনা নীনী-ছুম্লিদং চাবত্তুবো !

—ও, ভাব তারে। ঐখোয়দি নাদবনিনা চু চাবা য়াদবা। খঙঙে।

—ইহে ! গোবিন্দ সাখী ঐদি মহোয় মপাসিদি !

শ্রীহরিগী উথান নুমিত্ত্দা হান্নগুম ঙস্তা হৌগত্তূনা ঈরুজ-মায়থরগা চন্দোন স্নুম থিল্লম্বদগী ফুক হৌগৎলগা পুখ্রিরোমদা পাইদুনা চেনখিবু ঐদি শ্রীগোবিন্দগী পূজারী মকোক্তু ঈশিং তারবোই নীংলুরে। খবর পারম্বদগী ঐস্নু হাইরপ ইন্নরুই। নোক্মি-নোক্মি হল্লকপদা হংলুই—

—কৈদৌরে বৈষ্ণবী ?

—হে-রা ঐদি খুদোপ শেংদোক্লগা শিঞ্জিনবা কাউহ্না সিড়িদা থনম্মবা। লৈরম্মী তো।

উৎলকই। মরুপ তথ্মায় অমা ফংই হাযত্নুা শাদোকহল্ল্বা কুইদ্রিবনি। মমায় অদু মরোঙ-মরোঙ, হৈরোঙকাক ফাইবোক মাল্লদনা লংত্রিক লংই। চু অদুমা চিংবোই-লাকপোই লেংথোং নারদনা যাত্রা অদুম তৌখ্রে। শঙ্গোম থিনবা লাকপা মমাঙগী অবোক অদুনদি—

—মানা পুরিবা মওং অসিবু তৌহৈরিদ্রো ?

—অবোক, অনৌবা চঙবনিনা অদুম ইয়া য়ারমগনি।

পুঙ অহুম-মরীরোম লৈরগা মনিংদোল হাগৎলহ্না মফি অদু কৌরপ তাখৎলগা মানা থোঙ্গাল্লোমদগী হোংচিল্ল কপসি ঐদি অহুমগুবা লাঙ্গাও অসি ইম্ফাল য়োহৌরক্লবোই নীংলুরে। চুঙৌ মতেক অমস্নু পায়রকই ; মচুবা য়েংথংবহুদা খাম্লি-খাম্লি তৌবা মচেং অমস্নু উই। দারী কাফাত্রি শ্বর ফুনগৎনা হায়রৈ—

—ঙসাই কনা কনা লাকঅম্মী, পুখ্রেদনা।

—করিনো কমদোবনো ঈংনা হায়য়ু কৈদৌরগে গোপী মকোক্চিংবী ?

—খিং হিগৎপিরকখিনুদা কৈকান্নবা। মতাং চাবা চাদবস্নু য়েংঙ্দা। মীনা, সনাখুদোপ মাঙবগী থরক হুনগৎলিঙৈসিদা। নক্তে ঙসাইবু ঐনা চৎলমদাইদা কনা কনা চঙলকঅম্বগে ?

—হো, অহুমাইনা খঙনখিবা কৈদনা। নঙগীসি সনা মাঙথ্রে কনা কনা লাক্লম্মী 'সি নক্রো ?

—ইহে ! চগং-চগং তৌরদনা অহল অমা ওইবগী লেমজদবা। খোয়দৌ অসি—

—ঙাইখোনে ভাব তাখোনে। নঙনা হংঙিহ্ খঙখোনে। খবর থিনবা মুপামচাহ্ লাক্লম্মী, নঙ লৈরিঙৈদনি ; মমাঙগী অবোক লৈহাও শঙ্গোম থিনবা লাক্লম্মী ; মহ্না নঙ চংশ্রগনি। অতৈ কনাস্নু লাক্তে ; লাক্কদবদি খর লৈরি।

—চুম্মে ! চুম্মিনে ! মাই লৈহাও হায়বহ্ মীনা নাম্ভুং-নাম্ভুং ঙাংনৈ। মা নঙ্রবদি লৈতে। হে-রা ;—

অহুম চংখ্রে। খাম্বা নংহৌদে। খোন ফা-ফাহ্না লাউরগা ফন কন্নদি খাম্বা লাক্লখিবনি। উপাই লৈতে। খলহৌই— লোইরেদনা মচা নিঙোল হল্লকপী মচীন য়াংগ্রবী অমস্নু লৈবনি ; কুম্মে তারেদনা লীলা অসি শেল ইতিং তিংদনা য়েংনখিবা তারেদনা। ফজরেদনা ঐবু হয়েং নুংথিলগী মিটিং অহ্ ঙসি চথোকউরসিরা !

ফি শূরম্বদগী চঙশিল্লক্লুনা তারবা ইচানুপী য়াইমহ্দা হায়রুই—

—উরেদনা ! ঈশিং অশাবা খরা থাঙ্গংলু হিগা-নুংগাগী রাফম অমা লৈ হৈ !

—হোট রাটর বেগতি ইমাবোকখোয়না লৌখিবনি বাবা হেক লৌবিরুরো।

নুংথিলগী অহ্রাইদা মমাহ্ ঈংনা চঙলকই। মনা-মনিল ইনাই নাইদবহ্দা ঙকলুরে। হোয়স্নু হায়দে মায়স্নু হায়দে শোং-শোং তৌহ্না চাক চাখি। মানা ঙসাই ঙারম্বা চু মত্তেক অহ্ কক্লুনা খর-খরা য়েল্লি। চাদবকা য়াবা নত্তে ; হেক চাদ্রিবা ফাওবা ঙাংগদবনি। মমায়দি মকা লামদে। নুমিদাং চাক ইকোয় কোয়না চামিন্নরিঙৈদা ঐনা তপ্না হংলুই—

—কয়ম তৌনরে, লৈদৌরব্রা ?

—মাইবীনা থারকইবা মায়গৈহ্গা খর খেন্নরিবা। মাই তোনজাও মাইবী অসিস্নু ওন্থোক্লা চুম্না ফাওরকপ্রবা। হেক চঙখিবগী অহ্দা পৈশা থোক থাদবগী অহ্দা মানা, রা-লান কুইনা ঙাংদে মুম্না শংত্রিক য়েংহ্না লৈ। তপ্না হায়রকপনি— ইবেম্মা, নঙগীসি অরং-অরাকী

ৱানি। মাদি তাঙ্গপোং নত্তে হায়বা, খঙপোং নত্তে। অহৃবু থোক হেক্তা হায়ৱকপনি। হান্না থাজবগী মথক্তা অমুক্কস্থ থাজৱেদো!

—ফরে, য়াৱে! কদায়ৱাইদগীনো নঙনা মাঙখি হায়বা খঙলক্লিবসে?

—আ মন্দিরদা। কাংনা চু মথং মথং তক্লকপগী অহৃদা ঐনা চু অমা শংলুবা মহৃদা কনানো অমনা চুশাং অমনা কল্লকপা! ঐস্থু মাঙগী অমনীদা হেক কল্লুবা অহৃদগী মথং-মথং গ্রূঙ হুপচিন্দুনা লাক্লুবা মুন্নবা। অহৃদগী হনগংলকপদনি, ইয়াং য়াংগুম করিগুম তৌই হায়দনা য়েংলুবা। হেক্তা য়াওৱমদবৈ ৱানিসে। অহৃদগী ঐনা লাউ-খোংতনা তৌবদগী ময়াম চঙহৃনা থিবনি। অহুম ফংদ্রবনিনে। ঐনা হায়বদি শিঠুনা চংলম্মদি অহৃৱাইদা অহুম তানি, ঐখোয় অহৃক য়াম্মিবু, ফনা য়ামগ্রবা মীংনি; অমনদি শোয়দনা উনিদনা।

—ও। ময়াম ইখঙ খঙনৱ জাংনিনে।

—খঙবাইবু কৈনো থিমিন্নৱিবনিনে।

—ভাব তারে। পাঞ্জি-নুংজিদি চংলোইদ্রা, করি খল্লি?

—মাইবী অমনীদগা চংলুখিস্থিরা হায়রিবা। ফয়েংলোমদা নহা নৈশাবীমচা অমা ফাওগংলক্লি হায়নরি। য়াম্না চুম্মী হায়নরি। মীনা পরেং-পরেং ঙাইনৈ হায়রিয়ে। শীং-শীংনা ফাওই; কনাগী মীওই-মীতৌ ফাওবা ফাওই হায়নরিয়ে। মোইরাংথেম মক্রিকহোয়গী ঈশিং খিন্নবা টেঙ্কীহৃ ফংঙেদ্না।

—অ! কদায়' নৈরম্মে'গে?

—মহোয়গী খা-ৱাংগী হিদাক কাপ্পা নহারোলশিংনা হোটেল অমদা পুরম্মে হায়দনা ফারে।

—মাইহৃদি চাউরিনিহে।

—কৈনো চাউগ্রপোংনি কুলী মঙা তক্লক্লা পুৱিবা পোংনি! মথংগী নোংমাইজীং অহৃদা, অয়ুক মস্মীঙ্গেদা ঈৱুজ-মায়থরগা অহুম খোক্লগ্রে। চংলমদাইদা চা-মুং থক-চাখিবনিনা শ্রীগোবিন্দগীদা ওইরম্মরোই খল্লি। ইচানুপী অতোম্বীনা ফয়েংদা শেল্ল হুনবা চংখিবনি হায়না খঙহল্লকই।

মঙানি তরানী অহু মাইবী চৎপদা লেনখি। খরা লৈরগা নুংস্নুক নুংজারম্বহুদি খরা ফবগুম উরে। থাংজ অনীরুক ফাওবা শনিদেব চাউরপ চাউরপ খুরুমবা শীনখি। খা-রাংগী ইশুশিং খরদি অহুমশুবা থাংজগী নুংথিল'হুদা লিপৎ-লিপৎ চৎলবা উই। ঐনা হায়দোকখিবদগী মখোয়হু তেলঙ্গা নে-না তানা পাইখি। মরীরুক চনবা থাংজহুদদি লাক্রে। মঙাশুবা থাংজহুদা চাউরপ অমুক খুরুম্মী। অঙাংশিহু অহুম উদ্রে, ইচানুপী যাইমহুদি কৌবিরুগে হায়বনি; মমানা চৈহৎপদগী অহুম তোকপ্রে।

পূর্ণিমা অনী শুরে মানা গোবিন্দগী সেবা চত্তবা। হংচিংস্নু কনাগীনো মপোক নুমিং অমা তাবনি। কৈস্নু শিল-লাংবা উদে। মরুক অসিদা কাবক কাবকপা পাউ অমনা গোবিন্দ মন্দিরগী লাই খরদি স্নূম খরা খরা চারকপদোনা তোরে, মতাং চানা শিন্দোকহৌদ্রবদি শ্রু-শ্রু তুমখিবগী রা লাকপা য়াই হায়নবসিনি। খবরদা করিদা য়া-য়া লাউনবদি নত্রে, হোটেল-রা ওই, নেতা-রা ওই করি ওই ঙাংনবনি। নোংমা, মহৎ লাল দেব শর্ম্মনা রেডিও দা পাউ ঙংজরকই—

শ্রীগোবিন্দগী সনা মাঙখরে
শ্রীগোবিন্দনা থোনবা সনাগী লৈ
লৈতেংপোং কয়া নহান অহীং মশক খঙবা, ঙাকপীগনি,
খঙদবা মীওই খরনা হুরানখরে। রাফম অসি
চেরাং মঙ্গলার্তীগী মতমদা হঙনরকপনি।
ঐখোয়গী কোয়না চৎপা পাউমীনা হায়বদা
ভক্ত-বৈষ্ণব লীশীং কয়ানা য়েংনখি।
লাইশঙ-থৌশিল মরুপকী থৌদাংকোকনা
থোকপা চেরাল অমগী মতুং ইন্না, পামদবা
ঈরাং থোরকপা য়াবগী মমী উবদগী
গোবিন্দগী মন্দির মতম কক্তনা থিংজিল্লে।
মাঙখিবা সনা অসি কিলোগ্রাম অনীরোম
ওইরম্বা য়াই হায়না পানখ্রি। থি-হূম্বগী
খবক কন্না চথরি হায়রি। পাউ লোইজরে।

পাউ অদুদং অনীরক হজিন্না তানীংবনি। ফৌমান খল্লিবা মমা-মচা মখোয় অছুমদা তন্মূই। মমানা য়াম্না ঈংনা হায়রকই—

—ঐদি ঙরাংনা তারে। মহা পাপী! ইহাং হাংঙম্মনি।

—মহোয়গী মাইবী-লোয়শঙ পাঞ্জি-লোয়শঙকা লৈদাইনে?

—লৈ' কৈদৌনি মহা চীস্থিবা চীস্থিবীশিং অদুবো! ঙরাং মথং মহান্দু শেল ছুনগে চংলুবনি। ঙাসেপ্পী মাইবীদু মাগী সনা নাম্মা কদায়দনো লাইমাঙ ফম্বদা মাঙখ্রে হায়দনা ছুল্লু য়ারক্লে।

—ই-স। অদু মখোয়গী মন্দিরবু কয়াম কুইনা থিংদৌরিজাংনো; মপান্দগী মী খর লাক্লৌ লৈ; মখোয়স্থু অমুক্তংদি খুরুমহন্নিংইদা কৈদৌঙৈকা হাংলবা য়াই, নঙ তা-লাকপ্রা?

—কমানা খঙজ'নো, হাং'কান্দা হাংঙদনা। হাংদ্রস্থু করে।

—অ—স!

মখুত্তূ ইহাং হাংহৌই। খুদোপ শিবগী মমিছু মাঙশিল্লক্লে।

ইম্ফাল, ১৯৮৭

# লমজেল লমজেল–কোটা লমজেল

কুনগ-কয়ানোশুবা চহীচা অমগী তত্থায় খর হেল্লকপগী অত্থদা থেবা নহা অমনা মখোয়গী তাইবঙ মহা-মহৈকোনগী লাইরিকশঙদা হৌখিবা ৱারী কয়া পায়। ইতিহাসকা তম্ন-লাইরিক্কা খেন্নদ্রবা মতম ওইবা তাই। অথাবা লাইরিক অমা চিংথহুনা চুংশিন্নবা লাক্লে। ইরমগুম তৌই—

"লানপন থাতি থাংচনা হল্লে। অসি নোং পাথপি পোইরৈ উল্রা মাঙদা থেবা নহা অয়াঙপগা থেঙকু পাখঙ অচিংপকা লমচেন তান্নেয়ে। পাখঙ অচিংপনা থোইয়ে।"

—এ! খত্রক!

মনা পায়বা য়াদে থেবা। এল, টী, সি, তল্লৌ লৌই; অনকপা মহৈকোন অনী-মরীদা চংলি। লম নংপা নত্তুবা রিসার্চ তৌগে লেপ্পি; হোংনৈ। য়ারক্তে। অত্থবু লনাই হোংনবদি লেপ্তে। লোন তরামঙা মখোয়গী মথক্তা হৈবা থেবনি। পাহুনা থিহুনা য়েংই—চহী মঙা পূরা; ফংই—

—কছুরানা লমজেল থোই— (হিন্দী)

—টোরটোইজনা লমজেল থোই— (ইংলিস)

—কূর্মনা — (সংস্কৃত)

.... — (অরবী)

.... — (হিব্রু)

.... — (গ্রীক)

.... — (----)

---- — (???)

—হুৱাট ননসেন্স। ইডিয়েট !!

শ্রীথেব সিংহ মরৈবাক্তা শাউনা হল্লকই। এরোত্রোমদগী, ময়ুমদকা চঙলমদে, চুমদ্রিং সেরোগী চকপী তুরেল পাংলকই। তোর্বানদা

মখোঙ শেংগম শানা লেপ্পি ; মখুং অনীনা মখ্বাং মেংলি। সিংহনাদ লাউই—

—লৈব্রো ! লৈরিব্রো থোরক-ও !

ইথা থাজদনা লাল্লাউ তাবদা নুংশম হেকলম্বী মীওই মঙা-তরাহু ইপাই হৌই। অমখক্তি খুদক্তা লোংদাউ তাউরকই। হংগাম মপান য়েংহুনা অঙ্গংবা খাঙলম্বা অহল অনীথক্লা মাবু অাকেপা লায়েংশঙ ভান্না পুখি। অমুকস্থ লাউরকই —

—লৈব্রবো ! হা ! ! লৈ-তরে-বাই-বা !

পাখংলপ তারুবা মাইবা মানবা, মকোক্তা কোকশেং অমুবা অমা য়েংপা য়াতোন লংবা য়াখোঙ মুবা অহল অমা নাকন্দগী থোরকই ; তপ্পা হংলে—। নঙপু কনা ওইব্রা ইচা ?

—থেবনি, থেবসিংহ লমজেনবম থেবা সিংহ

—য়ে ! থেবা। ইচা থেবনা পঙলাউদা লাউবদি করি পাম্বগিরা ?

—কনানো অহল নঙবো ?

—ঐদি ‘ঐ’ নি, মাগা নঙগা নত্তবা।

—অস ! ফরে নহোয়গী রাকোটরোলহ ঐ খঙদে। রা অমা হংগে তাক্কেরা ?

—খঙলবদি শোয়দনা তাকনি ইচা।

—বাই গোড !

—অল্লাই কসম।

—ও, ফরে শ্রি, মিষ্টর, মিয়া, শেংনা তাকউকো।

—তাকপিসি অঙম্বা।

—অস !

—অসনা করিগী মাঙওইনবনোনে পার্থো ! অহুৈঙ পোইরৈ-তোম্না খুম্হোকৈঙ পাখঙবনা……।

—খঙজরে পম্হৌ মানবা অথোবা ! পাম্হৌ অঙম্বদা ইবা অমত্তং পুনেমজরগা তম্বা খোঙদোয় হুনথ্রগে।

—থেবা বাবু ঐ ভাব তাই। বাবুনা পাক্লিবা অমদি পাম্লিবা ল্লাফম ঐ খঙজরে।

—করি খঙবিরিবা ?

—আই এম ভেরী সোরী মিষ্টর সিং! ঐনি অহৈঙগী লমজেন্দুদা জজ ওইখিবা। ঐদি অমরনি—জজ ওইরুবনা।

—ও! অহুনি ঐনা লাকসরিবসিগী মরম— ?

—ঐদি চক অনীগী মমাঙদগী খঙলবনি, লমজেল তান্নখি অহুগী নঙগা মাগা। মানা থোইখি। হন্না হন্না তান্নখি, তান্নরি থোইখি, থোইস্নু থোইরি। লনজেনগী ন্নারা-ন্নাখোঙ নোংমা নল্লগা নোংমদি নঙ অমনা শোয়দনা থিরখিনি হায়বসি চংন-পথাপ পুয়াদা য়াওরবনি। পুয়াগী ন্নাদি কোরৌ থক্তা কাফদে, মালেম থক্তা তাফদে অহুনা নঙ ঙসি লাক্লিবনি। নঙনা থিরিবা থেঙ্গুদো তু আদা ঈশিং-কংফান লাংদাইদা উইহুনা নুংশা য়াইরিসিনি উরবরা ?

উবমক্তা থেবা নহা অয়াংবা অরাম্বাইগুম পাইশিনখি। লাউরুই শীংন-লাল্লাও—

—ও, হে···· থেঙ্গু থোঙ্গা-থেম্বাঙ-থোঙনোম্বা! থোরকউ থেংনসি থোক্লোবা। চীরোল হৈবা চীপান্দবা। লাম্বন নম্বো পোবা পাঙদবা। অকোনবগী ন্নাহৈদা থেঙ্গু পীং লাউই। মঙক খজিক থাঙ্গৎ-লকই। ঙংলপ হায়রকই—

—কনানো ? মীকপ থোক্লবরা, নমঙদা চোইরোল লোল্লিবরা ? নপা-নপু চেন্থহনবা লাক্লিবরা ?

—করি! মীগী মপা মপু পনবা শাবা! খঙবরহৈ নঙ শামরক-ঙামরক। খোঙমরাম। নখোঙ মতাহনা কদায়দগী থোইবা। শোং-শোং চৎপা শোয়রোম্বা। নতীক থোক্লগা লাউ হৌজিকমক চেন্নসি। চেন্নসি লাউ।

—হায়! চাঙখৎপা শাবা অপঙবা, নাশাংবা। ননা শাংবা নঙগীদি তারগা লোইরে। নচু-নমেন পাল্লি অপাল-অপিলনি খনবা শাবা হৈবোং মনুংগী তীল। চাউরে ন্নাংলে হায়দনা ফৈজোম কুঞ্জা

য়েপ্লিঙেদা নথীবোঙ চরা হেন্দোরিবত্ন খঙব্রা। নঙনবুদি ড্রাইভর ওইদদি, নঙনবুদি ওজা, ডাক্তর, ইঞ্জিনীয়র, উকিল থিকাদার ওইদদি। শোং-শোং চংপা ঐনা নকোক্তা নেংলগা করি করিনো তৌরিবসিদি খঙদেনে নপা মশক খঙদবা পাংঙদবা।

থেবা খাঙবা ঙম্মক্রমাল্লে লোংনা হুনখি। হৈত-লাক্তবা থেঙ্গ নত্তে মখোঙ অনী থাংঙ্গলগা মশা খজিক লৈখি। থেবা ক্বাকথবা মরক্তা শোং—ধম!

—ঐ—য়া!

—কমদোই?

—হে-রা! খঙঙূদো থেঙ্গু! শোন্নিংবা শোলহৌরো! নঙগী মতম লোইরে। নহাদে, থেবদে, ভারত মচা নোংদমগে, ইণ্ডিয়ান মশু নোংখাইগে জোয়—জোয় হুরগা মাইগী—।

বীর থেবসিংনা বীর শাজংতা লাউর-লাউরদনা লিপং লিপং চংলম্লগা মহাবীরগী খুংচোংনা মখুংনা থাঙ শং-শং হাইরম্লগা জুদো খুংচোংদা লংখিববু; খোঙফম অমনী তম্বা ৱাংহৌরমাল্লে চকপী তুরেল খোঙনুংদা চ-পুং! তমদগী ময়াম অমনা লাউরকই ইন-কলা-ব; জীন্দাবাদ! প্রজাবু নিংথৌ; ৎইহল্লূ। মহৈ-মশিং পথাপ হোংদোকউ, থেব-লোনবু ৮৮৮ শুবা সিত্নলদা য়াঙহল্লু! পাংপু পাংনি; হায়হল্লু। চীংবু চীংনি; হায়হল্লূ তমবু তম-লমনি, খঙহল্লূ—।

থেবা মহাশয় ইচোং চোংনা খুবী'মরুমদা চাউনা কাখংলকই। মচুম পোপ প্রোপ তাই। অত্নবু থৌনাদি হন্দে। ফিলম নমলম্বা থাকুরজী অমনা ক্বা চপ-চপ শায়রগা মাগী কেমেরাত্ন শং ওনশিল্লি—গর....। মরকসিদা থেঙ্গুনা থাঙ্গংলগা (মঙক) লাউরকই—

—হায় অপঙ! নরোন ঐ খঙদে, নশকস্থ খঙবিদে। চংখ্রো চংলু চক-চকপা।

থেবা নহা শাউখিবনা মশা অত্ন চেঙ খৈবগুম নীকখ্রে। মমীং অনী মৈবুল থানবগুমখ্রে ব্রহ্মাস্ত্র কাপলগে লেপ্লে। শং শংলি তেঙ্গা থোংই চপ চাবা পান্দম লাকই—জোয় গুরুদেব—।

—"ভাইখো! ভাইখো মহাবীর ভাইখো" এম, পি, সি, তিম অমনা খাম্মী। য়ারে। য়ারবা মতুংদা সে-গা মাই-গা খন্নরে। চৈ মরক, পোকলাউবী মরক্তা লেপ্পরে—লমজেল তান্নহল্লসি।

তান্নরে লমজেল। গেং-শেং, দাং। কাক মাঙজোঙদা থেবনা ফন-ফন-ফন। থেঙ্গুনা জর জর জর! অনীমক নুংশিংকী মমাঙদা য়ুং-য়ুং-য়ুং!

নোংমদোন্দা জেং অমনা ব্রিং—! লৈখাদা মীয়ামগী খুবাক প্রোক-প্রোক-প্রোক।

জজনা ঘড়ী অরেপ্পী (ষ্টোপ রাচ) কিং। লমগুঙগী থৌরী বং। অমনা লাউরকই ময়াম্না তুংইল্লি—

"থোইরে থোইরে থোইরেনা লমজেল।"

কনানো?—লীলা ইবা মীভ্রাংবা অমনা হংবনি। নাফনবা ঙকলোংবা অমনা তপ্না খুম্মী—

—থেবনা। মীভাংবা খংশাউ শাউরকই, লাউরকই—

—নহানদৈ করিগী অমতুনা থোইখি? মায়ফোংপা অমনা কিথি-কিরুম তৌনা খুপোই তাকপোই হায়খি—কোটা! কোটানিদনা কোটা!

ইম্ফাল, ১৯৮৭

# থৱানমিচাক মঙা কাবা হোটেন্দগী

মীরমদনি। নুমিৎ মঙানি লৈগদবনি। এরোপ্লেন তাফমদগী চুমথ্রিং লাকপনি। মহোয়গী কার টেক্সি অহুনা খাম্মবস্থু চঙফম থোঙ মপা চপ চায়; শম্না-মফৈ অমগী মান ৱাত্তে-হেন্দে; গাড়ীগী থোঙ হেক হাংদোকপগা মীৎ উইশিল্লগা ওনখিবা ফাওবনা মপাদা চপ চানা তারুনি— রিসেপশন। মতা চাদ চারুরবদি রিসেপশনিষ্ট অহুগী নাখাং মপা চপ চানা লেপখৎলুবস্থু য়াবগী মওং লৈ।

রিসেপশনিষ্টনি হায়বা ফীজেং লৈতেং চপ মান্নবা মশকস্থু হাইরপ হাইরপ অহুম মান্নবা মখোয় মঙাগুম্বা লৈরম্মী। চনুৱানি; লোইনা য়েংবা য়াবা ভাক্কি; ভাংবা, হংবা, খুম্বগীগা খোয়রুম মোমোনগীগা চাং অসি ৩:৩০০ ওইরম্বা য়াই। (অঙ্কগী) লাইপোক অমনা খুদক্তা পারম্মবদি। অমনা নোক্লগা ঐঙোন্দা য়েংলম্মগা অমদা য়েংলগা মঙক ইনখি; অমহুনা নোক্লগা মতুংগী রেক অমদগী কৈনো'মা শং লৌরগা অমদা নোক্লগা পীখি; অমহুনা নোক্লগা কব্রিনো খৱ ইৱগা অমদমুক নোক্লগা লানশিনখি; অমহুনমুক নোক্লুনা লৌরগা ঐঙোন্দা অমুক নোক্লগা লাম্থোরকই; ঐনা নোক্লগা লৌরগা কনাদনো অমা নোক্লগা পীখিসিরা হায়না খনবনি। (মহুমক্তি তৌরুদ্রে)। মখোয় লোইনমক্তা ঐঙোন্দা নোক্লগা য়েং লৈরম্বহুদা ঐদি পাখংলপ তৌরুরে। মোমোন মপুন অমা পুহুনা লাক্লিবহু ফোর্ম ওইরম্মে। ফোর্ম অহু ফজথ্রবা থা-থা লাউবা রিবোননা মরী পানবা ফাইল অমদা হাপ্লগা লানশিল্লকই। ঐনদি নেকটো, ফেকটো, হেকটোগুম্বগী সন্ধী-নুংধীগী সহী তৌনদোবা মাল্লরবনি।

ফোর্ম অহুস্থু চেনা য়াম্বগী মতিক মৱোল কুপলম্মী। মিং লৈফম লাকফম, থুংফম চংফম, ইপা ইমা, শাগৈ নাতৈ, জাৎ গুনা য়াওরম্মী। (অকোয়বা নুপীগীদংদি য়াওরমদে—কুপানি) সহী অসি মফম মঙাগুম্বদা তৌরম্মী।

সহী হেক তৌবা লোইবগী অহুদা ওইরে ৱাতোন য়ৌরকইবসে; তোম্বোই নাথ্রং ওইনা চঙথ্রগা মঙ্গী সার ওইনা থোরক্লিবসে। থোঙজিন

কানথোকপগী অহুৱাইদা থোঙদা লেপ্লগা বহাদুর অৱাংবহুনা সলামনি হায়দনা কোংলকপবু— ফ-দ্রাক ! ঐদি থা লোইৱমদাই অহুৱাইদা ঐনা ওফিস চংলমদাইদা ঐগী হেগুবেগ লংলক্লিবোই নীংলুৱে— কোকচাউবী ভুঙ ! অহুদগীদি কা তাম্না অম্সুম চংপদা থেকচিনবা খুদিংগী—ফ-দ্রাক। —ফ-দ্রাক—ফ-দ্রাক। লিফ্‌ট কারমদায় অহুৱাইদা অমখক্তি টুল অহুদা অহুম ফমদনা মাগী তুপীহু কম্বোক-খোক্তোক তৌহুনা লৈবা উই। ঐনা খজিক তপথৱগা মঙোন্দা ফল্লপ য়েংথোকলুববু মানা ইলেক্ট্রিক হীটরদা ফম্মুবদগী চোংখৎলকপদোনা হৌগৎলক্লগা লাপ্লপ্লা কোংলকপবু, মখুত্তু ফনা কুইনা লৌথহৌদে। ঐ লেপ্টনেন্ট জেনৱেলগী থজীন পুৱহুনা হাইজিল্লি। লিফ্‌ট মনুংদা আলী ( ঐবু পুৱিবা ) না হায়ৱকই—

—সৱ অনৌবনি।

—অ, মাল্লিনে।

কাহু থোক হাংদোক্লগা চঙগে তৌকুববু খায় লাউই— ময়ায় ওইৱপ্লা ষ্টেজদা হৌজিক হৌজিকমক থোক্তুনা জগোই উৎলুদোবা মান্না ফিজেৎ-লৈতেংবা নুপী অমা পোংয়োম অমা পায়ৱদনা লেপ্তুনা লৈৱম্বা উৰুই। থোঙ থোক ঙাশিল্লগা মথক্তা কা নম্বৱ য়েংলুই— চামৱী তম্নামাপল।

—কৱি তৌৱে সৱ ?

—কা ওন্নৱব্রা হায়বা ?

—ও ! ৱেলকমগীনি লেঙশিনসি।

—ও, ও, য়েস-য়েস, ৱেলকম।

ভাব পূমতা তারবা হায়বহুমক নত্রবস্তু অহুম চঙলে। পোংয়োমহু হৱাও-হৱাও মতৈহন্দা পীবদোনা থনম্মগা নুপীহু থোকখ্রে। আলীস্তু কৱি কৱিনো হায়ৱম্মগা চংলগে হায়দনা ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈ।

"অহুদি আলী কোম্না অমুক উম্নখিসিনকো"—পীৱৱোই 'সিনি।

"সৱ, ঙসিগী ঐগী ড্যুটিদি লোইৱে হল্লনি।" —থৌৱকপনি।

"ঐস্তু ঙসিমক্তি চত্তৌ নত্তে লৈখিনি।" —ঙমদনা অহুম থাদোকখ্রে।

মহী-মনাইগী থৌরাং চপ চানা লৈ; ইথোক-ইশিনগী ব্রাদা লৈরে পা-পী লোন্দিন্নবগী অথুপ্পবু কদায়দা ফোঙনবগে; পাটিগী ব্রাদি লংফৈনিদনা। চুম্বা যাই নত্রগদি ধর্মশালা কন্না লৈরি, মন্দির ময়াম অতুম হাংলি— মতম কক্তে মফম নাইদে! থেঙজিল্লরুবা অতুদা আলীদা চাক লাম্মে ওরডর খরা তৌরম্মু হায়রুবদা হংলকখি—

—ফনি সর! করি হানি, শা-ঙা, মনা-মশীং, য়াম্নবা চাক নাপু, হরাই অশংবা — —।

—ফরে খঙডে, শা-কাইহু কুইরে চীক্তবা, অমত্তং শায়গে।

—করি শা! করি শা, য়াউ, হামেং, যণ, শজী, শঙাই, শাজল ঈরোই, ওক, হূই?

—ফরে খঙডে, য়েনকাদি লৈত্রা? নঙস্থ চাসিদনা।

—থেঙ্ক-য়ূ। ঐদি শা চাজদে! করি লৈতনি। যেনবু শারো। কৈ যেন করম্বা—য়েন অককপা, য়েন অশোইবা, য়েন অখায়বা, য়েন অতোইবা, য়েন অকুনবা—

—অস। ফরে অকুনবহু হায়রম্মো চো।

—য়েস সর, ও, কে সর, গোইং সর।

পেগ অদুনা অহুম্নক শুজিনগ্রবা অতুদদি সলাম মঙারক নমকোং নমকোং কোংলম্মগা পেং পুরহুনা আলী অতুম থোকপ্রে। কুইদে মরীশুবা পেগতা পুরক্কুনা খিল্লে। মায়-মীং তারুবা হল্লকপদা নাকনগী চাফম মেজ মচা অতুদা খিল্লম্মহু উবদা ঙরুপ তাই। মনুংগী পোত্তি মশক খঙনত্রি অতুগা মপানগী মওং অতুদি—হিমালয়দা লৈরম্বা য়াবা উনগী মীশুম্বনা নিংথম থাদা উপ্পমগদবা মানবা তুপীশুম্বা অমনা কুপ্তূনা লৈ; হাপ্পকইবা পাত্র অহু, হেন্দোরক্লিবা মপান অকোয়বহু উরগা খনবদা, পীক্লপ তৌবা শেঙ্গা অমদোনা তৌরম্বা য়াই হায়না লেপ্পা ঙম্মী। ঈশিং গিলাস অব্রাংবা অমগা তুপী অচৌবহুগদমক উই। মনুংদা মথেল লুকোয় শুনা থেল্লম্মগনি হায়বগী থাজবদা, ইথম্নতা নোকফেং তৌহুনা খুবাক অনীসি অতুক্তং শুরু-শুরু তরুম্মগা শং চিংখত্তূনা হাংদোক্লূবনি। ফনা লামনা ওম্মোক্লা খোয়দানা শকংলুবনি; তৌরম্মিবা কীবম অহু উবদা থগেগে তৌই, অশীনবা কারক্কে তৌই।

মমিং অহুগা চপ হেক চাম্নে—অকুনবনি ; মপোপ ইকায় কায়দবা মতু মউন য়াওদ্রবা ওখাক চাউবা য়েন অমা অহুম শেঙ্গা ময়ায়দা কমহুনা লৈরে। মশা শাগন অনীদি মমিদা মঙাইরে ; মোরোক অঙাংবা অচৌবা অনীনা মচীন ওইরম্মী, খামেন অশীন্নবা কোটকক খরনা মতোক ওইরম্মী ; পানা শোইবা তিলহৌ কোয়কক, গাজর শাংকক, মুলী ফৈকক কয়ানা অকোয়বদা থাক-থাক নাইনা মরোল-মরোল অকুনবা অহুগী অকোয়বদা শন্দোক্লি। মমাঙ ওইরপ্পা মচীন মপাগী অহুরাইদা তেঙ্গোং অপীকপা অমনীদা অমেৎপগুম্বা, অশীন-অকমগুম্বা, অথুম-অয়াককুম্বা খরস্থ থল্লপ-থল্লপ লৈরি। থমলম্মিবা মঙং অহুস্থ গিলাস অহুনা খরা নেম্লম্বা থোক্লবদি কূন্ন-কূন্না ঈশিং থক্কে হোৎনবা মাল্লমগদবনি। খোংদ-খোংলক্কনকো হায়দনা ঙাইহাক ঙাইবোইনা য়েংহুনা লৈখি। মতা অহুদা খংয়েং য়েংনীংলক্কনা মিহু অহ্ ফাক্কনা যেংল্লুই ; থারম্মী মমল লুপা ৩০০। অস্! কমদৌই লৌবা যাই! লৈবাক অসিদা থোকপা লৌ-উ শীংউ অমদি খুৎ-শা হৈবদগী পুথোকপা মচল কয়ানা মহাও অহুমক তানবা মওং অহুমক্কনা কুলহনবা তারম্মবদি সরকারগী শেনহাপ য়াঙবা মমল ৯০০/- ওইরম্বা য়াই। মরক অসিদা অমুকস্থ কলাগী থাক অমদি পাত্রগী মশক্কী রাক্ষম তোপ্পা লৈরি।

মরীনি চনবা নুমিংকী নুমিদাংদা আলীনা হায়ববু—

—সর, অহুগুম্বা অকুনবহুদি অমমমগী ওইনা, অমনা অয়ুক্কী চন্না রানবা কোন্নদদনা অককপা অমমমগা কৌনৈ।

—কনা কনানো ?

—আ— রি, আই, পি, কেবিনদা লৈরিবা কাঙবুশিংসে।

—অহুদি চাকলেনদদি অম্নেপ্পা যন্নাও অমমম লৌরম্মনি।

ভাব তানা লাকপা আলীনি ; নোকফেৎ তৌরগা তোকখি। চৎখিরমদাইদা মানা পীরম্বা পাউদগী খঙবদি এম, এল, এ, দৌনা তৌবী নুপীহু ভরাংদগীদি মন্ত্রীগীদা লৈহোরে হান্নদি ঐগী কাগা মায়য়োক্লবা অখায়দা লৈরমগুম তৌবনি হায়বসিনি।

৫৬

মঙানিশুবা নুমিত্তা ঐদি তৌগদবা থবক লোইরুবনিনা শংলেং মপুঙ অমনা পোত্থারগে লেপ্লে। ঙন্তা তুম্মগা থেঙনা হৌগৎকে খনবনি। টি, ব্রি, অয়েংহুনা ঙাইহাক পোত্থারিঙৈদা মপান্দা ঙুং-ঙাং, ঙুং-ঙাং তৌমবা তাই। থোঁঙ ঙাশিনবা য়ৌরমদ্রমাল্লে খন্দুনা চঙ-শিনখিবদা তুপী অঙৌবা উপ্পা নহী অমদা মী খরনা ইকোয় কোয়না লেপ্লগা শঙ্গৎ-শঙ্গথলপ ঙাংনা-খন্নবা উই। খুদে শেৎপা অম নী য়াওবা, উবদগী পর্দা মরুমমা থোঙ খরা লাউরূপ কাথোকইল্লগা থোঙনাওদা য়েংলুই। মরায়গী তুপী অঙৌবহুমা হায়রকই—

—হায়রিবা ফম্মদু অমমম পীসে হায়রেদনা। অতৈগীনা কৌম্ন-দবনিনা একাউন্টকী অক্তদা লেপ্লয়ে। অতুদম্মু অমুক চেংবা-খোৎপগী বা তৌরক্লরদি মচিং লাক্তুনা লোইশ্না থুগায়রক্লমিকো। মমাঙগী খুদে অমনা হায়বা বানি—

—চিন্নারমেন অমনী ওইনবগী বাক্সম অতুম্মু খঙহল্লবনি; য়াদে কন্না হেক্তা মুকত্রে। কেব্রিল্লেট অমগা পীদ্রবদি য়ারম্লোই হায়রি।

—মানা য়াদ্দনা চৎলগঙ্কাঃ! কদায়দেনো মান্না ঙাওলকইদো মাগী হান্নগী হোটেলদুদৈরা? এ তৌগে। অম্মুক কুইনা মাগী খোঙতেক মীত্রাং পূম্নমক নোংমদন লুপ্পাসি লাশিং কুন কুন কুম্ন-কুম্ন তিংহনা থম্মগা মানা ইরায় লায়না মাক্লোকপা। মথীবোং—

—এ! অতুম্মু হৌনদ্রেদা ইংবুঙো!

—নুংশিরক্তবা তাইঙো! কৈ তৌগে এ! তা-হবীব! কৈনাহনবীদি কাক্লায় ইল্লখ্রে, অমুক্তা কৌবিরকউ মাগী লৌয়ননা চংকে। ময়াম তুম্মীরমখিনু। ঐগী কাদা মনি-চাং লোইনা লৈহৌরবনি লৈবিরম্মু, ঐ কুইরকওই! হে-রা! মথীবোং—! সোরী!

অহুম চৎখ্রে। লিফ্ট চঙলমদাইদা মাগী তুপীদু লৌথোক্লগা ফুরিংখাউদা নমশিনখিবা উই। চৈথিবদা টি, ব্রি, দা ঙা ফাবগী সিনেমা অমা কন্না কাপলম্মি। আনীদু নোকফেৎ-নোকফেং তৌহনা চঙলকই— মাগী ড্যুটি লোইরকপগী বিদাই তৌবা লাকপা মাম্নি ঙ ওইরমদে হায়রে—

—সরনা লেঙদোসি, হয়েং অমুক নক্তা!

—মা ন !

—ঐনা হংচিং যুম্মদা চৎচগে, ছুট্টি লৌরগা যারে ; হক্ক চংচরগে ঙন্দক্কীসিগা অহুম্লক শুরে ঐগাদি। মতুংদদি ইচাশিংগী পালী লাক্লে। সর পাউ অমা তাগেরা ?

—তম্নে, ঙসি মঙাইরে ইবানীনা ফম্মিন্নরবদা !

—সর, রি, আই, পি, কেবিনদা মী অমা শিরম্মে।

—হা ! হৌজিক ?

—হ ! মাগীসি ঙরাংগুম্বা শিবা জাংনি। মীরৈবাক মচা অঙৌবনি। তরামাথোইনি ফারে মানা লৈরিবসে। ইয়ার হোষ্টেজগুম্বী, ঈশৈ-শকপীগুম্বী য়াম্না লৈমিন্নরম্মী। করি করিনো লল্লোনবনিস্তু হায় ; সি, আই, ডি, নিস্তু হায়নৈ মফম মরাং খঙনদে। অস সর, পৈশাদি সরগী রি, আই, পি, ব্রিফ কেশ অসিগুম্বমা পীক থল্লি, ঐখোয় লৈবাক্কীদি য়াম্না য়াঙরমদে।

—ঐ তাদেদি

—সরদি লায়রি ঐখোয়গী মী ফাওবদা মরী মঙাদনি খঙনরিবা য়া-য়া তোনবা পোং নঙে। হৌখিবা চহীদস্তু কেখিন অসিমক্কদা গলফ লৈবাক্কী পাঙল অমস্তু শিগ্রবনি। মাদি মথন্তা হূ চারগা শিজবনি হায়দনা য়াম্না শম্না লোইশিনখি। মানবদি মান্দে। এ. নুংঙাইগ্রবা লৈবাক অমনি ঐখোয়গী হোটেলসে। পূরা কুম্মৈনি লীলানি, সিনেমা ড্রামানকা শোকপেং নঙে। সরখোয়গুম্বা মীয়াই অমনা লৈশাবী মচা অঙাং অমা মচানি হায়, মনেগী মচানি হায় তৌদনা লৈরম্মগা ছুম্মি শুবগী অহুদা মাগী বেগম অশেংবহু লাক্কনা লৈশাবী অদুগা ফোয়নবনা অমুক্কোইনা মহা কুম্মৈনি। ঙরাংস্তু নৌনা লুহোংবনি হায়দনা সর-খোয়গুম্বা নহা মানবা অমগা অহল ওইরবী নহাদি মানবী অমগা খাজিল্লম্মী। মসিনা কয়াম নুংঙাইগদবনো খঙদ্রি। সরস্তু য়েংবিখো হায়ববু হোটেলগী লীলাসিদি হোটেলগী অখন্নবা মীওই খরদগীতা ওইনা তৌরে। অশি-অনাকা পুথোকপসি হোটেলগী ফ্রিজ শেম্বা পুবদোনা তৌবা জাংনি। ঐখোয়গী মেনেজর-ইন-চীফসে, এ ; থৱানমিচাক

কয়ানো কারম্বা, পোথাররবা, অচৌবা সিফাইগী মীওইনি। ফনা কুইরে ঐনা অসিদা থবক ভৌরকইবসি, মাবু অনীরক্তমক উরি। অস! পৃথিবী মচা অমনি চণ্ডগ্রগা স্নকথোক থোক্তবা য়াই।

—হ! থোক্তবদি য়ারোইনা মীদোনা থোক্কেরা ফ্রিজদোনা থোক্কেরা···· অদুগীদি মানা মানা পাম্বগী রানি। করি হায়গে মিয়া?

—চুম্মী সর। ঐদি হংচিং মীদোনা থোক্কনি।

—ঐনা হয়েং, হান্নগী মীদোনা।

পুরী, ১৯৮৮ (পুরী—ইম্ফাল)



# হজাম তা-কিস্নো

করি কক্কনি দাদা, সলামী নাইবা ?
ইবুংঙো নঙগীসি রাউনলা ?
ভৈয়াগী চুবা থাগদ্রা পাগদ্রা ?
হল্লোবীগীদি লীচৈ মরু হায়সিনেকো।
খুরাগীদি শমবু য়াওদরেনে।

হৌরাগাড়ীগী মনীংগী থোরাদগী কক্লবা শাহনবা য়োংকী চৌকী অতুদা ফমহল্লগা অঙোবা মানবা ফি মচা অতুনা মীতুগী ঙকশমদা য়েৎনা য়েৎনা শমচেং-কাতি পায়ফাল্লিংঙদা নিয়মগী ওইনা হংবা রাহংনি। অককুবা পাউখুম থোইনা ঙাইরুবা তৌদে ককপা অতুম হৌই। হেক মীৎয়েংফমগী ফক্লাংদা শমকক মওং মওংগী অয়েকপা কোককী লাইস্তু থেৎলি—(ফিলমষ্টার কট, জেন্টলমেন কট, ইংলিস কট,) ফ্রেন্স কট। তা-কিস্নোগী হকথেংনবা খুকক্তি অমগা অমগা লোইনা অতুম মান্ন-বগুম তৌই।

তা-কিস্নো— মাগী মমিং মচেং অমত্তনি। অদুবু অহল অমা লাকই তা-কিস্নো; পাখং অমা লাকই তা-কিস্নো; নুপী অমা লাকই—

—তাইস্নো, হয়েং শংব্রা, শংউকো হয়েং ইচানুপা অমা মনা তুংতৌরি, তাইস্নোনা নাপেং ওইবিদোবা!

—ইমাগী মুন্নাগীবো নকো শংদবা য়াব্রো। লাকনি খুদৈদি ফহল্লুকো। মফম হায়রস্নো।

নুপী খুদিংমক্তা মানা ইমা কৌই; অঙাং পুম্নমক মাগীদি মুন্না ঙাক্তনি—নুপীমচাদনা মুন্নী। মানা লাকপা কুইব্রিংঙৈগী অতুরাইদা থাবলচোংবগী পৈশা হাপ্ল, হায়রুবা লৈশাবী মচা খরদি ইমা হায়না কৌরকই, লক্লরকই হায়দনা শাউরম্মী হায়। অদুবু হৌজিক্তি মাগী তুকানগী মনাক অকোয়বদা লৈবা নুপীমচাশিংস্তু মঙোন্দা ওনশিন্দুনা ইমাকিস্নো অতুম কোরে। মাস্তু খুম্মী, অম্নাওবা খরদি লংব্রিক লংলিবা ময়াতু হিগৎলগা খুম্মী— ইমা।

ঐনা হেক খঙলকপদগী তা-কিস্নো মাগী ঙায়োনফম ময়াগী পীক্লা মোংলবা কা অতুদা অতুম লৈরম্মে। লাল লোইরকপগী অতুদা সিপাই ওইরুবা খুরাতোন্না নোংমা শম ককপা পুবিবদা খঙলকপনি। অহানবা হেক উবদা ঐদি লৈজবী থাতুনা কিরুরে। মুখ্রবা মমায় অতুদা ওস্থোক্লা থানা লৈখংখিবা নাতোন সুমাঙগী কোই ; হামজীনখিব্র চায়রুং আসনা ঈশিং খুজ্বাই অমদি চনগদবা মানবা ; মমীৎ অতুনা কুংনা লাওগ্রিবা ; মনাতোন অতুনা রাংনা শাংগ্রিবা —মশা লুম্নপ তৌরবী সুপীনা উরবদি অঙাং চংখিদোবা মানবা শককম্লি। পাজবদ,ন রাংবদি মাগী শমকক চৌকী অতুদা খোঙথাফম থাক অনীগুম্বা লৈ। অতু ফাও-বদা মখাং নাই হায়তুনা নোংমদা কোক য়াম্না ককউ য়াদে। অফবা নুমীৎশিংদদি মাগী তুকান থোঙ থেংলপ হাংই ; হোবে-হোবে তৌরম্মগা ওল্লপ অতুম লোল্লি। ঐখোয় খুরাতোন্না কৌরুরবদি মতম হায়বা লৈতে ; নুংদাং অথেংবদস্থ হাংই। মখোয় অনী য়াম্না লুনা তিন্নবা মাল্লি। মবানী হেক উন্নবদা ময়াংলোন লোন্নরগা পঙঙাংদ ঙাঙনৈ। মরক মরক্তা হৌন-হৌনকাস্থ নোকমিল্লে। মানা নোকপতুনতুম হেন্না কিরম্মী। ঐনা পাখংপা উরগা মানা ঐবু থোক পমখংলগা হায়খি।

—করিগী পাখংপরা মুন্নানা! ননাগী সনা ঐনা য়ানবনি, মুন্নাগী মশম ঐনা কোকপনি। নুগুণ থাংবদস্থ ঐনা কোক্কনি। সে মুন্নাগী ঐনা সিদামমিত্রী থম্বনি। উম্মো। চারো, অমুক্কস্থ পীগনি।

মানা ঐবু য়াম্নমক লুনা তৌই। অঙাং পূম্নমকপু য়াম্না লুনা তৌই। অতুবু খুরাতোনগী দোরীদগী ঐবুনা য়াম্না হেন্না লুনা তৌবা মাল্লি। হায়গুম্মদনা নুগুণ থাংবগী মতাংদা মানা ঐগী শম কোকখি। পুমিং অতু তশেংবদি মা হৌখিবা অহীং অতুদা য়ু য়াম্না হেন্না থক্লগা হাইতুনা লাকপদা যনগাড়ী অমদা থেংজিল্লুবদগী মকোক্তা শোক্তুনা ডাক্তর অচৌবদা লায়কম্নতুনা লৈবনি। অযুক অতুদা ভাব হেক তারকপগা মাইল অহমগুম্বা (কিঃ মিঃ মরীমখায়গুম্বা) চেনচং চক্তুনা নংননবা লাকখি। নীংথিনা কোকলম্মী। লোইরগা থোকমিন্নখিবদা থোঙ্গান্দা রাম্বরকই হায়তুনা খুরাতোন্না পোতুনা পুশিল্লকখিবনি।

নুমিৎ অত্তুদগী মা খংশোক শোকচিনখিবগুম তৌবা হৌখি। অত্তুবু থক্-চাবদি হুনবা তৌখিদে। অয়ুক নুংথিন্দি স্নুকশোক শোক্কে অত্তুগা নুমিদাংদি হেক মমথরুকপগী অত্তুরাইদগী মরা অত্তুম লৌনদ্রে। হেক হেক চৎমিন্নবা খুন্নাতোনগুম্বনা খাম্বতা থংবনি হায়নৈ। অয়ুক নুংথিনদনা নীংখ্রিবা লাইদি মাগী ময়াইদা পর্দা অমখক্তনা খায়দোকপা তুমফম্নে. চাকখুম্নে অত্তুগা তুকাননে পুনবা কা মচা অত্তুগী ফক্লাং অকোয়-বদা থেংলিবা লাইয়াম অত্তুদা ধুপ অমমম লোইনা থাই। গোবিন্দগী মঙ্গলার্তীদা হৌগৎলগা তুরেন্দা মশা শেংদোকই, ঈরুক্তিব্রবমখৈ হৈ অমা কক চীক্কে। লৈবাকপোকপা খুদিংগী মহাবলীদা হনুমান ঠাকুর খুরুম্বা চৎলি। হনুমান চালীসা মকোক্তগী লোইবফাওবা চিনফা পুই ; য়া দেবী সর্বভূতেষু .... অয়াম্বা মতমদা থীবা থেংনৈ। দূর্গা পূজাদা অঙাং ময়াম খোমজিল্লগা মাগী কাখু অত্তুদা লাই লাংলি। শমককমন পৈশা অনীদং রাংকে হায়রুবদা শিংলী-পাপন হৌবমখৈ লাউনবা মানা অঙাংশিংদা বম্বুলা মৈকাপ্পী পায়হল্লিবা থাহল্লিবা অঙকপনি। বলী নুমিত্তা ঙাক্রা পুন পুক্ককপা অমা থনকোক তৌনা ককই, অঙাংশিংগা চাক চানৈ। মক্কমদি অরেপ্পা লৈত্তে —অঙাং অমগী য়ুম অমদা হেক্তা লেপ্পে। মানা য়ুম্বু অত্তুম ওইবদৌনা তৌই। য়ুমগী অহল লমনস্থ— মাই তা-কিম্নো হায়বা অঙাওবসিনা তৌরিসে —হায়বদগী হেন্দে। অঙাং ময়াম খোমজিল্লগা ইহন-হেক হম্নুরত্তুনা তেলঙ্গা হেক কোংথংন-বসিনা মহানি —তুরেন মপান্দা নত্রো চীংও অচৌবদা।

নোংমা ঐনা ওফিস কুম্মক্লগা চা থক্তুনা ঙাইহাক পোখাম্নিরৈঙদা খুন্নাতোম্না ইচানুপা মগু অত্তু পম্মদনা চঙলকই ; হায়রৈ—

—মখোই, নঙদি তারিরোই ( অঙাং ওইরিঙে শম খোই হায়দনা ঐবু মখোই কোই )।

—করিনো খুন্নাতোন ?

—নঙগী কাকা তা-কিম্নোত্তু ফনা কম্না ঙমদবনি। নঙনা লংকৈ চৎখ্রিরৈঙদা হৌগৎ-কাখৎ ঙম্মুদ্রবনি। হৌজিকপুদি থর ফরবনি। তান চাবা অমদা ঙাইহাক চঙত্তুনা মহংবিয়ুহৈ। নঙবু শোনবনি।

—ঐদি খঙদবা।

—এ, ফনা নীংথিনা ঙমদবনি, ঐদি চক্ত-চংথ্রদোবোই নীংলুরে।

—এ, অদুদি তশেংনা ঙমদবনিদনা। কয়াম কুইরে।

—থামুক খরা কল্লেনি, কুইরে।

—ঐমা! তাদবা ঐদি। ময়ুমগী মী কাদি লাক-লাক্লব্রা, পাউ পীবিথ্রবা?

—কদাইদৈ, ময়ুমকা মীকা অমত্তা লৈত্রবা জাংনি। মা মথক্মা য়ুংলিংসিনা পূমলোই লোইরবা জাংনি। মাগী শাগৈ অসিমা মঙোন্দা অদুম লোইশল্লনি হায়দনা ময়ুম-মকৈ পাল্লু হায়বস্তু য়াখিদ্রবনি।

—তা-কিস্মোসিবু খুরাতোন করি লম মচানো কদায়দগীনো ঐবু খঙদ্রে।

—ঐস্তু খঙদে। মপাগী মপুদুগী মপুদুদি বিহারগী করি লমগো অমা হায়রিয়ে, ঐস্তু অমুক্তা তাদ্রি, মমিংহ্ পুরানদা কৌনবা মমিংকা মাল্লি, মতদা লৈরম্মী হায়। মপা পোকপা মপু অতগী হাক্তক্তা বর্মাদা লৈরুবনি হায়বগুম তৌই। মহুদা লৌ ইঙ্খোল লৈ-খোংতনা খন্দা লৈ থা-দুনা ফনা কুইনা লৈরবা জাংনি। অদগী ঐখোয়না চংলুবা লালদো, অনীশুবা লাঞ্জাওদো, মহুগী লোইশিল্লকপগী অদুদা বর্মাদা লৈবা য়াদ্রদুনা চেস্থোরকপা ওইরমাল্লে। লৈজবা পূমমক লোয়না হুন্দোক্লম্মগা সনা-লুপা শেল-নুং খর য়োম্মগা অহীং অমা খঙহৌদনা চেনখ্রো হায়দনা তাল্লকপদুদা হেক্তা চেল্লকপা জাংনি। মফম মরাং খঙদবা লম্মৈলস্তু নীংথি-নুংঙাইনা লৈতবা চীংলক অদুদা জঙ্গল মরক অদুদা নুমিং কয়ানীদো মখোঙনা চংলকপবু ওস্থোক্লা রাখ্রেয়ে। মানা তম্বা তাবদা ইমাংদা ফ্রিং-ফ্রিং চোংদুনা শিবা য়েংবদা নুংঙাইবা পোকপা ঐখোয় ফাওবা পি তাগে তৌই।

নুমিং অদুগী নুমিদাংদা ঐনা ষ্টেথেস্কোপ থাদুনা তপ্না চেকশিন্না মচা খায়না মমুদ তানা য়্যেংলিংদা ঐনা খঙনীংনা হৌদোকলদা রাকম তা-কিস্মোনা নখা চথরকখি —

—মুন্না, করি হংলুনি ....। ইহে। কাউথোকউরে, ডাক্তর বাবু ঐনা তমগে—

—ডাক্তর নত্তে, মুন্না অহুম হায়যু, তা-কিস্নোগীদি হান্নগী মুন্নানি, য়াম থুনা ফরো, ফনবা ঐনা তৌনি, ঐগী শম মোনবা য়ারকদৌরবনি। নচাদবু ডাক্তর কায়না! সে য়েংলোমদা চেপ্পু, নখোঙ অসিমা কোনশিল্লু।

পেনজনা থোকলুরমাল্লে তা-কিস্নো চেপ্পগী মহুত্তা ফুক হৌগংলক্লে, ষ্টেথেস্কোপ মচী অমা পায়রিবা ঐগী খুৎ য়েৎ অহু মখুং অনীনা তাপ লৌরগা চেংনা পায়শিল্লগা মরায়বক্তা থম্মগা হিক্লা হিক্লা কপ্লক্লে। ঙকপা লোইফাল্লিদ্রিঙৈদা মানা হিক্লবা খোঞ্জেল্লক্তা থোয়রবা মোমোন অমগা লোয়ননা হায়রকখি—

—মুন্না, য়েংদ্রবস্থ য়ারে। ওক্লে, মৈ চুবিনবা নৈরে, স্বর্গ ফংলনি। হিংদ্রবস্থ য়ারে। হিংবা ঙৌনবা হিংলে। রাগদবা রাক্লুরে। নুংঙাইবা য়াবস্থ নুংঙাইরে। ঙসিনা অমুক্তা পূর্ণানন্দ ওইরে। শ্মসানগীদমক খোঙশানবা য়ারে। চংনীংলে মুন্না।

—চংপা য়াদ্রিনে কাকা, কুইনা নৈখিনি, নঙগী রারী তাখিনি ঐখোয়গী খরাত্তোন্দ নঙগী রারী তাবনা কপ্পী হায়।

নোংমা মানা হিদাক-লাংথক চারবা, থক্লবা, কাপ্লবা মতুংদা মশা খঙ্গিক হঙ্গংলক। মতুংদা তনথরকখি—

—ঙমিত্তো অহৈংনা মুনা। ঐ চাউরাক্লা চহী ১.৮/৭ কুম্না স্থরম্বা য়ারে। ইমানা য়াম্না ফিংনা হৌদোরকখিবনি —কৃষ্ণচান্দ, কৃষ্ণ, কৃষ্ণ। ঐ অক্ৰীং অক্ষাই ওইনা ফুক হৌগংলি। করিনো হংগে খল্লকপগী অহুদা নক্লপ্পা বোম মথং মথং পোকখায়খিবগী মখোল তারকই। ইনাওনিপা পম্মগা লেপ্পিবা ইমাদা চেজেং কোনশিল্লি! নীকপা মাল্লবা ব্লুমগী থোঙজাওহু খংহাং হাংদোক্লগা বাবা চেনশিল্লকই; হায়রে—

—থুরো থুরো চংসি, ঐখোয়দা ঙাইহৌরে। ইমাস্থ বাবাস্থ পোংয়োম মচা অমমম অনীনী তাপ-তাপ পায়খংলি। ঐঙোন্দা পাইতু

মচা অমা য়ানশিনবী। বাবানা ঐগী খুদাং পায়রগা মাঙদা চেনচং তুংদনা চহী অছুম্মুক স্থরকপদা ঙাইরিবা ইনাও অতু পম্মগা নোমজেন।

—বাবা কদায়দনো?

—অরে চুপ!

"ফনা কুইনা চেনচং চৎলবা মতুংদা অম্মুকপা জঙ্গল থেংনরে। লম্বেল মাঙখ্রে। বাবা চৎলম্বদগী চপ লেপ্পি অক্লোয়বদা কোয়েং য়েংই। উঁতোন রাতোন্দা হাইরপ য়েংলম্মগা ঐখোয় অছুম্মু ফম্মু হায়রম্মগা কৈজোম ফিরৈদগী চে মচেৎ অমা থাঙ্গৎ থাঙ্গৎতুনা য়েংলগা চংখি। ঙাইহাক লৈরগা হোবে-হোবে চেল্লকই চৎলসি হায়দনা ঐখোয়বু চিংখৎলৈ। ঐদি উইরুরবনি। ঙাউফিং ঙাউফিং হৌগত্তুনা চেল্লি। চৎলিঙৈদা লাপ্লপ্না নোংথক্তা ঙোরোক ঙোবা মৈবুল অমা ফনা রাংনা পাইখৎলরুগা কায়রগা মরীক মচা মচা কয়া ৎপ্লপ্না তারকখি। ইমাগা ঐগদি পুংপা পাখৎলুরে। বাবানা চে মচেৎ অতু ফাক্তুনা য়েংহৌরগা কৈস্নু তৌরোই পাখংকনু হায়বক্ই। চেনচং অমুক চৎলি।

"মুন্না নুমিত্তুদা ঐনা রাবসি করি হায়রুনি। ঈংথররুবা মতমগী জঙ্গল মনুং অতুদা ছুমাংনা পুঙলুপ। ঐনা পায়বা ইমাগী ফীজীগী শরুক অতু পুমচোৎ চোংলে। খোঙ থাংবা থোকচিল্লক্তুরে। হৌজিক্তা খল্লকপনি ইমাদো য়াম্না রারমগনি। ঐদি অয়ুক নুংথিল চুপ্পা চেন্দুনা চোংতুনা, শান্নবা হৈনবনি, ইমাদি থাপ্না অমুক্তা লেপ্তুনা চৎচদবীনি! অতুগীস্নু মথক্তা অঙাং অমা মথাদা পোৎয়োম অনী নাকন্দা। খল্লুবদা মুন্না, তু-চুংবনি!

"নোং ঙানফুং-ঙানফুং তৌরকপগী অতুদা মীয়াম মরী মরী চৎনবা চীং-লম্বেল অমা থেংনরে! বাবানা —'সি ফংলবদি তপ্লি-তপ্লি মতম থরা চৎপস্নু ময়ারে —হেক হায়রকপদা ইমাদো মফম চায়-চাদে থোইদোক্লা য়েংলমদরে অঙাংনে পোৎয়োম্নে অতুম ফমথখরে। ঐস্নু ইমাগা পোৎয়োমগগী কারক্তা অতুম ঙাথরে। মতুদা নুংঙাইবসিদি, মুন্না।

"ঐনা মীকপ থোরকপদা নুমিং য়াম্না কারম্মে। ইনাও অহু ঐগী নাকন্দা তুমলম্মী। বাবাগা ইমাগা লৈবা উদে। য়েংথোকখিবদা লাপ্লপ্না নুঙজাও অমগী মনাক্তা মৈ হৌগত্ত্রনা করিনো খন্না থোংহনা লৈবা উই। নাক য়েত্তস্সু মী খন্নস্সু থোংবা থাকপা, লৌবা ঙেবা তৌনবা উই! চাক চারিঙৈদা ঐনা হংলুই—

—বাবা ঐখোয়না চংলিসি কদায়দনো ?

—তুম্মিন লৈয়ুনে নঙবো! চত্তবা য়াদদনা চংলিবনিনে।

"অমুক ময়াম চংনরিবা অহুমনা চংপা হৌরে! চীংলম্বেননি ঙম-না শিক-শিক্তনা কাবস্সু য়াওই, য়াম্না লুথনা উরী-রারী পায়হনা কুমথবস্সু য়াওই, লৈতেম মাপ্পবদা চুম্না চংপদি পঙয়াম য়ামদে; থেক-খিবসিনা ঙাপ্রুম ৎপালেঙনি পুবা। নুংশা য়ক হায়গংলকখিবা খঙহৌদে উরক-রারক অহুদা ফাওবা অশাবা নুংশিং কন্না কন্না ভোয়না শীংলকই, কদোমদগীনো খঙদে উফুল ঈরোয়নরকস্সু য়াওরকই। রাদ রারক্রবা কান্দা বাবানা ঐবু পোবিবস্সু য়াওই ইনাও পম্বিহনা ইমাবু ঙাইহাক রাই শংনা চংহনবস্সু য়াওই। খোঙ থাংবা থোক্লক্ত্রবা মতাংদা মতাং চাবা মতাই অমদা পোখাই ফনা কুইনা পোখাবনি। অহীংদদি ময়াম পুম্না পোথানরম্বা থেন অমদা থেং-থাক্তনা মথেন ফনা য়াম্না ফানা পোখাই। অয়ুক নুংখিন্দতা চংলে। অহীং অনী নুংথিল অনী সুরকপগী অহুদদি ঐদি ফনবু নুংঙাইরক্লে! সুম চংলম্বদগী মাঙদা শর চেনখংলুই, ওয়রোমগী থোইনা ঙমদবা চীংচেপ অদোমদস্সু লাপ্লপ হাইগংলুই! চংনা চংনা ইমানা শেগা ওম্বহনা পোবোই, পম্বোই তৌহনা পুরিবা ইনাও মুন্নাদা লক্লরুবস্সু য়াওই! মাগী মমিং মুন্না কৌবা নত্তে ইমানা কৌবিবনি।

"নোংমদি কমদোগেবু মুন্না, ঐখোয়না খেন অমদা পোখানবা শেম শারিঙৈদা মী তন্না-কুনমুক্না মৈঙান অচৌবা অহুম মরী মরক্তা রাগা উগনা শাবা দোলাই অনীখক্তা য়া-য়া লাংহনা পুরক্লগা পোখারে।

দোলাইদগী নিপা অমগা নুপী অমগা কুমথরকই। নোংয়াই ইতু ফাওবা চাদনা থক্তুনা য়া-যা তৌরম্মগা অহীংদা অংগম অমুক পুন্থনা য়া-য়া চংখরে। ঐদি অশিবা পোংলোইবা পুরিবোই নীংল্লুরে! ঐনা বাবাদা হংখি—

—বাবা কৈনো হুজিক্কীদো? অশিবরো?

'তুমিন লৈয়ু!' তারোইদবগী ঐ ফৈজুপ মচাত্থু চিংখৎলবনি। অত্থবু বাবানা কোক্তা তপ্পা নানবিরগা হায়রকখি—

—মখোয়স্থু ঐখোয়দৌনা চংলিবনি, মরল-মথুম য়াম্না পায়বা জাংনি। নঙনা পায়বা পাইতুত্থনা মোন খাঙলিকো?

—খাঙভি

—ফরে তুম্মো, হয়েংদি খরা ঙন্না চংসি, য়ৌদোরে হায়নৈ।

"হংনীংবনি, কদায়দা? অত্থুম হংঙদরে। হুম্নিস্থুবগী অয়ুক অত্থু ঐখোয খরা ঙন্না খোঙশানবনি। ঐখোয়না ইহান হানবোই নীংবনি মযাম মরী মরী অত্থুম চংনরম্মে! খরা চৎলগা লোকচপ অমা লানবগী অত্থুদা মী খরনা করিনো অমা কন্না য়েংনরম্মী! বাবা ইবানীস্থু পোত্থাবা ওইনা চংখিত্থনা যেংলুই। লোকচপ তম্না হাইথখিবা তঙম্বা চীংচেপ অমদা তেক্লবা দোলাই অমগা মপোপ ঈকায় কায়দবা অমগা ফৈনা য়ুংনা তাত্থনা লৈরম্মী, মী অনীংক অমনা, অমনা উ অমদা অমনা নুংজাও অমদা পন্দুনা লৈবা উই। ঙকপদা খম থেংথ্রবনি ঐ, হংলুই

—ঙরাংগীত্থরা বাবা?

—নত্তমাল্লে, অনীমক নুপা চাক্তনি।

—কৈদৌরবনো?

—খঙদে লাকও চংসি।

"মত্থগী নুংদাং অত্থুদা তাবা নোংসি মুন্না, অঙকপনি। চাক খোংবৈ হোৎনরকপগী অত্থুদা হৈথবা নোং অসি মকম মরাং ৎঙবা পোং নত্তে। উখা রাখাদা চেনশিন্নৈ। য়াবা নত্তে। ইমানা চাক খোংবা হৌরুরবনি। বাবা ইবানিনা ফি অমা তিংথোক্লুনা পেত্তক তৌবা

ফাওবেদদি য়াত্রা য়েংসি হায়দনা লাক্লবনি। য়াখিদে; চাককী থাজবা থাদোক্লুনা বাবানা ঐখোয় অহুম চোঙনবনি হায়দনা উ অমদা উপ্লা কোন্দুনা ঙাথরগা ফি অম'নীনা খল্লি। ইমানা মুন্নাগা ঐগবু কোনশিল্লি। মুন্নাদং খর ফৈ ঐখোয় অহুমদি পুংলুপনি— অহৌং নোংশোযবা। নোংঙাল্লগস্থু ফনা কুইনা তাহ্‌না লৈখি। ছাটিন লোয়নরকপা মী অনী-অহুমখক নত্তনা থেন অহ্‌দা লৈবা পুন্নমক লুপ্লবনি। অয়ুক থেঙজিল্লরুবা মতাংদা খর-খরা পাথরকখি। পুঙলেপ হেক লেপ্লদি নুংথিন্দনি। মী খরদং নত্তনা অতৈদি চংনদে, ফিরোল শন্দোক-খোঙোক্লুনা লৈনৈ। বাবাহ্‌ শীং অকংবা খরদংদা ওইরবস্থু থিরুনি হায়দনা চংখি। ফনা কুইরবফাওবা হল্লক্কে। মবুক লাম্মবা মুন্নানা কন্না কপশিল্লরুবদা ঙরাং থাঙ্গংপা হৌরুরবা পাত্র মচাহ্‌ পুরগা লাপ্লপ্লা মৈ হৌরিবা মীওই খরহ্‌গী মনাক্তা অমুক্তা শৌহল্লুগে হায়দনা চংখি। তন্না চেত্রকই! পাখংনা হায়রৈ—

—বাবা লাক্লত্রা চংসি

—ৈকদৌরে

—অঙাং অনী স্থহৌরে পুকচত্ত্বনা শিরিবা। অস্বায় ফাওদং চংলগা য়েংউচো, ঐ পোং লোইশিল্লম্মগে চংসি।

করিনো করিগীনো হায়বা ঐ মুন্না খঙখিদে। খুদক্তা অঙাং অনী- হুগা শিরকপা অহল অনী অমগা মরী শুরে হায়না তারকখি। বাবাস্থ থিবা খঙদে। নুংশাদি ফজনা শাদোরক্লে। কোয়চং চত্ত্বনা কৌই; খুল্লক্কে। ইমাদা অমুক তাকলুই। মী অয়াম্বা ইচৎ চংনরম্মে। ইমাগা ইবানি খন্নখি—

—কৃষ্ণ নঙ মুন্নাসি মথুং শমহ্‌না তপ্লা খর-খরা চংলমগেরা? ঐ বাবা অস্বায়ফাও য়েংঙক্কে। অস্বায়দা লৈবদি স্থকয়া য়াক্রে।

—ঐদি মুন্না পুবদি ঙম্মোই, ঐ থিরক্কে নঙ চংলম্মো, ঐখোয় তানখংলক্কে।

"পোংয়োম ময়ামহ্‌ পুরগা ইমা খর-খর চংপা হৌক্রে। য়েংথোক- খিবদা মী খরনা অশিবশিংহ্‌ ফুম্নবা হোৎনবা উই। মুন্নাহ্‌ মবুক লামহ্‌না

য়াম্না কপখি ; কপ্না-কপ্না চৎখি ! চেঙগা আলু অখায়বা খরগা য়াওবা পাত্র মচা অহু উখোঙ ময়াদা চেপ্না তুহ্না লৈহৌই ; ঐ ঙাইহাক য়েংলুই। চৎখিবা ইমাহোয়রোমদা অমুক্তং য়েংলুরগা বাবা থিবা চৎখি। খরা অমুক্তা কুমথহ্না কৌরুই। খোঙ্গাংদমক য়ৈরকখি। খুম্নকখিদে। খরা মখাদা ঈশিং ঈফুৎ অমগী মনাক্তা ফি খর লৈবা উই। য়েংগে হায়হ্না কুমথরকই। খরা কুমথরকপগী অহুদা মী অশিবা অনী-খক হয়িং ৱা-ৱা ইন্দুনা তারম্বা থেংনবদগী কিহ্না অহুম চেনখংলকখি। হান্নগী মক্ষমতুদা অমুক লাকখি মী লৈনরমদরে। অমুক অনীরক লৈ-লৈহ্না কৌহ্না য়েংলম্মগা চৎনখিবা অদোমদা চৎপা হৌরে।

"ওম্বোকপা হায়হুনি মুম্না ওম্বোকপা ! বাবা অহুম থিবা খঙখিদরে। অহুম উন্নখিদরে— ঙসি ফাওবা উন্নদরি ; উনদি উন্ননীংলি ; য়ামদ্রবদা অমুক্তংদি উন্ননীংবনি মখোয় লোইনমক। ইমাগা মুম্নাগা কন্না তানখংলি ; ফনা লাপ্না চৎলবা ফাওবা যংদে। মরক্তুদা নোং অমুক চুরকখি ; কনবদি নত্তে। উখা অমদা ঙাইহাক থুপ্লুই। নমথীবা মনম নম্মী হায়দনা য়েংথোকখিবদা মী অহুম-মরী ফৈনা য়ুনা তাহ্না লৈবা উরুই। অহুম অমুক চেনখংলে। লাপ্লপ্না থেকচিনখিবা লম্বেনদা মী খরা চৎপা উরকই। তানখংকে খন্দুনা খংচেন চেনবদা নুঙ অমদা খুদি থীহ্না তুশিল্লি। য়াল্লিবা পাইতু অহুদা নন্দুনা তুশিনবদা য়াওরিবা পোং অহুনা থবাক্তা য়ুরকপগুম তৌই। করি পোং ওইরিদোনো য়েংহুম য়েংগে খন্দুনা তাল্লক্তুদা থোক্তুনা য়েংলুই। ইমানা মরক মরক্তা কুম্মে-ফিয়োংদা হেক-হেক শিবা সনাগী লীক-কোন, খুজী-নুংজী ওইরম্মী। মী কোয়রুক-কোয়রুক য়েংলগা শৎ নমশিল্লগা থোক য়ানশিল্লি। ফুক হৌগত্তুনা অমুক চেনখংলি।

"ঙাইহাক চেনখংপদা চৎলম্মীবা মী খরহু থেংনৈ। ঐখোয়গা নক্কুনা পোংখামিন্নবা মুপা অহুদা হংলুই—

—অঙাং অমা পম্বা পোংয়োম অমা য়ানবা নুপীদো উরা ?

—নমাহুরো ? মাদি অঙাং খোম পীথক্তোগী ক্ষমহৌবনি

—কদায়রাইদা ? ঐদি থেংনরক্তেনা !

নঙনা 'স্নুম লাকপাদা উ অচৌবা অমা তুবা থেংনরম্ল্লা, মরাগা মরুগদমক উবা মশাদি উদবদো ?

—ও, ও, লৈখোম থোকপা মফমদো ?

—অ, অহুরাইদা। অহুরাইদা হাইজিলহৌবনি। কৌহনা য়েংউ। হাই, থুনা লাকউহু গাড়ী মযাম লৈরে হায়বনি এখোয়বু পু-বা।

“হন্দুনা চেল্লি। য়োনীংবনা হেনখিবনি ; উপথু-উপথুননা থেম্বাও অনীরক্লি তুখিবা। য়োফাত্রিঙেদগী কৌই— ইমা, ইমা …, মু—ন—না। মাইগৈ ওন-ওন্দুনা কৌবনি। খুম্লক্কে। খর-খরা চংশিল্লগা য়েংখি কৌখি থিখি। কৌরুই অমুকস্থু —বাবা! বা—বা। ইমা —! অমত্তা খুম্লক্কে। খোম্থাং ফাওবা য়িয়রকখিদবে! ওন্থোক্লা হয়াওনা, ককথায়রবা খুরাইদগী চেম্থরকপা ঈ ফাওবা তৈথোকপা নংদনা চেল্লকপনি। নীংবা কায়রক্লে, কৌবা ঙমশিল্লক্করে হৌনা ভৌনা কপ্লিংলক্লে ; কপ্লস্থু হৌরুরে।

“ঈশ্বর লৈতবকাদি নত্তেকো মুম্না, ঈশ্বর লৈবনি। লৈবা জাংনিকো! মতাং অহুদা নক্রুপ তৌবা মফম অহুরাইদগী নুংশিবা খোঞ্জেল অমা তারকখি —দা—। এ মীৎ-না খংশিং শিংই। ফমথগে তৌরম্বদগী শং তিংখংলি। কৌই—মু—ন—না। খুস্বদোনা তায়কখি —দা! মান্নি মুম্নানি ; মুম্নাগী মখোম্নি। এনা লকুবা ইমানা কৌবা মতাংদা মানা হেক-হেক ঙাংবনি —দা, দাদা: দা—। অমুক্কা কৌথি ; অমুকস্থু কৌখি। খুমদি খুম্লকখিদরে অহুবু শ্রোং-শ্রোং লাউবগী অখন্নবা মখোল অমা জঙ্গলগী উনা-রানা মরক অহুদা তারকখি। মায়গৈ অদোমদা থজিক কুমথরগা য়েংলুই। লৈরম্মে! উরে। মখোয় অনী লৈরে। পঙথাপ থাপ্পা নত্তে; অমুক্কুং চোংথবদা য়োবা জাংনি চোংথবস্থু য়াবা জাংনি উজাউ অকংবা অমগী লৈতেম মান্নবা লৈমায় অমদনি। ইমানা পোংয়োম অনীগী মোম্না কুত্তক তৌবা মফমহুদা হিপ্পা:মরক ফম্ব-মরক অনীগী ঙাইহাক শাংদোকপা মঙংদা ঙাথরি। মুম্নানা ফি তম্বায় তাখংলবা ইমাগী খোম্নাং নামদা মমায়না স্বরু-স্বরু নৈহুনা থক্লি নাম্মদনা মথুৎ নাম্ম থম্লি। নুংশা ফজনা ফংবা মফম্নি ; অচোংপা মরক্তা হুংঙাইন, মনীং তম্না শাম-শামনা থকচরি নত্রগনা থক্রু-থক্রু শামজরি।

জগৎ পুম্নমক কাউথোক্লগা ঙাইহাক য়েংহুনা মুংঙাইকুয়ে —মুংঙাইখি মুন্না মুংঙাইখি পি অতৎপা লৈতনা শিন্দ্রবা মথৈ মুংঙাইখি। কুইবদি নত্তে।

খংনীং নীংশিংলকপদৌনা তৌরক্কুনা চোংশিল্লগে তৌরকপগী অহুদা কনানো অমনা ইশ্মগন অনী তাপ পায়হুনা খাম্মগা চিংলকখি। হন্না য়েংখৎখিবদা খাং তুপী উপ্পা মচীন ফি অঙৌবনা য়েংশিন কুপ-শিনবা মীওই অনীখক লেপ্তুনা লৈরম্মী। খংপা পাখংলি। খংচোং চোংথবা ওইনা হুল্লি। মখোয় অনীনা খংফা ফাহুনা খংয়ান য়াল্লি। ঐ মরক্তা ঙাইহাক ফ্রং ফ্রং কাওহুনা লৈখি। কৌরুই —ইমা, মুন্না! মুন—না। ইমা—; মুন—না।

"খুম্নকখিদে, হঙ্গংনা ফাওবা য়েংখৎলকখিদে। মখূৎ নাম্মনা মকোক ময়াগী পোৎয়োম মথক্তা নাম্ম অমনা মুন্নাগী পুংলুপ লুপ্পা চোংহৌরবা মখ্বাং মপাদা থমহুনা লৈহৌই। ঐবুনা মখোয় অনীনা শ্রো-শ্রো লাক্কুনা চিংহুনা পুখি। চিং-চিংহুনা হৌনা কৌখি ঐনা —ইমা! মুন-না মুন-না!"

রারী লীনা লীনা রারীগী রাংমদা অশেংবা পুন্সি হকথেংনরুরবা তাইস্নোনা হৌরপ কৌরকই —মু-ন-না! থেঙমল্লদনা ঐবু লৌবা লাকপা মরক্কী রারীদগী নুংঙাইনা তাবা অহুম য়াওশিল্লরবা খুরাতোন ইবানি মীৎ-না খংশিং শিংবদৌনা য়েংনৈ। তাইস্নো ঐখোয়দা য়েংলগা পিরাং মরক্তা মোমোন তৌরকই —মোমোন তৌহুনা লৈহৌই।

হনমিন্নরকপা মতাংদা খুরাতোন্না, রারী অমা অমা শাক্করবা মতুংদা হংলকপদা ঐনা হায়খি—

—মাগীসি খুরাতোন কান্নররোই, য়াররোই। লোইরে; চাউখাও য়াদ্রে, লিবর লোইশিল্লে; কিদনী য়ারম্মরোই। লায়নাস্নু অরু-অরুবসি অম'নীদা নত্রে।

—অহু মখোয়, আদা কদায়দনো অমা পুদনা য়েংহল্লুসিরো?

—পৈশা তিং তোক্লবনি খুরাতোন। মতম খরা লৈবসি খর নুংঙাইনা মথরায় নুংঙাইনা লৈবা য়ানবা তৌবিবা য়াত্রা য়েংবনা করনি।

—পৈশাবুদি মাগী ঐঙোন্দা থম্মীয়ে। কুইয়ে মানা থা খুদীংগী মাগী কর্ম-নুংমগীনি হায়দনা থম্মকইবসি। বেক্কতা থম্মীরি! ফনা য়াম্মৈনি লীশীং কুন-কুম্থ্রামুক স্নুয়ম্লনি; ঐ পুখিরুগে। নহোয়না ইথোক-ইশিন তৌরগা য়াম্না ফবা অমদা পুরুসিরা হায়বা?

—খুরাতোন, তোক্লসিদা। অতুগী শরুক্তা মকম চাবা মতা চাবা অমদা মাগী মমিংদা দান তৌবিবা অমা নম্রগনা হয়েংরাই মতাং লাক্লবা কান্দা মখোয় মরীমক্কী শোরাং শোনবিবা অমা; মসোমদা খন্নবনা ফদোবা মাল্লে খুরাতোন। চহীবু ঐখোয়গী লৈবাক্কী ওইনদি ওখাক য়ামশিল্লক্রে। য়াম-য়ামগা রাবা রানবা অস্নুম হেনগংলক্কদবদনি। অতুদগী অমুকস্নু মাগীনি হায়দনা চপ হেক লেপ্লিগদবস্নু লৈরক-লোইদবা। অশেংবা মচা অমত্তং লৈজরবদি ফগদোবা!

মথংগী নুমিত্তা, লায়েংশঙদগী চাক চাবা হল্লকপদা ঐখোয় বোই মমানা তাক্লকই—য়েংউ, মহোয় ভা-কিস্নোদো লৈত্রেদো। খল্লুই—অতুক থুগনি হায়বদি ঐস্নু থাজদবনি। অমুকস্নু খল্লুই —চংখিবনস্নু ফরেদা।

কাঞ্চিপুর, ১৯৮৮

# অরোইবদা অহৌবা অমা

বসতগী হেক কুমথবদা হীয়াঙ্গ লোইরমদাই ওইশিল্লকপগী মথক্তা লমহাংগী অঙ্গংবা নুংশিং থেংনবদা হংইং ইংই। ভসাই সহরগী ওফিস মনুংদা, কৈথেন্দা অমদি লম্বেনদা শাহৌবা, নিংথমথা মালহৌদবত্বগা য়াম্না খেন্নে। য়েংলোম মায়রোমদা লবুক ভাক্তা ভায়গ্রবা পক্কা ওই-ফাত্তবা লম্বেল অত্থদা চংলকপদা ঐগীদ—ঐগী মকমমক য়োরবোই নীংই। অশেংবা ইযুম্নি হায়দনা মরীনি-মভানী লৈরুবত্থ ইকোই কোইনা লংফৈদোনা খল্লুরে। চহী কুনমভা-তরুক লৈরব্লুবা অসিদদি খুল অসি ঐগীদ—ঐগীদোনা তৌরে। তশেংবস্থ মখাখুল ঐগী ওইরবনি ঐস্থ মখাখুলগী।

হেক কুমথবগা চংলকপগী অত্থদা লাপ্পপ্না স্কুল মনুংদা মৈভাল উই। খল্লি—করিনো খুন্দিন্নরিবা জাংলা; নত্রগা আপ্পদগী ছাত্রশিং লময়েংবা লাকপদা থেভখিদনা য়ারেক্লিবা ওইরিদ্রা? অমত্তা নংলমদে; চভশিন্দুনা য়েংলুবদা খুলগী নহারোল খরা লৈবা উই। মপান্দগী ঐনা লাউরকই—

—ইচাশিং বনা কনানো, করি তৌরে. কৈদোবা য়াওরে?

বীরেননে চাউরেননে ইতোগানে—অহুম চেম্ফোরক্তুনা খুরুম্মে। মনুংদা লৈহৌবা মখোয় খরহুস্থ সুরুসরা সুরুসরা তৌরম্মগা চেম্ফোরকই।

—ওজাবু ঐখোয়নি।

—এ, ইচাশিং ভাক্তনিদনা, কৈদোরিবা অথেংবসিদা?

—ওজাবু পোইন্থ য়োশিল্লরুবা অসিদা খুনসিদা লৌশান নুংশান শেন্দোয় ফোদোয় লোথোক লৌশিন তৌনবা মতাংসিদা নহারোল ঐখোয়না খুনগী ওইনা শভজরিবা।

—এ-এ, ফৈ-ফৈ। তৌগদবনি ময়ামগী সেবা তৌবা হায়বসিদি যাম্না ফবনি। অত্থ ইচাশা, কানসিনা কান্দা অমা ওইনা তৌগ্রবসিদা পাভথেং থেভনা লৈন্থ, ভল্লপ ভল্লপ হেক চভনো।

—ফনি ওজাবু, ঐখোয়দি 'স্নুম লৈজরবনি। ওজা হৌজিক য়ৌবিরক্লিবরা ?

—হৌজিক্তা য়ৌরক্লি, লাষ্ট বসতা য়াওরকপনি। লম্বেনদা গারী বেরা তৌবহৃদা থেঙদোকখ্রে। য়াম্না ইংঙে হৈ, থেঙনা লৈনু।

—ফনি, পোথাবিক্রুরো রাবিরম্মনি।

—ফরে, ফরে। বীরেন নহোয়নরা লম্বেল অসিদা রাশাং অমনী ক্ষৈহৃনা গেট অমা শারিবসে ?

—মানি ওজাবু, গাড়ী চঙথোক চঙশিনগী স্নুম শেমজবনি, ফনি, ঐখোয় 'স্নুম লৈজহৌখিগে।

—ফরে-ফরে। ইংঙিহৈ ইচাশা!

মখোয়না য়াম্না ইংনা লৈহৌবহৃগা য়ুমদা, ঐগীদা লৈবা চৌকিদার তোঙ্গাউগী মচানুপাহৃনা তম্মিবা পাউহৃগা য়াম্না খেন্নবা উই। অঙাংহৃনা ঈশিং লুম্ন-লুম্না তম্বনা —

—অহুবুরো ইধৌ নহান অয়ুক গাড়ী তনী লাকপা, ফৌ হাপ্পা; অদগী তাবীরেনখোয়না হাপহন্দ্রিবা; পুবা য়াদে হায়দনা অমত্তা পুহন্দ্রবা। য়াম্না খংনখি। ঙরাং নুমিদাংদা গারী অহুম লাকপা! অহীং য়াম্না থেংবা ফাওবা মী য়াম্না তিল্লি, য়াম্না খংনৈ। অদগী তাবীরেন খোয়না ক্রুরিবা। অহুম হনখ্রে। অহুদগী তাবীরেনখোয়না খুল অসিদগী ফৌ কনা অমত্তনা পীবস্নু য়ারোই পুবস্নু য়ারোই হায়দনা ইসঙ্গুনদা শঙঙিবনি।

মপা চৌকিদার তোঙ্গাউহৃ কৌরগা হংগে তৌবনি; স্কুলদা লেকপা চৎখ্রে হায়হৃনা লাক্রে। অয়ুক ঙস্তা কৌহল্লুই। তোঙ্গাউনা চেল্লক্লুনা তৈংবা

—উঝাবু ননাই নচাশিংসিনা তৌরিবা মৎংসি কুম্মে তানবা তারে। লৌশান, যনশান, কনাগী শেনগী ফৌ মরু অমফাও পীবা য়াদে পীরোই হায়দনা অমত্তা পীদ্রে। লৌবা লাকপা খরস্নু ফু-চৈহৃনা থাখ্রে। ঙসি নোং নিনিসিদা সিকাইনা খুল অসি পুঙমু মুরবনি কমদৌনি। মহাজোন অমদি মৈ গৌহৃনা চংখি। চে থারগা মী লোইনা ফাহনগনি গোৎ কাহনগনি ফুহনগনি হায়দনা লাউরম্মী। বীরেনখোয়না তান্নহুন নুঙনা থাবদা গারীগী মিংশেনকা ইকায় কায়খ্রে।

—নহারোলশিংনা পাম্মিবনা করিনি হায়গে ?

—মথোং মুম্না খঙজদে ননাই ঐখোয়স্তু। মহোয়না হায় রিবসি ফৌ পীফম থোক্কে ; ঐখোয়না রা-না নোংজু-নুংশা, খাক্তনা তিম্ফা-কাকফৈ মরক্তা উজরগা মখোয়না নুংঙাইনা ফমহনা লাক্লগা ফমহনা পুথ্রগা চাবা য়ারোই। ফৌ-দি, লৌমী ঐখোয়গীনি মখোয়না শোকপা স্থুকয়া য়ারোই অসিনি।

—খুলগী অহল-লমনদি করি হায়রি ; কৈস্তু হায়রা ?

—মনীং লৈকাইগী খুরা তম্ফাজাউহোয় খ্বাইদি চুমদে লৌপূগী ফৌ মৎপা হৌনদে দোষ ওইনি হায়দনা ঙাংই। অহুগা মখা লৈকায়গী তাদ ব্রোজোচানখোয় খরনদি নহারোলগী মায়কৈদা তোংলি। মখোয় খরদি ইনশিনবস্তু য়াওবা জাৎনি। পীগদবা মী মশাদি পীজগে তৌবনি নহারোলনা পীহন্দে, য়াম্না পীনীং-ঙগনা ইসগুনদা পৈররাও ঐখোয়না থোকপা তোগে হায়দনা হায়রিনীদো উঝাবু। মসি লান তান্নবা তারে কমদোদোনো খনবদা মম্মী।

ঐস্তু ঙাইহাক মম্মুই। নহারোলশিংহু কৌহল্লুই। বীরেনগা মহোয় অন্তমদি কদায় কদায়দনো মী নেকপা চৎখি হায়দনা লাক্রে ; ইতোচাগা মহোয় মঙা লাকই ; খুরুম্মে। ঐনা হেক হৌবদগী তম্বীরকপনি। মখোয় অয়াম্বা হাইস্কুল লীবীং লোইরে। খরা অমদি শহরদা লৈহুনা বি, এ লোইদোবা য়াওরে। মখোয় লোইনমক ব্যবহার কায়দে। ঙসি ফাওবদা উম্নবা মতাংদা খুরুম্বা তোক্ত্রি। মমুদ তানা খন্নসি হায়না মথং মথং হংলুবগী পাউখুম ওইনা ইতোচানা হায়রকই —

—চুম্মী সর, ঐখোয় রুবকী নহারোলশিংনা মুম্না খম্নরগা লেপ্পরবনি। হন্দক্তি অমত্তা পীররোই

—মরমদি ?

—মরম হায়ববু সর, সরস্তু খঙবিরি ; মখোয় মখোয়না ফেন মথাদা লেঙঙম শাঙমদনা খাঙলিবা নুংশা মরক অহুদা খোঙদা খুগ্রাং য়াওবা নত্তে, কোক্তা ভুপী উপ্পা নত্তে পোত্থাপোৎনি হায়দনা কংক্রে মচা অমা য়েপ্পদনা খুঙাশিংনা খোইরিবনি। নোংনা ফুদীং ফুরবা কান্দা

মখোয়না হৌটয় কোন্দুনা ইকাই হঙ্গোইদনা হায়রবদা, মখোয়গী ইমুং-মন্নুংগা য়েংন-য়েংনা চা-কোফী থক্তুনা লৈবা কান্দা ঐখোয়না লৌবুক অসিদা। ঐখোয়বু অরৈবা মীনাইরো ঐখোয়বু লৈখোমনা শাবা ভম্মীরো। হৌজিক ঈংগ্রবা মতমসিদা চরু-মৈ ফাওবা তীকপা ফংদবমখৈ খু-খুরাই তংপ মখৈ য়ৈরে। খর-খরদং পৈজরে—য়াম্বস্থু নক্রি মচা-মশু মহৈ তমহন্নবগী খায়দোকপদি লায়রদনা চাবা কোন্নরোইদৌরি! মসিদা মখোযনা ইরায় লায়না গাডী অমমম পুরদনা তেং তেংহুনা পুরনি লৌরনি মুল্লনি হাযদনা লাকপা তারবদি ভাব তারবা নহারোল ঐখোয় তুমিন্না লৈথোকপা ঙমজদ্রে! রাক্ষম অসি ওজাশিংনা, সরমক্লস্থু, হন্না হন্না ক্লাসতা তপ্পী-তাকপিগ্রবনি।

—স্নুকপীমক পীররোইদবা?

—পীজররোই, সরস্থু হন্দক্কী মতাং অসিদি তুমিন্না অহুম পোখা-বিরো। ঐখোয়না থোকপা শীঞ্জরগে।

—মখোযদি করি চানি?

—মরইনা অম-অমদগী চাজনি। মখোয়গীদি ঐখোয়গী অস্বায়গীসিদ নত্তে মফম অতৈদস্থু লৌফম য়াম-য়াম্না লৈরমগদবা জাংনি।

—অতৈহুনস্থু নখোয়না তৌরিবা অস্থুম্না অমত্তা পীরক্রুবদি কমদোবা?

—পীরক্রুগনা পীরক্রেদনা! মহু ঐখোয়গী আউটলুক নত্তে! ঐখোয়গী মখা খুল অসিদগী ফো মরু অমফাওবা ফংলরোই। স্নুকপী পীররোই।

—অহু মখোয়দি চন্না হেল্লে?

—হেঞ্জরেদনা। মখোয়গী খল্লিঙৈদা ঐখোয় চরা হেল্লগদ্রনে সরনা তাকপীরিবসিবো? মখোয়গী মবুক থন্ননবা ঐখোয় চরি থদত্তুনা শিবা তারগদ্রা! ঐখোয়স্থু চহী হেক খুদিংগী পীহুনতা লাক্লি। লৈতবা য়াওরফাওদা অরৈবা ময়াম্না খায়ন-খোংনহুনা পীরক্লি। নহারোল ঐখোয়না হোন্দুনা গাডীদা হাপখি, হৈখি, থিনখি। অহুবু হন্দক্তি, সরস্থু খঙবি-উবিরিহুনি মখোয়গী প্রোজেক্ট

অসিনা লৌ অয়াম্বা শিরে, অনীরক লোকপীদি লায়রদনা অমুক ফাওবা পামফেনদগী লাকহংখরে। ফৌদি অনীরক-অঙ্গন্নক মাঙংখ। লৌরোক পাম্বা লোইরকপসিদা য়ুমথোঙ অমমমদা থা অহুম-মরী চখোম অমমমতং চাবা য়ানবা ফৌহাম-ওই করি-ওই তৌবা খর-খরদং লৈনরি। মসিদা করিনো ঐখোয়না তৌগদবা, মখোয়দা পীংগৈরিবসি কয়িনো। ঐখোয়গী ঈ অসি চিংথোক্লগা মখোয়দা কংখিদোবা মঙায়রে। সর ব্রি আর হেল্পলেস।

—ইতোচানা হায়রিদো অচুম্বা ঙাক্লি। মসিগী মনুংদা হেন্না চুম্না থোক্লিবদি অকোনবগী পোইন্ট খরসিনি। ঐখোয় য়েংবা তাবনি খনবা খন্নবা অদুগা খন্থবা তাবনি।

তোঙ্গাউগা মখোয় অহুম পাখংনা চেল্লকই। স্বর ফুল্লপ-ফুল্লপ তৌরদনা—সোমদা উঝাহোয়না খল্লিংঙদা অসোমদদি সিফাই গাড়ী মপোং-মপোং লাক্লুনা কোয়শিনহোরে। ব্রাকোকক্কা নেংংমৈগা থেংনহোদোরে হায়না তম্মৈ। ময়াম চেস্থোক্লখি। ঐসু ফি হোংবা নংদে অহুম চেল্লে।

চেনখিবদা ব্রাশাংগী গেট অদুদা থীরেম্মা লুচিংজুনা যোপাক, থাংজৌ, তা, ব্রাকোক পায়বা নহারোল পরেং শানা লেপ্তুনা লৈরম্মী। নোংমৈনা মপা লাল্লগা সিফাই পরেং অমনা ইকোয় কোয়না লেপ্লম্মী। মরক্তী ময়াইদা মীরৈবাক্কী মহাজন অমগা মৈতৈ লৌপু মরীগা লেপ্তুনা মগুং-ও মশা-ও হাই-হুনহনা ঙাওনখি। নহারোল কাঙবুনা শীংজুনা পরেং লেপ্লি। মরক অদুদা ময়াইদি ওইরগা নাকল ওইরপ্পা মেজিষ্ট্রেট নহা অমা লেপ্পা উই। ঐনা মশক খঙবগুম তৌবা নহানি। ঐনা তুংলোমদগী 'অমুক্তা ঙাইবিখো লৈবাকমচা পুম্নমক, অমুক্তা ঙাইবিখো।' হায়না চেনশিনবনি। লৌপু অমদি ঐগা চহী হেক খুদিংগী উরদুনা ব্রারী ঙাইহাক ঙাইহাক শাবদগী খঙনরবনি। লম্বী পীরকই। ময়াইদা চঙশিল্লগা থাম্মুই—

—ঙাইখো ইচাশা ঙাইখো। ইনাওশা তপথখো। আদুগী লেঙবিন্নক্লিবা মরূপ-মপাং পূন্নমকস্তু ঙাইহাক্কা তপথবিখো। অহল অমা ওইনা করিগুম্বা খরদা হঙ্গৎচখিগে।

ঐবু খঙবা খুনগী নহা ঙাক্কনি। মেজিষ্ট্রেট নহা অতুনস্তু ঐবু খঙবিরম্মী ; ঐগা লাইরিক তম্মিনন্নকপা ইমান্নবা অমগী মচা ওইরম্মে। তপ্পা হায়রকখি—

—হোয়নে পাবুঙ অমুক্কা ঈংনা য়ান-য়ানবা তৌজৌবনা ফৈনে, ন্না থোক্লবা তারেনে।

—ফনি সর ঐ হোংনজগে।

—সর হায়বিনু পাবুঙ, অব্দুল অজিজ অতুম হায়বিয়ু।

—কুপানি ইবুংঙো।

খুক্কা মথং মথং থোমজিল্লকখি। থংনবা খুলশিংদগীস্তু মনম মনম লাক্লবা উই। ঐনা হৌদোকখি—

—খ্বায পূন্নমক্কা ভক্তি কৎচন্নি। ঐ ব্রাফম অমত্তা হৌদোকচগে। ন্নারী রাখোঙ পূন্নমক ইশঙ খঙনরবা ঙাক্কনি। হৌজিকসি খুং থোকগনবনা মঙাংন্নবনি। কান্নদে লম অসিগী মী ঙাক্কনি, ইপা-ইচা, ইচিল-ইনাও বান্নি-সবন্ধ ঙাক্কনি। অমনা ঙাঙই অমনা তাদে অমনা হায়রুই অমনা শেন্নান্ননা লৌই অমনা ফৈদোক্কা হেক তম্মী—ঐখোয় মশেলমক্কা অমত্তা ভাব তানদরে। শাওগংনদনা ইমু-নাইমু তানদনা করিস্তু কান্নবা পোং নত্তে। ভাব লোইনা তানবা ঙাক্কি করি কমদোন্নগা ফনবা তৌসিগে হায়বসি পূন্না ঙাঙনন্নগা খন্নন্নগা ইথোক থোকদবা লায়থ্রবা ন্নানি। অতুনা ঙসিগী অস্নুম্না ময়াম পুনবা ন্নাবা মতাং শিন্দুনস্তু পাক ঙম্বা নত্তে। তান চারে ময়াম পূন্না খুন্দিন্নরসি। লাইবক ফবনি ইবুংঙো মেজিষ্ট্রেটস্তু মতাং চানা লেঙবিন্নক্লে। ঈশ্বরনা শিনবিরক্লবনি। ইবুংঙো অজিজনা চিক গেষ্ট ওইবিরো, লৈবাক অসিদা পোক্লবা চাউরবা লৈস্তু লৈন্নিবা ঐখোয়গী মহাজন পরমবীরনা সভাপতি ওইবিরো। ঐখোয় খ্বায়না ঙাঙগদগা পুন্নমক অমমমতা ওইনা ঙাঙনরসি। হায়নীংবা ঙাঙনীংবা পুন্নমক খন্মোয়

শেংনা পূকচেল তিংনা ঙাংঙনরসি। বীরেন স্কুলগী মাইক-কাত্থু থাংদোকহল্লো; তোঙ্গাও দরী ময়ামত্থু থারো নুংশাদা ঙাইহাক্তুং তৌরসি। কুইগদবা নত্তে। ভাব লোইনা তান্নরিবা ঙাক্তনি।

নহারোল খরদি মচুক পৈবগুম তৌই। অত্থুবু অয়াম্বনা য়ারবত্থুদদি মখোয়স্থু ফিদা থাবা অত্থুম য়াওখ্রে। কুইবা নত্তে মিনিট খরগী মনুংদা শেম শাবা লোইরনি। খুলগী অহল-লমন মাঙদা ফম্মী। ময়াম ইকোয় কোয়না ফম্মে, লেপ্পে। মহাজন পরমবীরনা হৌদোরকখি—

—মাষ্টরজী, সভাপতিসি খুলগী অহল অমা ওইহনবা ফগদ্রা? 'খুনগী রাদি ঐখোয়গী হেং মাসতোরনা হায়রগা য়ারে।'— অহল অমনা হায়রকপা রানি। কিরপ তৌত্থুনা নৈপল মরুমদা করিদা লুমত্থুনা য়েংলম্বা নুপী-অঙাং পূম্নমকস্থু থোক্লররে। মী ফজনা তিনবা হায়বত্থু ওইরে।

হৌদোকপা ওইনা রাহৈ মঙা-তরা ঙাঙত্থুনা খরগী মখৈ ইংথনরক্লবা মায়কৈ অনীবু খরা অমুক্তা থেমত্থুনা ইংথহনবনি। হায়রুই—

— .... অত্থুনা ঈ খজিক শাজরিবা নহারোলশিংনা ঙাইহাক শাউবগী খজিক হেক্তিন্না হায়রুবগী রাদনি। চহী হেক খুদিংগী চপ চপ চানা পীত্থুনা অত্থুম লাক্লবনি। হন্দকস্থু অত্থুম পীগনি, লোফমদি লৌপুগীনিদো। লৌপু মরুপশিংস্থু মশা-মশানদি উবা ঙমদবনিনা শান্দোকপা তাবনি, উবদি ঙম্বা হৈস্থু হৈবা ঐখোয়না উবস্থ তাননি। লৌশান্দগী ফংলকপা খরত্থুনা চহী অমগী চানবা ওইনপদৌরিবনি। শুরগা হিংনব্রিবা ঙাক্তনি ঐখোয় পুম্নমক ---

অহানবমক্তদা খুলগী অহল অমা কৌখত্তনা হৌগিবা চহীদা থেংনখিবা ময়ামগী ওইবা অরাবা খরা শম্না লীহনখি। মথংদা নহারোলগী মরক্তগী শাউরবস্থু ইংলপ নৈরম্বা ইতোচাবু নহারোলপা অপাম্বা অনীংবা কয়া ফোঙদোকহনখি। ময়াম মুন্না তানখি। মরক্তা খরনা খুবাক খুরকখি। লৌপুশিংগী মরক্তগী খরা অহল ওইবত্থু কৌশিন্নুনা ঙাউহন্দ্রিঙদা মরক্তা ঐনা কেল্লুই—

— ...অসিনি স্নুকপী পীরম্লোই হায়দনা মৈ-ঈশিং চণ্ডদবমখৈ কক লেপখিবা ইচাশিং নত্তে খুঞ্জাশিং নত্তে। পীফম থোকপদি পীখিবা তাবনি হায়বসি রাখলনা অহুম লাম্বা ফংনরি। লুরিবা অমত্তংবু, ঈচাও নংগ্রে; ফৌদি অনী-অহুম্লক মাঙখ্রে, মরু হুন্নবা ফৌদি ফাওবা লৈতহনা লৌপুদগী ইকায়-ইকি হুন্দোক্লুনা লৌনবা য়াওরবনি। অস্নুক ল্লানা হোংনজরগা লাইবক্লা য়াদবনি খণ্ডদে দোষা য়াদবননি খণ্ডদে ফৌ থোক্ত্রে; থোক্তবা হায়ববু য়াবমখৈ থোক্ত্রে। হৌজিকস্নু মাগী মাগী ফৌথোকশিংদো কোত্তা অমত্তা হৈজিন্নদ্রি শঙ্গোইদা করিদা পৈহনা থম্নরি। মরুপ লৌপুশিংনা লেঙশিনবিহুনা য়েংবিয়ু। কপ্লিংবা অমা য়াওবা জাংনি!..

অহানবা অমদি অনীশুবা লৌপুনা মাগী মাগী অৱাবা তেংনা লীরম্মী। অহুমস্নুবহুনস্নু মরক্তা পল্লম্মী—

...ওজাহোয় খাইনদি লৌপু-লৌপু হায়দনা য়াম্না চাউহনবিবোইনা তৌরে। তাবদদি লৌয়াম চাবা চাউর চাউরবা জমিন্দারদোনা লেণ্ডলোর্ড তৌনা তৌবা মাল্লে ঐখোয়সে। তশেংবদি মতু নৎচদে। লৌয়াম চাবা চঙী কয়া কয়া লীশিন পৈশিন্দুনা থম্বা ঙম্বা লৌয়াম চাবা হায়বহদি ঐখোয়গী পাক্লবা লৈবাক অসিদা লৈবা রা নত্তে; লৈবস্ন য়ারোই ঙমস্নু ঙম্মোই। লৈরম্বা য়াই মতম অমদা নিংথৌ পাল্লিরৈঙে, নিংথৌ ঙম্বা অঙণা খরনা লৈঙাক শাসনগী চুপ্লি পায়রিঙে নত্রগা ম্লেচ্ছশিংনা য়ুদ্ধ শাহনা লৈরিঙে মতমহদা। অহুবু পূম্নমক্তো, ঙসিদি, ইশাগী লৈবাক ইশানা ঙাকচরবা ইশাবূ ইশানা শক খণ্ডজরক্লবা মীয়ামগী মীহুৎনা শেমজবা সরকার লাক্লবা মতমসিদদি পথাপ পূম্নমক ওল্লবনি লৌচা পথাপ শেমদোক্লবনি ঐখোয় পূম্নমক মান্নরবনি। পূহুনা লণ্ডহুনা ইমুংগী মীয়াম থাকপদা মতৌং খরা ওইনবা হায়হুনা লৌ পরী অমনীদং লৈজহৌই; হৌজিক ময়াম্না উবিরিবসিনি। লৈত-লৈত লৈবা মানবা শারহুনা মচিং-মচিং থিবা য়াও শেন্দোই পুবা য়াও তৌহুনা লৈজহৌবা লৌফম অসিদগী কারকপা খরনা চাবা কোম্নবা কন্না লাক্লজরিবনি। মীরক তিন্নবা, অঙাং-নুধী শেম্নন। মীগানবা হায়হুনা

অতৈ-অতৈস্নু লাক্লনরিবা ঙাক্তনি। মসিদস্নু,— ময়াম্না মথং মথং ইচম চম্না ফোঙদোক্লুরক্লবনিনা ঐস্নু খুদোংচাবা খজিক্তং লৌজহৌগে, রারোবিরোই খঞ্জে। মসিদস্নুকো তশেংনা হায়জবা তারবদা তম্ফম থোকপা অতাবী ফৌশিং অহু অমুক্তা শুনা ফংখিদ্রি ; শংবাই অমা রাং, পোংছম রাং পোংনীনাম্ম-তা অহুম লৌজরক্লি। অরাবা মশেন্নি য়েংনদবা য়াদে। পাম্বগী রাহৈ অনী-মরী ঙাঙলুরবস্নু ঐখোয় অপীবা খরহু অহুম লৌই, রানা গাড়ী-নুংলি রায়হুনা লাক্লগা মপোং ফাদনা হনবা চহীস্নু অহুম য়াওখিদবা নত্তে, ইনাও নহারোলশিংনা খঙবিরম্বা য়াই খঙবিরমদবস্নু য়াই ; থাজ-বিদ্রগা মাঙদা লেঙশিল্লিবা ইপন অমুদোন-দা হংবিয়ু ইপনহোয়দনি ঐনা শাঞ্জরিবসি। ইপনখোয়গা লে'য়নরকপসি ঙসি ঙরাংগীতা নত্তে আ—ইপু হাক্তক্তগীনি। ওইদবা ঙাঙবদি য়ারোই ইপনস্নু ফৌথোক নৈবা চহীদদি তাউ, য়েংউ হায়দে ঙাঙন-লাক্লদে, শংবাই চাউনা-চাউনা ওল্লি ; মথক্তা চাহাও শংবাই'মা করিমস্নু হায়নরুবা নৈত্তে হেক্তা হাপ্পকই। নুংশিগ্রবা ইপনখোয়নি লুনা তৌজগ্রবা খুলনি…।

ময়ামহু অযুক ঙস্তাদগীনি ; ফনা থেঙজিল্লক্লে অহুবু লেঙনদে। অতোপ্পা অরাপ্পা খুন্দগী কয়া অমস্নু ভাবোক-ওই করি-ওই থোমজিল-গ্রবনি। তুংগী অকোইবদা লেপ্পম্বা সিপাই খরদি পুগ্রী মপান্দা ফম্মগা খুলগী অঙাং খরগা পোরোম কাওনবা য়াওরে —লাপ্পপ্পা উবনি। বীরেননা শীন্দুনা নুপামচা নুপীমচা তরুক্লা চা খরা পুরক্তনা য়েল্লে ; তোঞ্জাওনা অহল-লমনশিংদা বেরী য়েনবা হৌই। লোইশিল্লমদাইদা ঐনা রাফম খরা অমুক হৌদোকলুই—

—….অহুর্নাি, ময়ামসি রানরে ; থেংস্নু থেংজিল্লক্লে। হৌজিক্তি নৈখায় তাবা য়ারক্তদোরে হায়না লৌজরে। খুলগী নহারোল অহল্লোন-শিংনা লৌপুদা লোশান পীগনি হায়রে। মতাংসিদা আদগী লেঙঙক্লিবা লৌপুনস্নু খুলগী অরাবা ফীবম য়েংহুনা খরা তাথোক-তাশিন তৌহনা লৌবা হায়নস্নু চাউরাক্লা তাকপিরে। রাগীবুদি মতাংসিদা লোইরবনি অহুবু ময়েক শেংনহৌবা চুম্মী মতুংদা অমনা অমা হায় অমনা অমরোমদা অমুক তৌদনা ফৈনা ফৈনা চংনখিদনবা মাইকৈ অনীমক পুল্লিঙৈসিদা পীগদবা লৌগদবা ফৌশিংস্নু লেপথোক্লহৌরসি।

মতাংঅসিদা সভাপতি ওইরিবা পরমবীর লেপথংলকই হায়রকই—

—ঐস্থ রা অমত্তা হৌদোকচগে। ভাব ইতা তানরে। অমগীস্থ অমগীস্থ কায়দনবা তঙ্খায়দা লেপ্পসি 'তঙ্খায়হ্ ফাওবা ঙমদবা য়াও-রক্লবদি ?' বীরেননা মরক্তা হায়রকপনি।

—অহ্ ফাওবা রাগদবা লৈরগনা অঙম্বা খরা পীবহ্ য়ারে। করি হায়গে ইনাওশা ?

আদগী লাকমিন্নবা কাঙবু অদোমদা লৈশিল্লগা হায়রকুবনি। মখোয় খরহ্স্থ য়ারে। ঙসাইদগী তুমিন্না ফম্মিবা অজিজনা য়াম্না তপ্না চীং-লেম্না হায়রকই—

—মসি স্থমদৌসি; তঙ্খায়দা অহুম লেপ্প সি। ঙমদবগীনা ঙম্নবা মওং লৈনি। লৌ শিখিবা মাঙখিবনিগী মরম অসিনা চুম্মবদি সরকারদগী ক্ষেতিপুরন ভানসি শোযদনা ফংগনি। ফংনবা হোংনবহ্গীনা পাবুঙ ওজাহনখোয়, নহারোল মখোঙ য়াঙবা কয়া লৈবিরে। ঐখোয়স্থ অয়াবা মতেং অহুম পাংজগে। ( মরক্তা ময়ামগী খুবাক ) পন্থদনা ফংগনি। মথংগী ফৌদি ফাওবা সরকারকগী য়াম্না হোংবা মমনদা ফংগনি। হোংনসি ঐখোয় থ্বায়পুল্লগা। অসিঙম্বা তশেংনা রারবা দোষা তারবা ঐখোয়দা মতেং পাংনবনি সরকার হাযরিবসে। ঙমদবদো ঙসি হয়েংমক পীঙমসি। মঙানী তরানী ঙাইনবদা করিস্থ অকায়বা লৈতে। রাথোক রাংশিন ঙাইথোক-ঙাইশিন তৌনদবা য়াবা নত্তে। লৈমিন্নবমিনা খরা খরা খাঙনবা য়েংনবা তাবনি। হয়েং মতেং ফংলবা কান্দুদা অরাংপা হায়বদি তঙ্খায় য়ৌগদবদা রাংপদো মদো হাপ্প সি। করি হায়গে ?

—য়ারে, য়ারে, তাকপীরিসি ফজরবা রাফম্নি।

ময়াম্মক ইয়া য়ানরে। মরক অহুদা কদোমদগীনো খঙংদে বোকুল হায়বহুনা মনীংলোমদগী মরোল মরি ইফাই ফাইরদনা মশিঙ্খা ফুক্তোক্তুনা লাউরকই—

—পীরোই স্থকপী পীরোই। শহরগী রায়েন য়ানীংদে ঐদি পীরোই স্থকপী পীরোই হাংকে হায়রস্থ হাংলু। লৈতে।

ময়াম হুপতুনা মঙোন্দা লৈশিল্লি। বোকুল খুদৈ অমা শেং অমনা খা-ওন ওন, মখুত্তা থাঙজৌ মতোন ককপা অমা পায়, মখোঙ শেঙগম শানা লেপ্লগা মুক্তুনা লেপ্লম্মী। খুলগী মীয়ামদি থোইনা ঙক্লদে; অরাপ্পদগী লাকপা কাঙবু অত্থুদি মমীৎ-মনা থক্লপ য়েংই। বীরেননা ময়ায়দগী লাউরপ হায়রুই

—তাবোকুল, তুম্মিন লৈবিরো, য়ারে লোইনা ফনবা তৌরে।

—করি অঙাং হুরানবা! নঙনা নত্রা পীগুমশি হায়বদো। করিগী লৌতুনরি। নঙগী ওজা কোক্তাংবা অসিনা অ-ও-পা শাগ য়াত্রা খুল অসিদা? মাস্থু শহরদগী লাকপনি। মখোয় অমগুনি। লোইনা কক্কদবনি। অমত্তা হলহনখিবা য়াদে।

হাৎপা ককপা তুপ্পগী রাফম পল্লকপত্থুদদি লৈরম্লিবা সিপাই মখোয় অনী অহুম চঙশিনখি। ময়ামত্থু মদোমদা কোয়শিন্নখি। ঐনা খঙহল্লুই—

—ইবুংঙো অজিজ! এটেনশন থোইনা পীবিরুন্নু, অস্থমদা তৌহনতা লৈরবনি। থবক কন্না স্থজবা মপাঙ্গল ফবনিনা লৌ অসি ফনা য়াম্না উই; হন্দকস্থু মাগীদি শিদে, থোকপস্থ য়াম্না থোকই। অত্থুদা নুপামচা অসি হিদাক লাংথক নুংতিগী শীজিন্নবগা জ্বার অসিদা অয়োবীদা শান্নবত্থুদা মাগী ফৌ মেরুক অমফাওবা লৈত্রে। ফাত্থুনা পুবিরুবনস্থ মশীং খঙপোৎ নত্তে। য়াদ্রবা।

—ফাহন পুলহনবনদি পংকান কান্নরোই খুলগী ক্লব অমা লৈরিদনা মত্থুদা শীন্নবা! খুলনা রারকপনা মওং তাগনি পাবুঙ।

খঙহৌদে গ্র্‌ং-গ্র্‌ং তৌনবা মরক্তা নোংমৈ মখোল তারকই—দোং! অজিজ ফুক হৌগৎখি। ময়ামত্থ কায়ত্থুনা পাইথোক্লখি। নুপী অঙাং খরদি কপ্পবস্থ য়াওরকখি। ঐখোয়না চেনশিনখিবদা সিপাই অনীগা খুলগী নহারোল অনীগনা বোকুলবু পুখ্রীদা—জাম! ময়াম নোক্তুনা য়েংই। অজিজনা হংখি—

—কৈনো হরিলদার মখোন্দো?

—সর, ফানবা মুন্নবহূদা ট্রেগরদা থেংঙ্‌বা য়াওরমাগ্রে অহূদা কাপথোকখিবা !

—এ। অশোক অপন ?

—সর, থোইদোকপা য়াওদে। পাগংমচা অমদি থাঙজো মতোন্না থরা শোকখ্রে। য়াম্না নক্তে।

লোইশিনখি। অরোইব অমা অহৌবা অমদা লোইখি।

ইম্ফাল, ১৯৮৯

# এডভর্টাইজমেণ্ট অমগী পাউখুমদা

"কংলৈ-চোংলৈ মহৈ হকশেল হংকোকলোল লোয়শঙদা হন্দক্কী চহীসিগী সাহিত্যগী মোনা মোনিপুরদা পুদিন-থুংদিন একাদমী মনা পীননবগীদমক অই-চে কৌরি। পুদিনদি মশানা ইগে য়াই; ইহনবস্থু য়াই, শিন্দোকপস্থু য়াই (মী খঙহন্দনা); অরিবা য়াই অনৌবা য়াই; শোয়দনা ইবগী রাখল লৈবিরবদি ইদ্রিবস্থু য়াই। অদুগা অই-চে অসিদি মশানা ইবা মথৌ তাই। অশেংবা অইবা মশক মমিং তাক্কনা চাউরাক্লা মমি লাক্লগা হন্দোকপা লাইরিক্কনা হেন্না খুদোং চাবা পীজগনি ... ...।

চুম্মে, নহান নোংমা এলাংবিয়া হক্কোকচোবনা হাইরপ পল্লম্বহু ওইবা তারে। কনানো মমারোন অমদি মমানাৎ-মবেননাং য়োকখৎ-নবগীদমক্কনি হায়দুনা কালৈ শীজিন্নমনবদগী ময়াম চঙদুনা সহীদ ওইহনপ্রবা অমগী মিংদা ট্রষ্ট অমা শেম্মে, অদুনা অখোংপশিংদা মনা পীগনি— লুপা লীশীং ফনা য়াম্মী মনাহু; তৌবনা, মনাগী শেনফমদু মচীং-মচীং কিস্তিদা পীগদবা মানবা রাফম অমস্থু পল্লমগুম তৌই— মহঙ্গেশ্বর সিনহানা খল্লকপা রানি। সিনহানা মখুত্তা পায়রম্বা খোর্জেই, ইরম্মিবা বোই মথক্কুদা তোপ! আনোক খজিক্কুং শেমজিল্লগা এডভর্টাইজ অদু মখা পাথরুই—

"... ... মনা অসি হন্দক্তা নৌনা পীজগদৌরিবনি চহী খুদিংগী পীজগনি। মী অমনা ৩০০ লক্কগী হেন্না ফংবা য়ারোই। মনা অসি ইনষ্টিট্যুট তৌবগী মরম কয়ামুক লৈবগী মনুংদা অমদি 'পাবদা য়াত্রবা খোংপগী শরুক্তা কোর্বেক খোর্জেই থাদোক্লগা অনৌবা কারোবার অমা আরোম্ভো তৌনবা' হায়বসিনি। লুপা লীশীং য়াথেমঙা য়াথেমঙাগা পৈশা য়াথেমঙানি ... ...।

চুম্মে, মাগী পৈশাসি য়াম্মে। চপ চাবা কারবার অমা তং তা-না পায়খৎপা য়াররনি। সাহিত্যদা থরায় য়াওজবগী অইবা

অফোঙবশিংদগী লাইরিক মৎলগা লাইরিকশঙ কয়াদা লাইরিক-সপ্লাই তৌবসিনদি য়ুম পুবা ঙমপোৎ নত্তে। লাইরিক মপুনস্থ হাৎলি-গা খোৎলি-গা নুপী অঙাংফাওবা মপান থোকপা য়াশিল্লক্লে। তৌরিবনা লাইরিক লোয়শঙ পুরিবা অঙম্বহুনা মরোল অমা তঙ্খায়চাবদগী চাদ-তুক্ষ চাবী নল্লবদি লাইরিক লৌররোই মরোল অমা। কান্নদে মসি লাইবক য়েংহৌরগে; রূপা য়েংলগে কলম থারগে—শ্রীসিনহানা লেপ্পা রানি; ঙরাং কাউশিন্নহুনা পুরকপা চুরূপ উপুহ্দগী অমা চম্মী, মখা পাথে—

"লাইরিকী অকক্লবা অখন্নবা মখল লৈতে। লাইরিক্লিবু হায়রবদি মহৈকোনশিংদা তৌবা মীখন্দোক্লা চাইবা চে-ঙাইস্থ খোম্মগা বাইন্দিং তৌবা য়াই। তৌবতবু গেজেটেড কম্পোজিটর অমদগী সার্টিফাই অমা (মথংগী খৃৎনমদা শেংদোরকখি — সারটিফিকেট; অমুক্কা চুম-থোরকখি— স্রাটিফিকেট; অমুক্কস্থ— শার্টিফ্রি ··· মথংগীদি হাপ্তাগী খবর, থা মরি মরিগী ওইনা ফোঙলম্বহু লেপখিবদগী অহুম পাবা ফংখিদ্রে। প্রেসতুদদি ফোর্মেট অহু লৈরমখিবা য়ারি) শোয়দনা পীবা তাই। লোয়ননা খ্বায়দগী নৌবা মমিং থোনফাল্লিবা উনমশঙ অমদগী শেঞ্জং উংপা চে অমা লানখৎকদবনি। ··· ···

চুম্মে, মহুগীদি লৈরে; লাইখুরাম হুসেনজিৎকী খোঙনা নেৎলগা খৃৎনা উংবা চীন-য়ানা চে চিংথোক-চিংশিন তৌবা মেছিন অমা লৈ। য়েঙ্গোন্দা থম্মীবনি। লৈরমখিদ্রা, য়াইনা কুইদ্রি উবা— সিনহাগী মোৎনি। মখা চথে—

"রানোমদে হায়বগী প্রমাণ খজিক্কং হেক ফংবদা লাইরিক অহু মনাগীদমক্লা খন্নবা য়াওহল্লোই। অরোনবা রিভ্যুয়রশিংগী মিং পরেং অমা লোইশঙগী নোটিশ বোউত্তা য়েংবিবা য়াগনি। ঙম্নবা হোৎনবদা শীজিন্ননীংবা পাম্বে শীজিন্নবিবা য়াগনি। মখা তাবা পাম্বে কয়াগী মতাংদা লোয়শঙ অসিগা অকুপ্পা মরোল তান্নবিবা য়াগনি। তৌবতবু প্রজাগী, মক্কওইনা নহারোলশিংদগী খুদোংথীবা থেংনররবদি লোয়শঙনা দাই পুজরোই। তান্নবা লাকপদা নুপাদি স্থকচঙ চঙহজদে। ······

চুম্মে, নুপানা তাম্নবসি মতম মাঙলগতা লন-থুম তিংলগভা তোকই। ফনবু শেংনা হোৎনরি। 'খোয় শেকপী মমাহুবু মাগী টিকেট অহুবু, খরবু হাপ্লম্মবদি, শৎ-শৎ থাদোক্লমগে, কোক লাকে হায়দদনা মাই থানা হেংঙোবহুগা চা-ভাং থকতনা লৈম্মিন্নরম্মদৌনি। ৱা অমত্তা, অফবা ৱা অমত্তা তাম্নগদবসে… … সিনহা খোয়শাউনরপ তৌই। পাথরি—

"মশানা ইজবা চেরোনদা হায়নীংবা হংনীংবা ইবিবকপা যাগনি। লাইরিক অহু হেক য়ারিবমখৈ পাক্লা শানা শীংথাবিহুনা মনা ... ফংলোইদবগী মরম শোয়দনা হাপ্পিরক্কদবনি। চেনা মশাং কক্তে য়াম্মি - মখৈ খন্নবগী গুণ ওইনা লৈজগনি। শমজীনা যাদে য মত্রবদা লাইরিক অহুগী শরূক অহুমদি চাউনা শীংথাবিগদবনি। মশানা ইদ্রবস্থ যাই। খূৎনেক মথৌ তাবিরবস্থ মী লৈফম্নচিংবা তকচনগী থৌরাং থমজরি। মনাগীদমক্তা ইবনি হাবগী প্রমাণ লৈবিরবদি চাউনা ইবগী চাংদা শরূক অমা হন্থবিবা য়াগনি। পুম্নমকসি ইবদা শীজিন্নগদবা মযেক খঙবিহৌদ্রবস্থ ইন্টর্ভ্যু নুমিৎতা চীন্না হায়বিরবা য়াগনি। নুমীৎ অহুদা অইবা মশা শংবিদ্রবস্থ মশাগী ডুপ্লকেট ওইনা থাবিরকপা য়ানবা থৌরাং থমজরি। ঙমদ ঙম্মিখিদবা তারগস্থ, অইবগী প্রতিভাবু মতিক চানা ইকায় খূম্নজবা ওইনা ইন্টর্ভ্যুয়রশিং লাকহঞ্জনবা থৌরাং লৈজে; মাঙজোননা নত্রবস্থ খুদক্তা পাউ পীবিরক্লবা হায়জরি।… …

চুম্মে, মহোয়গীসি ফজনা হেক্তা হোৎনরে। পীরগে হায়না হেক্তা লেপ্পে মহোয়সি। লাখ-লাখনা খুজীং ওইনা হেক্তা চথরবা জাং ওইগদবা মাল্লে। অপাবা রিভ্যুয়রশিং অহুবু কয়া য়াম্মিবা জাৎনো; ঐগী শঙ্গোম্ন পাকখন অসিদা চল্লদ্রা, মীগীদা ৱায়দনা তৌবদি ইকায়নিদা— সিনহানা ফোংনা খনবনি। অমা চমগে হায়হুনা উপুহু হাংদোকলুই। হাঙলম্মে। 'চুরুপ থকইনি'য়ে অথনবস্থ পুগে হা-য়-দে।' হায়রদনা স্নুমাঙলোমদা লা-কতুনা লংখি। হৌগত্তুনা বেৱী অমা চম্মুই। আনোক হাপ্পা নংদে, লাপ্লপ তিংথৎলগা পাথরি—

"পুন্নমকসিগী মথক্তা মথৌমক তা-না পীবিরক্কদবা ইনফোর্মেশন্দি ১। মিং—অশেংবা/শেংদবস্থু ; ২। অপোকপ (শিং) গী মিং অমদি লৈফম ; ৩। অপোকপী (শিং) গী মমিং মথা অতৈ মপুন্নোইবা (শিং) গী মিংগা কোন্ননা ; ৪। লৈফম— অশেংবা/শেংদবা/অশাবা হায়জিনবা ; ৫। শিনফম —তৌখিবা / তৌরিবা / তৌখিদ্রগা / তৌগে খনবা ; ৬। কমদৌনা ইখিবা —পঙখোং খোংপা/শিনবা/হুন্নপ তৌবা/ দেখা-শুনা / মীনা ইবিবা / ইশানা ইজবা। (ইশানা ইজবা ওইরবদি স্টেট অমগী গবর্ণরগী থাক্তগী তাদবা অইবা অমদগী সার্টিফিকেট অমা অনী হাপ্লিরক্কদবনি ); ৭। করিগী ইখিবা —পৈশা তান্নবা/ মিংচং ফংনবা/মীনা তৌনৈ হায়বগী/অহৈ-অপা শাবগী/তারুবা-পারু-বদগী/ইশীংবগী /যোঙনীংবগী / অহোঙবা প্রেস ফংবদগী/চে হোঙনা ফংবদগী / মীনা ঈনশিনবদগী ; ৮। লাইরিকসিগী লাকুরিঙৈদা তৌখিদ্রবা থবক (মরূওইনা য়ুম অমদি লৈকাইগী) ; ৯। ইরিঙৈদা তৌখিবা থবক (মরূ ওইনা ইশৌ, চুরুপ-বেরী, মহী-মনাইগী চাং অমদি অতোয়-অরন্ ) ; ১০। লুহোঙবা-হোঙদবা (হোঙলবস্থু হোঙদ্রবস্থু তালোই নত্রগা মপুন্নোইবা মশীং অমদি খঙনবা খঙদবা অঙাং মশীং মমিং মথাগা কোন্ননা পীগদবা) ; ১১। অকোয়বা নুপা/নুপী মশীং ; ১২। লাইরিক অসি ইবদা খঙনা অমদি খঙদনা শিনবা লাইরিক মমিং পরেং ; ১৩। পোকপা অমদি শিবা নত্রগা শোয়দনা শিবিগদবা চহী, থা, তাং নুমীং পুঙফম......

অস। মনাদি লাইরি মখোয়গী চেন্নোল অসিদি ! মসিবু...। — শ্রীসিনহাগী অশাংবা শ্বর অমদা য়াওখিবা ৱাফম্নি। মযুঙগী তথ্বায়দা লৈ-লৈদুনা চান্নকপা মুংগ্রবা বেরী অদু অমুক লংগ্রগা য়েংথরুই—

"দরখাস্ত লৌশিনবগী অন্নোইবা —অকরুবা লৈতে। দরখাস্ত অসি মেনশিনবা হেক লোইবা পুঙফমদা লানখংপিগদবনি। লানখংপদা খুদোং চাদবা লৈরবস্থু পাউ পীবিরক্লবদি পুঙ-ঝান তৌদুনা লোৱা লাকচগনি......

হমাই। লাইরিক্কী মনাসিদি নমদুনা ...সিনহানা খজিক পাখং-লকপনি। অন্নোইবগীদু পারুই—

"দরখাস্ত অসি থাবিরোই হায়রবদি মাঙজোননা খঙহনবিরক-কদবনি। থাবা যারবা মীনা খঙন নত্ৰগা খঙদনা থাবিরক্লগদি নুংঙাইবা থৌরাং থমজরি। লাইরিক্লোয়শিংগী খুদোং চানবা মাঙজোননা কু চনবা হৌহনজরে।

চীংতুম লাকপা মিংতৈ
অখন-থৌনান খোৗদাংকোক
পুদিন-ফুদিন একাদমী, কঙক্ল।"

ইমাইপেম্মা। —সিনহা বাবুনা পাঙ-চে অতুদা য়েংলগা হোন্দোরকপা শ্বরনি। ফনা কুইনা মরু লুকথরপ ফমতুনা লৈরি। কোনখৎলপ তৌবা পাঙচেগী চেনা মত্তোন্দা পীশক পীকপা ককচেং মচা অমনা ঙাকুপকী মকোক অমা কম্না চিংঙিবতু মুন্না য়েংতুনা ফনা কুইনা লৈরুই। জীব অতুনা চিংখৎলিবা অতুগী পোইরৈ মতা য়েংলগা চেনা অতু ঙমথবিরুই। য়াংলপ চিংখিবোইনা তৌই।

থোঙ্গাল্লোমদগী শেকপী'মা অনৌবা প্লাস্টিক্কী থাউ অমা লুম্নপ পুরতুনা তহা তহা চঙলকই। সুমাঙ ময়ায়গী অতুরাইদগী থেমলপ কাথরপ তৌবগী মাগী হান্নগী খোল্লে অতুদা হায়রকই —

—কমদৌরে কোন্নরব্রো লৈরকএ, দিস্তা অহুম হায়দায় ?

—করিবো ?

—আইমা "ঙসাই করি করিনো ইগনি, পীরুনি চে য়াম্মত্রে কোম্নরোই লৈরকউ হায়বতুদি। ঐদি ঙাইরম্মনি হায়দনা রিকসাকা মমল ঙাংনপোৎ নত্তে হেক্তা কাখৎলগা থোগৎলু থোগৎলু হায়দনা ; লৈরএ ; কোম্নপ্রবো ? য়াপ্রবো ?

—অ, য়ারি। য়াখিনি। অসি নঙ' চেতু কনাগী দুকান্দনো ?

—মমিংকা খঙত্রে ; 'মীতৈ-মৈতৈ হোন' লৈদনা, অতুগা হেক মায়োক্নবা চে কোলোমকা য়াম য়োনবা দুকান্দো হে-রা লাইরিক য়োনবা দুকানগা হেক......

—খঙঙে। তেতুরাম সাগোরগী দুকাননি। সুমদো, রা হায়গে। নকী হোংত্রিঙৈদা অমুক্তা চৎলুখো। চে'তু হন্দোক্লম্মো অতুগা, হেক থংনবা দুকানদো অতুদগী লাইরিক অমত্তা লৈরম্মো ; মমিং ঐ ইগে।

—লাইব্রিক-লাইস্নুগী ওইরবদি মাই বাজি হেক য়ৌবিরুরো ঐনা মথোঙ খঙপোং নত্তেদা।

—খঙগনি। ঐ হংগে। তুকানত্থু ঐ চঙনীংদ্রে; লৌথোক লৌশিন পীথোক-পীশিন্দা জগ্র-বগ্র খরা লৈনরি। মাগীত্থু হন্দক্লি লোইনরনি। ফংদোবা খরা লৈরি।

—অত্থু অতৈ তুকান কোকথোং অমা লৈরিসিদি অমদগী লৈরুরগা লোইরে।

—অতৈগীদা য়াওরোই। ময়াম্না পা-নবা লাইরিক নত্তে।

—হৈমা। পা-নবা লাইরিক নত্তবা লৈদোরিসে?

—পা-নবা নত্তে ই-নবনি।

অনীমক তুংথ-মাঙথা, ইমুংলোমদা চঙমিন্নখি; অমনা পোং খনম্মগা লাইরিক লৈবা চংলুনবা অমনা লাইরিক মমিং ইরগা পীখিনবা। শিংলকপা মুংশিং অমনা মাঙ্গোন্দগী পাউচে অত্থু কাচিল্লোমদা কাইদ-কাইদ, খংহুম-খংহুম লুমজিনখি। ককচেং মচা অত্থুদা করিসু কায়হৌদে। শ্রীসিংহনা থাবা তারবদি দরখাস্ত অত্থুদা করম্বা ইনফোর্মেশননা হান্না পীবা তারিবা? মীনা পাম্মিবত্থু পীরদ্রা পামদবসু হাপত্তৌরিত্রা—কনাদি খঙলিনি?



কাঞ্চিপুর, ১৯৮৯

# সনা লমজাওদা ইতিহাস অমগা

সনা লৈবাক্কী সনাকোন্নুং তাবা চুমথ্রিং চুম্না শাংবা সনা লমজাওনি। চকৈরায়রকপা মতাংনি। মতাই য়েংলোম মায়রোমদা খোংমীগী কোঙ্গোন য়াঙনা তাউথবি, মযাই ওইরপ ওইরপ্না মচু মখল মখলগী গাভীগী উঙাম তাউথরি। হাইজিন-হাইজিনখিবা লম্বেল মচা মচারোমদা ঈথৈ মতাং মতাংগী পীখি। অদুবু হাইজিল্লকপা কয়াদগী ঈনোং হাপকংলকই; হেন্না হাপকংলকমাল্লে ঈমায় হেনগংলকই।

নুতিগী ওইবা বুমগী ঈহৌনি। অয়ুক্কী ঈকা নুমিদাংৱাইগী ঈকুমনি। পঙকুই, পঙকুই কুইদবদনি। অদুবু হৌরিবৈঙ মনুংহুদা চেনবা ঈমায়গী চাংদি 'খুদোংথীবা' চাংদগী মিটর অমা কল্লপ হাইগৎনা চেন্রি। নুতিগী খুদোংথীবা অদুম মথোকই। অদুবু খুদোং য়েংনঙাই ঈচেলনি, লৌনঙাই লম্বেলনি, খুদোংচাবা খুদোং পীনবা লমজাওনি।

ঈমায় খজিক হস্বরকপা মতাংনি। নুংশানা হাইরপ হাইগৎলকপা মতম্নি। মতাইদা খোংনা চৎকমগী উখা মরক মরক অহুদা চীং-লেম্নবা নুপা অমা চৎলি। তহারপ চৎপগী মওংনি অদুবু চহি মতাংদু তহাবা ঙমকাব্রবঙুম তৌই।

লৈবাক অসিগী চাংগী মতুংইন্না নুপা অসি ফজনা ৱাং চাউই। চোংগাংনা পূমহৈদা শাবা মানবা, লৱাইরোমদা ৱাংলপ তৌরগা অকোয়বদা ফন্দোক্কুনা লাইখন তাবা তুপী অমা চেকশিন্না উপ্পী। মতম মতাংগী নুংশিংনা হুমদোকখিগদবা মান্দে। থাকী মচুনি মল্লবসু মন্থবা মান্দে। থবাক্লোমদা ঙকশম য়াম্না পাকপা, মাঙলোমদা নাকল নাম্বনা নাকল অমবু ফনা য়াম্না লৌশিন্না নল্লগা কুদাম অরংবা পরেং পানবা কোট অমা লীংলি। কুম কয়াগী নুংশিং-নুংশাদা শিথরপ তৌরবসু অশেংবা মচাক্কী অঙাংবা মচুনি, অচৎ-অওক্কী মিংয়েংফম অদুম মওইরি। টাই অহু মচানি অমুবনি। ঙৌরোক ঙৌবা মনুংগী ফুরিৎ অহু সুবদগী ঙসিদা অহানবা লীৎপা শাল্লি; ঙকশম মওং ফজনা তারবা ফুরিৎ

অমনি। খোঙ্গ্রাও অহু উং মচুগীনি; তুবদা ইস্ত্রি মমি অহুম শিং নান্না য়াওজরক্রবগুম তৌই। লাওরপ তৌবা মতোন্দুগা মুশিন-মুনা মি উরপ তৌরবা লংলবা খোঙউপকী অতুম্বা মতোন অহুগা মওং অমদা নক্রগা অমদা চাশিন-চশিনবা মাল্লি। লোন্ন কয়া, ফোংনা কয়া য়েংনবগুন তৌই। ময়াম্না য়েংনীংনা য়েংদবমক য়াদবদোনা য়েংনরিবদি মানা লংলবা য়োংলি মচা অহুনা চিংলিবা মখোঙ নেয়া ময়াংলেন য়াম্না শাংবা মতু পোনবা অচৌবা হুই অহুদনি। লৈবাক অসিগী হুই অমমখায়গুম্বা শাংলমগাব্রা হায়না শোন্নবা য়াওই। মাদি কনাদসু য়েংদে চুম্না নোমঙৌ নোমঙৌ চংলি। মরক মরক্তা খোঙথাং তরা মরক, কুন মরক্তা মাঙলোমগী লৈখাদা হেক হেক য়েংথবদি তৌই। তোররপ্না মঙক থাঙ্গু্না য়াম্না শা-ননা শা-ননা য়েংবা অহুগা ফুরিংখাওদগী ঘড়ী মচা অহু পুথোক-পুথোক্তুনা য়েংবদি তোক্তে।

অস্মুম চংলম্বদগী ওয়না পায়রিবা অমুবা ছাটিনগী লীচৈ অহু য়োংলী চগো পায়রিবা য়েংলোমদা শং শিন্নরগা লমজাউ সোরোক্সী ময়ায়রোমদা শং চেনবমক্তি নত্তবা পুচঙা ফৈনা হাইজিল্লক্লে, অহাংবা মখুং ওয় অহুগী মথকলোমদা হাইগংলবা খুবাক উংলগা কায়দ-কায়দ খক-খাদা নোম্মুই। মায়োক্লবা মায়কৈদগী কন্না চেল্লকপা মাঙদা ফিরাল অমা লীল মরৈগুম হাইরবা অঙৌবা কার অমা মপা চপ চানা নিং-মাঙ খপ্লপ চিংলগা লেপ্লে। অনকপদা লেপ্লম্বা খরদ নত্তনা তুংদা চেনমিন্নরকপা কারদগী য়ুনিফোর্মগী মীওই খরা ফন-ফন চোংথহুনা চেনশিল্লকই। কার অঙৌবগী তুংদগী লংহিং-ফি খাওন্ ওনবা নুপা অমা কুমথরক্তুনা ময়াম্বু মখুং নামনা নোমহনা তপ্না খাম্মী। মিংনা কপ্পগী মনুংদা মীয়াম-মরোল মরোল কোয়শিল্লরবা খঙহৌদে। খাম-দবসু নঙে। মীয়াম্না য়াদবম্নান অহুগা য়াহনবস্মুনি। লংহিং খাওন্-থহুনা তপ্না হায়রকই—

—কন্নি তৌরে ইপা মানবা অহল? তাকসিসি।

—ওনরেবল মিস্টর, হ্বাট ইজ ডিস।

—কন্নি?

—লিশন টু মী, কষ্ট।

—তাকপিসি

—হরাট রি হের গোট নাও! করিনো নখোয়না পী রিবসিবো? হান্নদগী করি হেন্না নুংঙাইহল্লবগে? টেল মী, টেল অজ, ষ্টেণ্ডিং অরাউণ্ড য়ু এণ্ড য়োর কার এণ্ড ফ্লেগ? মতমতুদা ফো মোনদা শেল লুপা নিপান্দা পীরম্বা নত্রা, ঙসিনা লৌরোক পাম্ভামক্তদা লুপা চাম-বুনমঙা-কুন্থ্রা! চিনি, চেং-হরাই, আলু, থাউ কদায় ঙম্না চংখ্রে। অমা হাংলবদি হাংলিবা অমহুস্থু শিবগী দণ্ডি খুদক্তা পীরম্বা নত্রা হাংলম্বা নত্রা? রট হোয়ার ইজ ডেট জষ্টিস, ডেট রেবী জষ্টিস? মনীংতম্না চংচরিবী ইচা কয়া ইস্থু কয়া হোংচীন-হোংচীন্দুনা শরাক তল্লি, শাহিং চাবা-শিংহুনা নীংঙাইবা লৈতনা সনা সোরোক লমজাউদা মখোয় কানা চংলি মসিদা নখোয়গী শঙলেনগী চৌকিশিং করি তৌরি: কৈদৌহুনা লৈরি? চাবা থকপা লৈবা মরাঙ কায়বদি লায়রত্তুনা ফংনরক্তবনা নোংমা কাং-শিল্লক্তরে। চাক্লিবা লৈরম্না লৈবাক্লা; লৈরম্মবদা শোইনাইবা অনী মরীদংদা নত্রা। ঙসিনা কদায়! শম্বনন্না হরাই-মতোন চারে; লাই কিনবম্না মীনা মীবু কিরে। করি কান্নরি নখোয়গী থৌরাং! মশানা কবা লাইরিক হৈবা মী অমত্তা লেম্না লৈরমদবা নত্রা! হৌজিক্লা তম-জগে হায়রবা ফাওবদা সীট অমগীদমক পৈশা—পৈশা—পৈশা! এনী হোয়র ইত্রি হোয়র মনী! লৌমীদা লৌ পীবা ঙমদে! করিদি ঙম্মী? হৌখিবা মতমদা করি ঙম্নমদে! টেল মী, টেল অজ! করিনো ঐখোয়না কংলিসিবো নখোয়না ........

নাম্বরকপা খাওনগী ফিজি হাইগংলগা তপ্না হায়রকই নুপা অমহুনা লুকথহুনা তারুবগী মতুংদা—

—নুংশা কনখংলক্লে, য়াম্না চোকথনস্থু উরে; লোইশিনবা য়াবা রাকমস্থু নত্রি মখা য়াম্না লৈরমাখিগদবা মাল্লি। অহুনা ঐখোদা লেংঙকসি নত্রগা মতাং চাবা মকম অমদা ঐখোয়বু কৌবিরকউ। লেমহৌরিবা রাকম পূম্নমক অমত্তা চিথদনা ফোঙদোকপিনবা শেম-শাবিরকউ! ঙসিগীদি—

—ও, কে,… ও, কে,। আই বিল ডিফিনিটলী ডু ডি নীডফুল। বট সার, ব ন থিং লাষ্ট, ফোর য়োর হম্বল সরবেন্ট ইবুংঙোনা ননাইদা খুম্বীগদবদি কারনো ঐখোয়না ফংলিবসিবো।

—নো, রেস্পেক্টেড সার, 'ননাই' নত্তে 'প্রজা অমা' লোইরে।

থোঙ হাংদোক্লগা কারদা চঙলমদাইদা ওয়থংবা মখূংনা খাওনগী ফিবান অনীনা মতম পুম্নদা কুপ্লিবহু শিখরগা য়েংথংবা লেংজুমহু টংলগা খজিক নোক্লগা তপ্না হায়রকই—

—অহৌঙদা সারনা তৌবগুম খূং য়েং থাঙ্গতুনা লাউবা হৌক্লবনি। মতম অহুদা পৌরম্না ফীবম্নি ঐনা ফংখিবা! য়োনরসি।

য়েংথংবা পাম্বোম য়াওরমদ্রে। কার থৌখ্রে।



দিল্লী, ১৯৮৯

# নোংজু অমা

ব্লাকচীং হেক হৌবগী অহুদা নোংসু অহুম ভোরে। লৈখোম থোক্কদৌবা মাল্লি। ফনা কন্না চুরি। খঙহৌদ্ণা খঙপা পাথরকপগী অহুদা চাকশঙদো ইস্থনুপা য়াইমা (চহী নিপানমুক স্থরবা) অহুগা ইমৌ মমা অহুগা ঙাংনবা খৎনবা তারকই। ইহু অহুনা তক্করকপগী মওংদা হায়বা তায়—

—সে পিরো, মী লোয়না চৎলম্মনি। দাদাসু চৎকনি হায়।

—লম হেনগনুকো বোবো। নোং মরক অসিদা, নশাসু শাবুং-শ বুং তৌই চংলুরনু হায়রে। হাপ্তা হেক খুদিংগী য়েংঙিবা সিনেমা নন্না ঙসিদং য়েংদবা করি কায়?

—মী লোইনা য়েংবা চৎলি। মী, রোবোতকীনি য়াম নুংঙাই ফাংনি। দাদাসু রোবিনসু, দীপকসু লোইনা চংলি; ঐদনি নঙনা চংকে য়াদ্রিবা।

—চৎসনু মীদি অহলনি। নঙদি অঙাংনি নশাসু ঙমদে। নথো লৈতনা তুরেন্দা শান্নৌ হায়ব্রা? কান্নদে বোবো, চাকসু লোইরে। নঙ বাবানা চাউ হায়বা হিদাকতু চারবা?

—চাদে, চারোই শিগে শিসনু।

—হায়হেদে। চাথোক-ও। মৈ য়াইরগা ইমা রারী লীবিগে—য়াম্না নুংঙাইবা। আলীবাবাগী অনৌবা অমা।

—তল্লি, য়েংউনি

—ঙসিদি তোক-ও ইচাদি মরম ওকই। হয়েং নোংমাইজীং-নিদনা, বাবাগা য়েংচো। হয়েংদি নোংসু হাংঙনি, নশাসু ফরনি। পৈশাসু হেন্না পীগে ইমানা।

—হয়েংদি য়েংনীংদে ঙসি, হৌজিক য়েংনীংবনি। ইমামবা ময়াম চৎপা য়াওনীংই

অমনা শাউরপ শাউরপ্পা চংকদবগী ৱাদা ঙাংই অমা মমাহুনা ঈংনা তপ্পা চংতনবা থেম্মী। নোং অমুক খৱা কনশিল্লকই। পারম্বা বাল লীলাগী কৃষ্ণগা দস্থমতীগা অনীগী ৱারীহুগী নুংঙাইবা মতাংহ নমহত্তুনা শাগংলকপা মৈফু অহু খজিক ইম্বোকপা লাক্লরিঙৈদা ইস্নুপা ঙাংবিয়া অহুনা হায়খি—

— নঙদি স্থকয়েং য়েংনীংদ্রা ইমা?

- য়েংজনীংদে; সংস্থ সংজদে।

—কৈ। হয়েং নঙদো' চাউরকান্দা সিনেমাদা য়েংগে মুতিগী চংকে।

তাবমক্তা থম্মোইদা তীং পানবগুম তৌই; তূ খ্যাউ চুংখি। মৈফু খজিক্কুং ইম্বোক্কে তিংথোকপা খুং ওয় অহু থোইনা অপাননা খল্লুবা তৌদনা তপ্পা থাঙ্গংলগা মুন্না য়েংহুনা লৈখি। খুদোম্বীগা খুবীগা অনীগী মরক্তা চাউনা পোমহুনা থাঙ থাখিবগী, চহী কুইবদগী পুঙমুং মুংথ্রবা মমি অহু খুং য়েংনা মা-মাহুনা য়েংলুই। তশেং-তশেং উরকপগুম তৌই। মরক অহুদা গোপীনাথকী নাৱা খোঙ্গেল তারকখি—থ্রি—সিক্স-নায়েন—তুয়েন—মু! মুরে—মুরে...—মুদে—মুদে-মুয় ... ...

... মতমহ ৱাকচীংনি; ঙ সিগুম নুংদাংদি নত্তে অয়ুক্লি; নোংস্থ তাদে নুংশা নীংথিনা শাই। বাজীনা দাৱী মপান্দা ফক্তা ফমহুনা পৈয়া শিরি; ঐনা ঙরাং থাঙ থাহল্লুবা খুং ওয় অহু মুৱা মথক্তা লেঙহন্দনা থম্মগা ফম্মি। মখাগী থংনবা গোপীনাথখোয়গী স্থমাঙদা মার্বন লৌনবীগী থ্রি-কাপ্পী শামৱি গোপীনে, কালানে জোয়নে—মখোয় ইমাম্বা মঙা-তরুক। ঐস্থ য়াওগে হায়হুনা অমুক অনীৱক হৌগৎকে তৌরুৱবনি; বাজীনা চৈ-চৈহুনা খাম্বনি। মশক্তি উবা নত্তে কালানা ফিংনা লাউরকখি—

...কাদে, কাদে কাপ কাদে! য়াদে।

...কায়, কায় তো, তো। সৈত ইমা কৰীঙৌ চা'শিগে।

...য়াদে। নখুং কোত্থংলি।

ঐ অমুক ফুক হৌগংখি। বাজীনা—

—এ, এ, এ। কম্মু কম্মু লেঙগনু নখুত্রো!

—ঐসু য়াওরুগে

—য়াদেনে ব্রোজো! নখুত্তু ঈ হৌনি হায়বা।

—হৌয়োই ফরে, তো!

—এ। থাঙ্গৎকনু হৌনি। ডাক্তোরনা লেঙগনু হায়বদো চখোকপা য়াদে লায়জোগনি হায়বা।

—লায়জোবা হায়দি কৈনো।

—তুমিন লৈয়ু কম্মু।

বাজীগী সঙ্গাই মখোক্তু ঐঙোনলোমদা নকলপ লৈখিবনি। তারকখি—

...য়েনীং।

...ধাপ ধাপ। লম্বা—ধাপ

...ওলথিং ওলথিং। য়াদে লাই মিনম চায়।

...ফেকতিংদা কেপনি।

চুম্মী। জোয়দি লাইমিনম চাগনবনি। মঙোন্দা ঐগী মারবোন অহুম চংইবনি। ঙসি ফাওবা শিংলক্লি। কালাদি লাই য়াম্না শোনগল্লি; খিত্ত তৌ'য়াদে—ইমা কম্বী'ঙৌ চা'শিগে। গোপীনাথতি ঐগা য়াম্না খংনগল্লি। অহুবু ঐখোয় লুনা তিন্নৈ, শান্নমিন্নৈ; চংমিন্নৈ কমিন্নৈ। খনখি মতমহুদা—ঐখোয় বাজীসিদা শিগ্রবদি কনদা চখোকপ্রদি ফনিদা। চৈবনা চৈগল্লিবা ফুবনা ফুগল্লিবা। মীনা মারবোন খোকচগদৌবু। শাউনা হায়রুবদা বাজীনা হোরেল মঙা-তরুক লৈবিরক্কে হায়খি। শিসু শিখিদে; চখোকপসু তৌখিদে অহুগা মারবোনসু লৈরকখিদে। খুং চীকপগী হিদাক অমা চাবদা ঐনা খর্নাখ-খঙনি, মাদৌনা অহল ওইর কান্দা মুতিগী থিগ্রি-কাপ্পী শাম্নগে . . ।

মরকস্দা নোং খংলেপ অমুক লেপখিবত্তম তৌই। তপ্পা হৌগংলগা ফি হোংন-হোংনা হায়খি ইমৌদা—

—হাই। অঙাংদু ফুরিত অথাবা অমা লীংশিনবিয়ু। কদায় নহোয়গী ছাতিন অচৌবদু পীরকউ। ঐ শঙঙ্গে চাক্ থিরনখিনু ইস্নু-ইপুগী।

ইস্নু বোবো কয়া হরাঙজরে। মমাদু শিংক তিঙক য়েংঙনা উরান্ থাঙ্গংঙৌই।



ইম্ফাল, ১৯৮৯

# উনখাগী তান্থী

তাদ তোমানগী দুকানদু পঙচাউ চাউবা নত্তে, পোংস্থ স্থনা য়াওবা থেংনদে, অচম্বা পোং খরা তরল-তরল থগা নত্তনা থোইদোকপা অখন্নবা মচল উদে। অদুবু মীদি যায়া তিনবা উই— অয়াম্না নহারোল ওইনা তৌই। অঙকপা দুকান অমনি। নোংঙাল্লমদাইদা ঙাইহাক চাংই; অয়ুক থোঙ লোল্লি; নুমীং য়ুংবী অদুদা ফনা কুইনা চংবা উই; লাংবনগী নুংশানা যৈহংলবা অকে দুকানশিংগী মরক্তা মাগী দুকানদি পোইন্নুগী পোইন্নুনি চৈরাও কৈথেলনি— নহারোলগী কৈথেল মীয়াইস্থু মরক্তা য়ানবা উই।

ইতৈমা উরীরৈ নোংমা থেংনৈ— বস থাফমদা। ইতৈমা উরী (তাদ তোমালগী নুপী) খুঙ্গংগী নুপীনি; ঐগা শান্নমিন্নরকই। মানা ঐবু ননাও কৌই ঐনা মাবু চেচেরী! (চেচেগা উরীগা পুনবনি)। লাইরিক্তি ময়েক্তনি চৎপা অদুগা লাইস্থুদি মশাগী পীথোরকপা হায়বদুনি।

—আই, ইতৈমা চেচেরী কদাইদনো অয়ুক অসিদা চন্দোন-ও, চন্না-ও, সেবাসিবু কদোমদা, ওইরবনো?

—হৈ-মা তোম্বা নঙদি থানা খল্লবোইরেকো। ইপাগী শাবানদুগা কুচুনে কুমেন্নে পকচরেদকো, কয়া কুইরে চেচেরীদি খঙদেদনা

—ফনা কুইরে। কদাইদনো ইচে, ইতৈমবো?

—মোরে চংকে। ইচেদি মোরে লল্লোল্লি। ফনা কুইরে, ইচেস্থু।

—ফৈনা, অঙম অঙম্বা হোৎনগদবনি। খরদি— হায়দি ওখাক্লদি কান্নরিনিনা?

—কনানা খঙনোদা হোৎনরিবা হায়দুনি। তরাস্থু তোংই কুনস্থু মাঙই।

বস লাক্কুনা তহা-তহা কাখংখরে। খজিক নোক্লস্মী। রাসী নৈবগী মথক্তা হৈ-শিংবগী মওং অমা উই। ফীজেং চাকচা শাজং-লাংজং য়েংবদা তরাস্থু তোংবা কুনস্থু ফংবা য়াবগী মওং মাল্লি। মপ্পান্দগী হংলুই—

—ইবুংঙো মুপামচা অহল অহৃদি কমদৌরি ?

—নয়াবো ফুলবুরো? অহন নত্তে অতোনবমুনি মথংতনি। (ইকাই-রপ মোমোন তৌরগা তপ্না হায়রকখি) —নখোয়গী করি য়েয়েংহু তৌদনা পোক্তনবা তৌগ্রে। অঙাংখাউদা করি করিনো তৌরে হায়দনা হায়রগা পোকখিবনিদা তোম্বা, নচেগী লাইবকসি...

বস অহুম চংখরে। ইথা থাজদনা মখুং থোঙনাওদা তিংখোল্লগা লাইরম্মী। য়াম্না চাওখৎলবা মীওইগী মওংনি। মীরক তিল্লবা মী অমগী লীচৎ মাল্লি। ঐখোয়গী থুঙ্গংহু নীংশিংলুরগা খজিকমু পোঙলুই; খল্লুই —লৌরাইবু উশিত্তবদি য়ারোয়না।

থা অরেংকী মতুংদা

ফোনগী মন্দিলা খীংলকই —ক্রিং-ক্রিং...

—হলো তোম্বা ওন ডিস এন্দ

—সর ও, সি, তোম্বা ওইবিরব্রা

—মানি। কনানো কৈদৌরে।

...—... সর, ডি, আই, জী-গা রারী অমুক্তা শাবিয়ু।

......... —

...—হলো! তোম্বা।

—সর, গুড ডে সর। করি করম্বা ওরডর ?

...—করেন্ট কোড —কোড প্লিজ। অরজেন্ট।

—য়েশ সর। প্লিজ গো এহেড, রেডী

——কোমি বেকী নম্বর 000·2303 পি-এম-এস লেমী সোমী সিকর ফিকর...উ-ছুং ফং ..জেড এস পী; কিয়ু এল এল ...। চখরো, ওভর।

—খঙজরে ওভর।

খুদক্তা ঐ মী মঙা পুরগা লাইথে। কম্না থোইহল্লি। লমথায় অমদগী কিঃ মিঃ মঙারোম হাইথরগা ঙাইহনা লৈ মোংশোঙ অমগী মরুমদা লোৎলগা। (অচুম্বা অশেংবা থিবসি লোত্রবদি য়াত্রবা যুগনি) ফনা কুইনা লৈখি। লাক্তি লাকই বস নম্বর 3032। খাম্বী ব্রেক থংফা ফাখি —ফাদবা য়াদবনি। মী থাদোক্তুনা চেক তৌহল্লি। কুইদে, কনস্টেবল অমা চেল্লকই হায়রে —

—সর, অমদি চেক তৌবা য়াদ্রে—নুপীনি।

—মানি। নুপী অমত্তমক ওইরিনি। মা আনোক অমুবা অমা উপত্রা ?

—সর, উপ্পী।

—খঙঙে পুশিল্লকউ। গাড়ী, খাদোকখিংবা য়াদ্রি!

—নুপীদু ইনাক্তা চঙলকই। ইতৈমা উরীবির ওইরম্মী।

—আই। চেচেরী ?

—ননাও, নঙ ওইরে। ঐদি ...

—কন্স্টেবল, নুপীসিগী পোং লৌখহৌ, গাড়ী খাদোকপ্রো

—সর।

(পুলিস স্টেশনগী ঐগী কাদা)।

—চেচেরী, কদায়, নঙগী পোংতু পীরকউ।

—ননাও! কৈনো নঙনা হায়রীসিবো ঐবু ...

—চেচেরী! কদায় ?

—ননাও ঐবু ...

—উরিবৈ দেবী! নথরাই হিংনীংলবদি...

—ননাও ইচে পীগে, ইতৈমনা চপ চানা পীগনি। সে... !

হায়রম্মগা মাগী আনোক অদু তপ্না লৌখোল্লগা মাগী হেন্দ বেগ অদুদা হাপচিল্লী বেগ অদু মক্তগী চাম চংপী মপুল অমা পুথোররুগা ঐগী মাঙদা থম্মী। ঐগী মচিং কাঙলকই—

—উরিবৈ। নুপী!

—তরাসিনা য়াত্রগনা অমগা হাপ্লগে ইচে, সে!।

বেগতগী নত্তে মাগী থরক্তগীনি। লৌখোরুগা মেজদা তাক থম্মী। হৌগৎলগা নোকমি নোকমি চংখি। লাউখি—খংলাউ—

—হৈ। নুপী।

মা খোঙ ময়াদা খংলেপ লেপখি। নোটু মপুল অনীদু, পাযরগা ঐ তপ্না চঙলুই। হায়রুই—

—চেচেরী সে, পৈশাসি প্যায়শিল্লু। ঐনা হায়রবদি ময়ামগীসু করবা ইচেবুসু করবা তৌসি; পুরকইবা পোং অদু পুথোরকউ। ঐ

ফজনবা শীনগে। চাউদ্রিংদা মরক্তা ঐ লোইশিন্নবা শীনগে। কদায় পীরক-ও।

—ননাও নচেবু থাদোকউ, ঐ ফত্রবা তৌদবনি। খোখোপ্পগী ফননদা তৌবনি। নঙুন্সা কয়ানা কয়ারক ফাগ্রবনি। রা শাংনা ঙাঙনদে শং-শং থাদোক্লবনি। মপুল অমগা হাপ্পকখো হায়ব্রো?

— চেচেন্নী শাংথান্নুসি ননাওদা ননাওনি থল্লু। ময়ামগী নহারোনগী থজিকস্থু খনসি। ঐখোয় থুলগী পাখঙ অয়াঙ্গা পুম্মাঙ মাঙলে। ঐনা লৈরিগা লৈকায অচুগী নহা মখৈ লোয়না চারে থক্লে কাপ্লে। লৈকায়দগী য়ুম লনশিল্লক্লে থুরাতোনগী মচানুপা অমা .....

—ননাও, মতু কান্নদবা রনী। ঐনা নীনী চরা হেল্লুরগা লৌ থাওবদা লমুক্তা রাম্থরকখিবা মতাংদা অপঙবা নঙ নত্তনা কন্নাস্থু লাকখিদে। ফমশেন্নরবা ইনা অহুবু ওয়োং-য়োং হৈথনা য়ুরবা থাংপোক অমদা স্থুপচিন্দুনা হিপহনবগী পাউ তারগা লৌয়াম চাবা অশিংবা শাবা মনিঙাওনা থাকু-না-থাকুনা নোকখিবতু নঙস্থু তাহৌবা নত্রা। অচুগস্থু হন্নু-হম্বি মানা ঐবু ... কান্নদে ঐগী থনবিদ্রবা নখোয় ময়াম্বু ঐ থৌশাদ্রে। ঐগী হান্না থনবা কুইরে। নচেবু থাদোকউ মপুল অমগা হাপ্পককে।

—চেচেন্নী, নঙমক ওইরমদ্রবদি ঙসাইনা থংঙগদবনি। মতুকস্থু ঐ য়াইতমফাত্রি। হৈতবদি নত্তে, ঙমদবস্থু নত্তে। মীশক-মীমায় য়েংবগী রানি।

মা কন্না নোক্লকখি। ঐ অহানবদদি থংলুরে। তমহৌত্রবা লীলা অমগী খুংনোক্তা হাইরপ নোকল্লুরগা তপ্না হায়ররকখি—

—ইপ্রানা য়েংলিসিবু মীমায়রা শেম্মায়রা, শেন য়েংলগস্থু ঐ লৈরি মায় য়েংলগস্থু নচে লেপ্লি!

—নুপী।

—ও, সি; ও, সি বাবু! শাংথগনুসি। কায়বায়নি। কায়বায়গীদি কায়বায়গী লোলদা শাবা তাবনি। পুন্না কয়া পাম্মী, ঐ য়াওরগা

—চেচেন্নী! কায়নদবা চুম্মীদা।

—হায়বদি?

—পোত্তো! পোত্তু পুখোকউ। নত্রগদি—

—নত্রগদি নঙ লোইগনিদা ও, সি বাবু।

—নচীন থীগনু মুপী। পোং—— ।

—অমুক্তদি খনখোদা, মস্তিকক্সুমসিদা।

—পোং। পোং!!— পোঙো!!!

ঐনা কম্না লাউরবা মতুংনা মা শকক্ষম খঙহন্ হনজিনখি। শাউ-রম্বগুনা ইতে তেরকখি। ঐঙোন্দা মমায় তপ্না লৈশিল্লকখি। মানা পায়রিবা অমুবা আনোক অহু ঐগী ফুরিংখাওদা কুদাম তপ্না হাংদোক-লগা থেংচিল্লকখি। মরী মচা অশাংবা অমা চকুপ-চকুপ কোন্দুনা য়াওরকখি। মাগী থরকতা মখূৎ নামা হুমজিনখি— তেক।

—চেচেরী কৈনো?

—তুমিন লৈয়ু পোং পীদৌম্নিবনি।

—করি পোং?

মা খজিক নোকখি। থরকী কুদাম অমগা থাদোকখি। ঐ খজিক ঙকই, হেন্না ঙকই। ইনাক্তা চঙশিল্লকই। ঐঙোন্দা তপ্না ঙাথরক্লগা তপ্না হায়রকখি—

—ইবুংঙো ও, সি, ঐবু নচেনিদা! করিনো নঙনা পাম্মিববো? (থরকী কুদাম অমদা তেক নমখি)

—পোং, পোং, পোঙো।

—পোং হায়বদি নচেগী পোং, মাল ইশাগী?

—নশাগী পোং নঙগী পোং।

—নচেদি ইচা ইপুরোইবা লৈরিদো পোং করম্না পীগনি নঙদি ইনাওনি ইপ্বানি হোৌনদেদা! ইচেদি কৈম্নু খঙজদবী লবাই নুপীনি ইবুংঙোদি থানাগী অচৌবনি! থানাগী মকোক অমা ওইরগা অহুম্না হায়বদি চুমদেদা।

—চুম্বা চুমদবা ঐনা হায়রিবসিনি পীবু। পীগদবনি। পীরবদি নঙবু কনগনি পীত্রবদি নঙ লোয়রে। ঐ কনানো খঙত্রা!? খঙব্রো!

—খম্নখোদা, ঐম্নু মুপী অমনিদা।

—কাম্নদে সে পৈশাসি লৈরে। হাপচিল্লো অদুগা পীরো। অদুদগী থাদোক্লগে। সে। পম্বম্নবদি অকায়বা লাকনি। মী য়াম্না লৈকো।

—তৌহৈদেবা ইবুংঙো! নচেনিদা হৌজিক্লা নতৈমা ওইরবী।

—করিগী ইচে! করিগী ইতৈমা! ঐ মাল পাম্মি নমদুনা লৌরা? হা! ফজনা হায়রিঙৈসিদা য়াও নত্রবদি ঐ তৌরগে তৌরোরা?

—ঐস্থ তৌবা ঙম্বা ঙাংনি তৌরগে তৌরোরা?

—নঙনা কৈদোদোরিবা। মাসি ঐগা কানি খঙলত্রা! কদায় লৌথোকউ, পীয়ু।

—কী রো? কী-রোল?

—খংদে পূম্নমক লোইনমক। কনবিগে হায়বনি কনসি হায়বগী বানি। ঐনা হায়বদি… …

ঐ ঙকখি মাগী মওংদু। মতাং ইচা চাদনা খংশাউ শাউরকখি। ঐবু ইম্থোক্লম্মগা খংহন হন্দোকখি; মখোল নিক্ল-নিক্লা হৌনা লাউরকখি— "করি! করি কনবা! নংগী পৈশা খরদুনা ঐবু লৈবা য়াগনি খনত্রা! ঐ নুপীনি—মৈতৈ নুপী! নুপী অমগী ইজ্জং মাঙহনবদি নংগুম্বা মথৌ মশক খঙদবা শা অমনা ঙম্মোই……!"

ঐহা ঙক্লিবা মওং অমনা অমুক, ইল্লিবা ইম্নফী ময়াইদা শং শেগায়রগা ঐগী চৌকীদা লংশিল্লম্মে; মফুরীং অদু য়েংলোম মায়রোমদা শেং-শেং শেগায়রম্মী; শেংলিবা মথকী ফনেক অদু শং শং লৌথোক্লুনা থোং ময়াদা লংশেক্লম্মগা লাউ-লাউদুনা মপান্দা চেম্থোকখি—

—"কনা কনা লৈগে ঐবু অমুক্লা কনবিয়ো! অমুক্লা কনবিয়ো— কন—বি—য়ো! নুপীগী ইজ্জং কনবিয়ো—। হাংলে—হাংলে!! মৈতৈ ইপাশা মৈতৈ ইচেম্নু কল্লো, কল্লো।"

ঙক্ল-ঙক্লা চেম্থোক্লুনা তাম্নবনি। থেংঙদা মহোয় কনষ্টেবল মরীনা ঐবু কাবনি ঐগী শম্ভোক্লবা পিষ্টোল মখোয়না মুনবনি। মী ময়াম মথং-মথং চঙলক্লুনা ঐবু কোয়শিল্লৈ, কারৈ অদুগা ঐগী

চৌকীদা নমত্থুনা ঐবু ফমহল্লে। কা অহু মীনা (থানাগী মীওই নত্তবা নাক য়েংকী প্রজা ময়াম অমনি) পিক থল্লম্মে। মরাং-মরাং তৌনবা মরক্তা ঐনা কল্লপ হায়রুই— "ময়াম ভাব অমুক্তা তাবিখো; তপথবিখো, ঐগী বা তাবিখো। ঐবু নুপী অসিনা লান্না উহন্নবা হোৎনবনি। নুপী অসি ময়াম্না খল্লিবা মৈতৈ নুপী অহু নত্তে। মাঙ-তাকুবগী মশক ওইবী লৈবাক্কী য়েক্লবনি। ঙসি মানা মন্দলেদগী নম্বর ফোর হায়না খংনবা দ্রগ অহু গ্রাম......"

মকোক ওইরিবা ঐনা ঐগী ওফিসতা ঐমক্কী কাদা লাউহ্না তাকখি। ময়াম্না ইরা লৈখিদে। ঐগী বা তাবিখিদে। মথীংলোমদগী নুপী মানা হিক্ল-হিক্লা কপ্পুনা লাউরকই—

"লৈবাক্কী ইবুং ইপ্রাশিং! মসা হিংচাবসিনা হায়রিবসি চুমদবা শাজিনবা ঙাক্তনি। নম্বোর ফোর করিনো হায়বা খঙদবী ঐনি। ঙরাংদনি ঐনা ইহান হান্না মোরে হায়বা মফমদুদা চংলুবা। ইচে অমগী য়ুম শঙ্গাবা চংলুবনি। ঙসি অয়ুক গাড়ী ঙাইরিঙদা মানা ঐবু মাগী জীপ গাড়ীদা তোংহল্লগা ···· য়েংবিয়ু ঐগী ফিবম ·····!

ঐনা মরক্তা ঐনা খংবা অচুম্বহু শেংনা হায়গে লাক্লরুই। মনুং অমদি মপান্দগী ময়াম্না করি করিনো হায়হুনা লাউশিল্লকখি। অমগী খোল্লাও ময়ামগীনা নমহংখি। ঐনা ঐগী মচিং অহু লাক্লনা তুংলোমদা মায় খংলৈ লৈশিল্লগা খা চীক্লনা ফল্লাংদা খুতুম্না সুখি— দাক! মথক্তা থেংলিবা গান্ধীগী ফোটো অহু কোকথক্তা তারকখি —দাক!

য়েৎলোম-মায়রোমগী খোঙনাওদা নুঙ ময়াম অমা থারকখি, দাক-দাক-দাক····। কুইনা কান্নদে য়ুমথক্তসু নুংগী লেন— গ্রাং-গ্রাং-গ্রাং······!

··· হৈহিগী নুংথিনদা সসপেন্দ ওরদর লাকই; মঙানী সুবগী অহীংদা পুলিসকী গাড়ী অহুম লাক্লনা ঐবু ফারে। জেলদমক্তি চংদে, লোক-অপতসু থমখিদে।

মপান্দা চম্বী নুংদা লৌ হৈবী মাগী লাংনা হেন্না মপুং ফাখি। থরক্কী কুদামহ্ টেপ রেকোর্ড মচা অমগী সুইজ ওইরম্মে। মাগী মায়কৈদা থোরকপা সাখীগী মশীংনা তরাহুমদোই; ঐগীনা ঐগী ওইনা লৈরিবসি ঐগা ঐগী উকিল মরুপ অহুগা— অনীনা লোইরে। অনীসি ঐগা পকুদবা মশীংনি।

থবক্তগী ডিসমিস তৌবা হায়বগী চাউরবা মন অমা ফংলহুনা ঐ কোর্টতগী তপ্না তপ্না থোক্লকখি। কোর্টকী থোঙ্গান্দগী খনথরগা ফম্বা দুকানগী উপাক্কী ফক্লাংদা ভাথরপ লেপ্লগা, ক্না অমা শায়ন-শায়না অমা পায়রহুনা জর্দা কাবক কাবক কম্থোক্তুনা নোকফেং নোকফেং তৌরগা কল্লপ হায়রৌই— তা চন্দ্রো জর্দাগ কুমগা সাদহু তরা অমগা ফজনা তপ্লগা য়োম্বীয়ু। শারেং ভারেন, রো চারবদি ময়ামহু ক্না শায়গে হায়নরক্কনি। ভসিদি তা চন্দ্রো চাদেরিদা চাদৌরি— ওথাক পীজদোরি।

চুরুপ চম্না চম্না খজিক য়েংশিল্লুই। মমীং অহু খান্না পৈরপ য়েংহৌই; পানকোদাং পিং কমথোকহৌই। ঐ খজিক নোকখি, মপান্দদি নত্তে, মনুংদা; ইথন্তগী ওইনা। ময়ামগী ওইনস্নুনি। অস্নুম লাকপদা মচানুপা বোবুলহু মপাগী দুকান মমাঙদা মমান্নবা খরগা লেপহৌবা উরম্মী।

থবক তংলবা মতুংদা মতম খরা লনাই ফার্ম খরদা চত্তুনা থবক মচা অমত্তং ফংনবা লাক্লুখি। মায় পাকখিদে। খবরশিংদা নুমীং কয়ানী রাই চাইথ্রবা ঐনি। চহী কয়াদুক বাবুনী, ইচেবেম্মা, ইনম্বেম্মা ইবেম্মা কাক্লুরবী. হৌজিক্লা লমশোংপী হাইরপ তারক্লবী ঐগী নুপীনা হায়রকখি, নোংমা—

—কৈদোবিরগে। ওফিসকী তোলোপ চাবা থবক্তনা থবক্লো? ঐখোয়বু খোঙ-খূং য়াওদ্রবা মীরো। নুংঙাইনা পুন্সি লেনবা য়াইনা।

চেক্তা চেকশিল্লগা লাদা পোপ তাই। মরুপ মপাঙদি লায়রবদনা ইয়াম্বা-ইনাও ফাওবা লৈকাইগী মওংদা লৈখি।

থমজিনখিবদগী ফংলকপা শেল খররহুনা হান্নগী ঐগী খুঙ্গংহুদা ইখোল মচা অমা লৈরে। শোরোক মপান ওইবনা মমল খব্রা য়াম্না

থোকই। খরা রাংপা পৈশাহু সনা খজিক্কুংহু বন্ধোপ থম্মগা পীবা লেপ্লরে। কনাদা থম্না ?

—ইনম্মা উরিরেদি শেন্দোই য়ামদেদো।

—তং! কায়থোক্লো। মমীং পল্লক্কনু! মঙ্গোল ওইরোই। সনা-লুপা পুম্নমক মীগী খুবাক্তা লৈবনি। ঐ লৈরি; নঙগা নচাশিংগা লেপ্লি। রাক্কনু। অচুম্বা হায়বা অমদি লৈরি। ফত্তবা তৌবনি কুইদবনিদা। য়েংসি।

খন্নরিবা রাফমদগী থৈরপ তৌবা ঐগী রাফম মা নীংথিনা খঙই। ঐনা নীংঙমদনা হেক হেক শাউগংলকপা খুদিংদা মানা তপ্না হেক-হেক ফাধে। ঐস্মু ঈংথদবা য়াদবনি।

ইখোল কোইবা হৌই। খরা লৈরগা দুকান মচা অমা ফম্মী। ইচাশিংদি শহর থাদোক্লগা খুঙ্গংলোমদা হাইথবা য়ানিংখিদে। শাওবস্মু য়াওনখি। ইচানিপা য়াইমত্থদি লাইরিক তম্ন-তম্না ফার্ম অমা তৌগনি হায়হনা হরাওনা শেম-শাগুম্ তৌই। লাইরিক্কুদি কয়া য়ৌদ্রবস্মু হৈ-শিংনা উই, মমীং-মনা শিংই।

নোংমা ঐনা তীক্কদবা পোং খরা তীক্লগা ইচানুপাদা শিন্নরিঙৈ মতাং অমদা য়ুম্লোন্ননা লৈমিন্নরম্বা তাদ নিমাই উন্নে। ইচানুপা থাগ্রগা উন্নদবা কুইরে চা থকমিন্নখিসি হায়দনা অনকপা হোটেল অমদা চঙই। পুকহং পাউহংনরবা মতুংদা রারী ঙাইহাক শাই। ঙাই-হাক লৈরগা হোটেল মমাঙদা মীরৈবাক্কী কার অমা থারৈ। মীরৈবাক্কী পাখঙমচা মানবা অমা মুক্লপ কুমথরক্লগা পৈরপ চঙখি। মাল্লি, হায়খি ঐনা—

—তাইঙো, অসিবু বোকুল নক্রনে ?

—মানি। ভাব য়াম্না তারম্বা অঙাংনি হৌজিক্তি ঙাওশিন্নবনা লোইরে। নতৈমা চেচেরীদি পৈশাসি ফন ফজনা পায়রেহৈ। মযুম-মকৈ কোনুংনা কৈদৌনি।

—মাই দুকান্দুদি ওখাক্লা চাউরৈনি মদোমদা চত্তবা কুইরে।

—দুকানকাদি থোইনা ফম্বা উত্রে। মাই হান্নগী মুপাহ্ন লৈরিঙৈদদি মুতিগী ঙাইহাক্তা ওইরম্ব হাংলম্মী।

—তাদহুদি কদাই চৎখ্রব্রা?

—ঐমা, ইনাও তাদ্রিবোরে, কুইরেনা লৈতবা। অয়ুক অমা লেকথ-রক্তনা ডাক্তরদা পুবনি, লম্বেলদা অহুম লোইরে। চাং য়াম্না হেন্না কাপ্পদগী ওইরমাল্লে! অস শোরাংকাদি মতুক চাউবা উখিদ্রি, উগনি হায়বস্ম থাজদে তলসিনা করিনো হৈথবা জাংনি।

—ময়ুম অমুক পাল্লবা?

—অমুক্তা নত্তে অহুম্নককুম্বা স্থরেনি। ইকোন কোনবগী অসিমদি পঞ্জাবীনি, মোরেদা দুকানস্ম ফম্বা অহুগা পৈশা ওন্থোক-ওনশিনস্ম তৌবা ওইরমাল্লে। হোটেলসিগী মপুস্ম পঞ্জাবীনিদনা।

—খঙই, ঐগস্ম খঙনৈ। ঐনা থবক তৌরিঙৈদা য়ুগী করিগী ফাদোক-ফাজীনগী মতাংদা ঐগীদা য়াম্না তোয়না লাক্লম্বনি।

—ও! মহোয়সি কারবার মওং মওং তৌমিন্নবা ওইরমাল্লে।

—অহুগী ওইরমতারে মানা চৎখ্রিবসি।

—মাবু, মপান্দা লাইরিক তমগুম তৌদাইনে?

—ঙাইঙো, থোরকএ।

চৎখি। মী অম'নী লোয়নখি। য়াম্না চাউনা চৎখিবা মাল্লি। ঐখোয়স্ম অহুম থোরক্লে।

মতম খরা লৈরগা মোরেগী কৈথেলদা দুকান ময়াম মৈ চাকপগী পাউ তায়। ফনা য়াম্না কনবা ঙমহোদবদগী তুম্না চাকখিবগী পাউ খবরশিংদা য়াওই। ঐগী দুকান মচা অহুদা য়েংলগা মখোয় ময়ামগী অচৌবশিং অহুগী খল্লুবদা সুংঙাইরুদে। অহীংদা চাকখুম অমদগী হৌরকপনি হায়নৈ। খরা অমনা মখোয় মশেল সুংঙাইনদবদগী থানবনি হায়নৈ।

চহী অনীরোমগী মতুংদনি। ফার্মগী শেন্থং লৌরুবা হল্লকপা ইচা, য়াইমনা মাগী জীপ অহু খামফাত্রি হায়রকই—

নুংশাবা, পোউ অমা থগে। য়াম ফজবা পাউনি।

—কৈনোনে ?

—নমাকনি হায়দনা তৌই হায়বা রোকুল হায়বা অদুনা হিদাক ভপ তানা কাপশিল্লগা মপা শাবা পঞ্জাবী অদুগা, পঞ্জাবীদুগী মচা অনীগা পিষ্টোলনা কাপ্তুনা হাংহৌরে।

—করিগী কৈদৌরেগে ?

—মখোয়গী মরল-মমুম য়েন্নবা লৌ ইখোলগী মিং পাম্বোক পানশিনগী খংনবা ওইরমান্রে। হাংলম্লগা লোংখ্রে হায়দনা থিনহৌরি।

—কয়া কুইনবু লোৎপা ঙমগদগেদা! অদু মহোযগী হিদাক চাবা কাপ্পশিংসিদি য়াম্না শোল্লি কৈস্থু তৌবা ঙমদে হাযদাইনে।

—করি ঙমদনি। মাথা কৈরেং-তুরেং তৌবা মীনবু করি তৌবা ঙমদবগে ?

—ই—চে !

—নুংঙাইরে। মাস্থু লোইরনি।

—হু! হৌনদেনে।

চহী অহুমলোমগী মতুংদা মোংমা নুমিদাং অমা মিটিং অমা চংলুবা হন্থরকপদা কার মনুংদা ইচানুপা য়াইমনা শহরগী লমখাই মচা অমদা হায়রকই—

। নুবাবা সোম চঙকে, কৈনো'মা-য়েংউ।

—কদায়দা করিনো ? থেঙখিনবনি চুম্না অহুম চংলো।

—হু! কুইরোই; মিনিট অঙারোমদনি।

কৈথেলগী মমলুপ্তু তৌবা চিদাই অমমা খাম্মী। খুদোম্বী বিল্লগা হায়রকই—তু য়েংউ। গাড়ী মনুংদগী য়েংথোক্লু ইপ নক্লা উবনি। মুপী অমা চিদাইদা মকোক মরু ইফা ফারদনা পোমদোন চাউরপা তৌবা অমা থিংল্লি থিংল্লি থাল্লগা খাং মচা অমদা রোরা হৌরি। নাক-য়েংতা হাইরং-হাইরং তৌবা পাখঙ অনী অহুম লেপ্পি। নুংশিং খজিক নাকপদা তুরোই থারোই লীরাংনা কম্বা মীশাবা অমনা অখুং অনীনা পোমোন মৈরী মচাদু খল্লি।

—চৎলো থেংলে য়াইমা। থৌরে। ইচানুপা য়াইমত্থু মোন্দা নুংচাইনা উই।

শ্যাম শিন্ন শিন্না হংলকই—

—হৌজিক্কীত্থু কনানো খণ্ডব্রা বাবা?

—কম্বি খণ্ডদনি ননে চেচেরীনি।

—কল্লক পেন্দ্রা? মচাহ্নু ...

—হায়হৈদেনে য়াইমা। কনমল্লে তপ্লপ থৌ।



ইম্ফাল, ১৯৯০

# শোজাউ ৱায়খু

কয়া চাউখ্রে শোদো—ৱায়খুদো। অশেংবা পিথ্রাইগী পুমহৈ মাল্লি; মচুহ্ন সনাস্নু মাল্লি। সনামক্তি নক্রে অহুগা পুমহৈস্নু ওইৱমদে শোজৈগী মখুল অহুগা মতাই মতাইদা কুংনা ৱেপিদ ফুবগী মওং তশেংনা উৱে। থম্বদা ঐগী সেক্রেটরীয়েল টেবলদোনা তৌবা মেজ অহু থনকোকমক্তি তৌদে অহুবু খাঙৈদি নায়। থম্মরিবা ইস্নু নুপা মশম বিভুলা চুবহুদা হংলুই—

—কৈনোনে জেকী ঐঙোন্দা পীৱম্মীবসিবো।

'য়ানশিল্লু কান্ননি'—হায়বা জাংনি মাগীহু। অহুদা মানা মৈপোক-লাংহৌদা খংলাউ খংলাউ লাউবা স্নুৱগী ঈশৈ মতেক অমগা বোৱা য়েতুম্না থিনবদা খংচোং খংচোং চোংবা মানবা শাথেক মচেং অমগা লোয়ননা খপচিল্লস্নহুদদি ঐদি ইথক থক্কংলুৱে। মতৌমা অহল অহুনা মনুংদগী নোক্লপ লাউৱকই— হাই! জেকী হায়বা মহা-পগলা। নঙগী ইস্ত্রি অসি মৈ হোৱেনে।

সোৱী-বোৱী খৱা লাউৱগা অহুম চঙখ্রে। মতোনশিং অসিগী দোং-দাং মতাসিগা ইস্নুনি হায়দনা তৌৱিবা জোং-কানশিং অসিগা 'মহোয়সিবু ঐগী নত্রবা জাংলনে!'— ঙাইহাকস্নু খল্লুবা ৱানি। নহানৱাইদি স্নুকহৈ হৈনৱমদবনি। পেন্সিল ফংলবা ইস্নু-স্নুথাং লকুহুনা লৈৱবা মতাংসিদদি থেংনমল্লদনা ফন। য়াম্না হৈনৱকপদোনা তৌৱে। কুম্মৈ য়েংগনবনিদা মবোক্তো; কয়াদা নুংঙাইজগবা! —কৈনা ফেন-জিল্লকপা ৱাচোয়নি।

নুমিদাং অহু পঙথেঙ থেঙবদি নত্রি; নিংথমথাগী নুমিৎ ওইবননি, সন্ধ্যাগী মৱাঙ-মৱাঙ তৌনবা নেমথখিবা ঙাইহাক্তমক মওইৱি! ইচা-নুপা অহনহু তপ্লা চঙলকই, লেপ্লে। মাদি হান্নদগী ঐগী মওং হাইৱপ খঙনা চংলি। করিগুম্বা অৰুবা অমা কন্না পাৱিঙৈহুদা পাক ঙাংলক্তে। আনোক লৌথোক্লগা হংলুই

—কৈনো ব্রোজো ? ( অশেংবা মমিং ব্রজরাজ মমানা পামজনা থোনজরম্বনি )

— ঐগী মরুপ অমা রাজীগা উ'নি হায়' লাকইয়ে। ফমহৌরি।

—কনানো করিগীনি হায়গে নঙগা ঙাঙনরগা যাদ্রো ?

—যাদমাল্লে। বাজীগা ঙাইহাক্তং ফম্মিন্নবা পামমাল্লে।

—করি অরুবা লৈবনোনে নুংদাং অসিদা, কানদা অসিদা অথেং-অমমদা চংথোক-খোঙোকপা —

—গাড়ী য়াওজরকই মরাইনা চংচখিনি। ঙাইহাক্তং উন্নবিরুরো। লুনা অহুম তৌনবা মরুপ্পি।

ইচানুপাহ্ মরম হাইরপ খঙলমগদবা মাল্লি। খঙদেদি হায়। ঐ থোক্তবা য়াখিদে। নুপাহ্ মশা নাল্লি ইচাগা লেঙ্গানি। হৌন-লৌচং খঙবা মাল্লি। চংখিবদা লেপখংলগা মখুং লোন্নরকই —

—খুরুমজরি বাজী !

—জৈ জৈ, ইবুংঙো লেংশিল্লু।

—জাজরে বাজী।

—কৈদৌসিগে ইবুংঙো ?

—ব্রোজোসে ঐগীদি ওস্থোক্লা চান্নথ্রবা মরুপনি। থবক মফম তোঙান তোঙান্নখিবহুদগী ইফং ফংনখিদ্রবা। এ, জাম নুংশিনথ্রজাংনি। মৈখু তৌবিবরা বাজী ?

—থোইনা থকপোইনা থকপা নত্তে ইবুংঙো ফাল্লু। করি তৌসিগে ?

পাক্লা হায়রক্কে ! ফুরিংখাওদগী চুরুপ-মৈখেং লৌথোক্লগা মাঙগী মেজ মচাহুদা, মানা হান্ননা থম্নম্নবা শঙ্গোমনা শাবা অ্যুম-অহাও হাপ্পা চেগী উপু মচা অহুগী মনাক্তা থম্মী। খুদাং ঘরী হাইরপ য়েংবোই-খোংপোই তৌরম্মগা তপ্পপ্পা হৌরকখি —

—সুম তৌবনি বাজী। ঐগী ইচনশিং অমা লৈবা। মমা-মপা বারী সম্বন্ধ কনাস্ত করিস্তু লৈজদ্রবা। মাগী মথৌতাবা মতেং মখৈ ঐখোয় ময়াম্না অঙম অঙম্বা চান্দা তৌনরগা মাবু মহৈ তমহনবা। নংবনা পং-তংপা। এঃ হায় কান্নদে ওস্থোক্লা রানা হিংজবা জাংল্লি। মাগী খল্লুবদা লোইনা পি তাবা জাংনি বাজী।

—ও, অদু কৈদোরবা, লৈত্রবো ?

—লৈরিয়ে বাজী, লজরমদ্রস্নু ফদোবা। মনিনি ৱারিবসে। মমান্নবা ময়াম মেলা-পলা য়েং চৎলি মাদি জাউবা নত্তে বাজী। মপুন্সিদা চা কাপ অমা থকপা নত্তে

—ও! খাঙবা থোরকইবা, চা কোফী বন্দ ?

—মানি বাজী, ময়ুমদা কাপ-প্লেট লৈতে

—অত্তেদি ফাল্লিনিন্না

—ফালি-ফালি। অ কমদোবা ?

—হ! শঙ্গোম, ঈশিং মহী-হৈ-লৈগী ?

—অদোঁ অদো, তদুগুম্বা। অদুতং থকচবা জাৎনি। অদুদা বাজী মাগী মীদি লীকই লল-ুম লীকই। মহেদি য়াম্না ফবা। হেক হৌবদগী লোইবা এম, এ, ফাওবা ওল থ ফষ্ট ক্লাশ।

—এ, অফবা অঙাং নিদনা। ইবুংঙোগী ইচনবু ?

—নৎচদে। অরাপ্পা মরী-মতানি। মশানা ফমনবদুদা মাবু নমথ-ৱিবসি য়েংবা হৈবা ঙম্মক্রুবা বাজী

—অদুবু কৈদোসি হায়বগে। ইচাশিং নমুং লেপ্লে; ইস্নুশিং হায়রা পীশক-পীশক ঐনা পীকশক পীকপদোনা। ( হায়ফম থোক্রুবনি থল্লুই; করমদি তৌনি! )

মা মেজদগী চুরুপ অদু অমা লৌরগা চমগে তৌই। পুথোরকপা অচা-অথক অদোমদা হান্না ওনশিনমিন্নরে। চা অমুক্তং চিংলগা চথরকই—

—কদায়দগী বাজীনবু পীকপা। খ্বাইদগী চাউরবনি। অত্তেদি কচ্চা, মৱা লৌগদবা নত্রে।

থৈদোকলপ তাখিবনি। ঐস্নু অদুম থৈজিল্লুরে। ঘড়ী খজিক নারোন্দা য়েংলগা শমজীল্লপ মখা তানবা হায়রুই। ঙাইহনা লৈরম্বমক মাল্লি। নকশিল্লপ কোম্বররুগা তপ্পপ্না লাইখায় তারকই—

—পাবুঙদি কো ঐগীস্নু পাবুঙনি। নুপীমচা অদুগীস্নু। হয়েং অসি ইন্টরভিয়ুনি। মী য়াম্বা নত্তে মহোয় তরাখক্কনি। ইবগী খোৎপগী ঐখোয়গীনা নম্বর ৱান চেল্লবনি। মখোয়গী আই-চাই

 

মেম্থোক-মেনশিন কমপ্লিট! ও,কে, নিঃ অঙাংসে পাবুঙ নুংঙাইমন্নবা। অনৗ অশুমলক স্থজরবনি মানা জীবিকাগী থবক মচা। অমগী ইন্টভিয়ু য়াওজরক্লিসে। মকোক ওইনা ওইনা মমিং অসি স্বায় হেক্তা মাঙবা।

— অহুদা বাজীরু কৈদৌ হায়বগে মঙ্গোল পীয়ু হায়রো ?

—হো, অহুমক্তি বাজী। হয়েংসে বাজী সবজেক্ট এক্সপার্ট ওইগনি ফবা অচম্বা তৌবা মীনা হাইবা য়াদব। কনানো খন্নরকপদা বাজীদা পোপ হৌজিক লৈরিবা পোজিশন অসি ঐখোয়না এঙ্গল খুদিংমক্তা রান, মখেক শেংগ্রবা নম্বর রাব। স্থপ্নগী পাবুঙনা 'রিকোমেণ্ডেড' বস! পুমলোয়। তোল্ল-তাররা জীব অমবুস্থ লানবিয়েং পাবুঙদস্থ কায়দ্রে।

—ইহে। অহু ওইরে। অদ ইবুংঙো, ইপাদি কদায়দগী ওইদগে নহানরাই সার্বীসতা লৈরিঙৈদা লৈমন্দনা অমুক অনীরক ওইরুগুম তৌবহুস্থ —এ, কাউনরবা রানি।

—পাবুঙনা শোয়দনা ওইরবনি। হয়েং অক্লক চে-চাংনে করিনে লোন্না লৌবা লাকনি—ওফিসকী মী পাবুঙদা ঐনা খুং লোন্নজরিবসে, অতৈ কৈহু রঙে পাবুঙ শোয়দনা চংপিয়ু অহুগা শোয়দনা মহোয়গী রিজল্ট সাটকী অরে ইবা রিমার্ক কলমদা, পীকস্থ পীকপনি কলমদো মহুদা মপাদা শং লোইরে। কুইনা বেরা লৈনরক্লবা কেশনি ; অরোইবা ওইনা টুটেল ইম্প্রেশনদা তৌনবা মী অমদা—পাবুঙদা শীন্নরবা। চীন অহুম নাকোং অহুম স্থবা নত্রি।

—অদ ইবুংঙো ইপ্পাবু—

—পাবুঙ নচা চংচরে। মতমস্থ থেঙলবা অহুগা মখোয় ওফিসকী কাঙবুদো নুংদাং অথেংবা কান্দস্থ ফুং ফাওগনবনি। ইহে। রারেম স্থরিঙৈদা ইকাওবু কাওথাক্লরে, ব্রোজো মরুপ অঙাংগী মীঠাইসি লৌশিল্লুনে। মতম ঙাইগাক মাঙহল্লে পাবুঙ। কোন্না অমুক লাকচগে, খুরুমজরি।

অরাকপা মানিনা ঙাংলুবা খামলুবা নংহৌদরে ; খজিক নংগুম তৌবহুস্থ য়ারমদরে ; চেনবোই-লাকপোই অহুম লীখোকখরে।

মাগী চা 'কাপ' অদুদা চা থনকোক তৌনা লেমহৌরি—ঙকচানরিঙৈদা হাইরপ য়েংলু বনি।

চাক চামিন্নবা মতাংদা হংলুই

—নঙগী ঙসাইগী মরুপ অদুবু কনানো করি তৌরিগে?

—য়াম্না ঙম্বা মীনি। মখোয়গী চিয়রমেন অদুগী এস.পি,এ, (S.P.A.) নি।

—করিনো অদুদি? ঙনৌবনিনা, তাদ্রি

—স্পেসিয়েল পার্সোনেল এসিস্টেন্ট হায়মাল্লে। থরগীদা থম্নবা ওইরমাল্লে।

—ই-হে।

—ইসে, ঙসাইগী মীঠাইগী পেকেটতো বাজীগী মেজদা থনম্বনি।

—কৈনো ঐদি চা-রোইনা হৈনদে।

—য়েংবদি চুম্মীদনা

মৈ ঙাইহাক য়াইহৌনা খোঙ-খুং শাহল্লগা চঙই। ইস্মু অঙাওবদুনা থনম্বা শোজাউ য়েকপা কেলেণ্ডর অদুগী মথক্তা লৈরম্মী পেকেট অদু। য়েংলি-পুল্লিবা লং থোকলম্মে। হাংদোক্লু,ববু অথাবা মপুল অনীনি—পীক থল্লি, য়াম্থেচপ্পীনি। থঙহৌদনা শোন্দোকখি—ই—হে।

শিলচর—ইম্ফাল, ১৯৯০

# হুইনাও, হুইজাও অদুগা তরপোন

ওঁ আ ব্রহ্মা ভুবন লোক····

থাশিনি, তরপোন লোইবা নুমীৎনি। মমাঙগী তুরেল অচৌবদা, শোনবা লোইরগা হৈদোকপা কুমথৈ। পাজিনা তাকপিরম্বা মতুংইন্না হৈথরগা মীৎ উইশিন্দুনা পুম্নমকপু নীংশিংহনা ঈশিংবা খুজোক অহুমথক তপ্লপ তপ্লপ্পা ইস্থোকই। অহুমস্সুবা খুজোক ইনবদা খংথেং থেংনরকখিবনি হুইনাওহু। তাউথরকপনি। হিংলম্মি। মবুক খরা কংখৎলবস্থু ঙংবা ঙমলি মমীৎ অনী উইরুম উইরুম পাঙলি। অহানবদা খংলপ তৌরুরবা অহুগা হঙ্গোইরপ তৌরুরবস্থু নুংগী শকখঙদবা রাখল অমদগী জীব অপিখক অহুবু তপ্পা লোখৎলগা লৈরায়দা থম্মী। মনা লেঙলি, মমীৎ পাঙলি মমৈস্থু খর খরা হাইরি। ঈশিং তপ্লি তপ্লি তকথোক তকথোক্লা মপুঙ্গুম্বা মপীগুম্বা লাক লাকপ্রা হায়দনা হম্নমা অমদি হঙ্গৎনা য়েংলুই। কনাস্থু করিস্থু লৈবা উদে। অসোম রাংমদা মীরোল্লবী যথবী অমদি য়াম্না রানা চৎপা উই।

থাদোক্লম্বা হন্দোক্লম্বা মানা থোকপা লৈজহৌরসন্নু হায়না থনম্বা ঙমদ্রে। মমায়হু ইচোন চোন মশাহনা ইনোয় নোই, মকোয় অনী মরীহনা ফিং-ফিং মমৈহনা ফেৎ-ফেৎ ফনবু নুংশিক্লরে। য়ুমদা অহুম পুরক্লে।

ইচান্নুপা অতোম্বহুদি কয়া হরাওরে। মচেদি মমীৎ মনা য়ুংখৎকুম তৌই। মমাহুদি অমুক্তোইনা হান্নমা চাউজরবা মনাতোন অহু ফুকুকৎ ফুকত্তুনা কাম্মি; কাম্মগতা তোকপা নত্রি মচীনস্থু কবোক। মাঙ্গোন কাহনবদি লায়রদনা মমাঙ শঙ্গোয়গী য়েনখাদা বোরা মচেৎ অমদা কুলহনবহু ফাওবদা মচা-মপুরোইবা কাদা য়েৎলবহুমঙাই মানা স্নুক্লিবা। অহুবু নোংমদি ঐনা চঙখিবদা মানা (নুমীৎ খরনীগী মতুংদা) দারীদা ফম্মগা সিলিভোরগী তেঙ্গোং অপৈবা অমদা শঙ্গোম অশাবা অহু ফু-ফু কামহনা ঈংহন্দুনা লৈরম্মী

অত্থগা হূইনাও অত্থনা চুরীদা মখোঙদা ঙাথু-থেংথু তৌরদনা চোংখৎ-চোংথ তৌত্থনা লৈরম্বা থেংনৈ। ঐনা পাখৎপা অমা য়াওরত্থনা চেন-শিন্দুনা খোঙনা কোৎলগা লংলুই। কয়া নানা য়াইরক্লে—

—ঙাওব্র কৈনো, হিংচা য়াইতম্বদৌনা! মী শঙ্গোম থকচগদবগী ঙাইজরিবসিদা…… !

—ইহে! হাইফেৎ য়াবিরক্লবা জাং ওইরে!

—য়াদবা ঙমব্রনে মহা চন্দাল অসিবো। ফুরস্থ চেন্দে, তাল্লে চত্তে; চেনশিল্লক্কুনা খোঙত্থম কোল্লে, খোঙবী চুপ-চুপ চুপ্লে। নাচৈনা কল্লুরে, কৌয়েং-কৌয়েং। মীৎ কুপতে হেক্তা চঙশিল্লকই ইমাঙদা কুল্লগা মমীৎতুনা তিঙক-তিঙক য়েংলগা মমৈত্থ ফেং-ফেং। কয়াদি নুংশিরে মহা চন্দালসে! মথীবোংনা লাউরিস্থ…… সেনে। থকউনে। নশক্না নপা (ঐবুনি) হেক মাল্লদনা। তপ্না থকউ!

ঙাঙল-ঙাঙলগা পীথকই। অমত্থমস্থ থকই মরৈনা লেক-লেক্কুনা। পীথকখি মহা বৈষ্ণবী অত্থনস্থ হৈর-হৈরদনা।

খঙহৌদে কাবক চাউরকখি। ইচানুপাত্থনা স্কুল কুম্মকপদা দারীদগী চোং-চোংত্থনা চেনশিল্লি; ঐনা চৎপদা খোঙ্গান ফাওবদা ইম্নরকই —লাউক্লুই হৈ! মতাই ওইরপ্না লেপহৌই। নুপীনা কৈথেল কুম্মকপদা লৈরক মচীন্দগী ওক্লুই; মমাঙদা অমুক চেনখৎ মতুংদা অমুক চোংখৎ মখোঙদা থেংখু-ঙাখু অমুক তৌ চঙমিন্নরকই। মমা শাবী অত্থনা ফমফাত্তে খাউদগী ঙমোক মতুম অমা লৌথোক্লুনা নোইখায়রপ তৌরগা থাবী; ঙাঙবদি লেপ্পা নত্তে—চন্দাল অসিদি ঙাইঙমদবনা। মচাদদি কোম্নবু পী; পোৎ তপ্না লৌথোকই। কৌরুই ঐমা—টাই-গর! চাবা ল্যোইরকপগী অত্থদা চেনশিল্লকই। তম্পাক্লা কাখৎলকপগী অত্থদা ইচানুপাত্থনা মমা চঙখিবা ইমুংলোমদা হাইরপ য়েংলম্মগা কোল্লগা অত্থম পুত্রে। ইচা অনীনা শাম্নবা চৎখিবত্থ য়েংবদা ইপেন পেনবগুম তৌই।

পীজবগী মতিক খঙহৌদে চাউরকই হম-হম। লুনা তৌবগী মতিক অঙম্বা মথৌস্থ চপ চান্না তৌজে। ঐখোয়না চখোকখ্রিবৈঙদা

মানা য়ুম শগুহৌই। ইঙাগী নোংজু অহীংদা ঐখোয়না তুম্মিঙৈদা মানা নেংজুগী নত্তবা শোং-পেক খুদীংদা ঙংহুনা শকখঙনবা লাক্লে; মতাং চাদনা লাকপা মীওইগী পাউ খোং খোংহুনা পীরকই; য়েন্দেম চাগে চঙলকপা যণ:বাই চোংশিন-চোংশিন খোংহুনা তাম্থোকই। স্নমাঙদা ফোবা ঙা মানা শঙই; হৌদোং অমফাওবা তুবং চংপা ঙম্বা নত্তে। নানজংনরপ তৌবা ইচানুপাহুগী শঙ্গোই য়েনখাদা তাহৌবা পেনশিল মানা ময়ানা চিক্লুনা পূশিল্লকই। মমানা লম হেল্লি হায়দনা ফু:দগী কপ্পিবা ইচানুপাগী মনাক্তা মতু ইপোন পোননা কুন্দুনা লৈ। মাস্থ কপ্লম্বা য়াই। কৌশিন্দ্রিমখৈ চঙলক্তে; চানবা পীদ্রিমখৈ চাদে। শঙ্গোময়োনবীনা হৈরম্বা মখুম খুমদ্রবা তোসলাগী শঙ্গোম হন্না য়েংলমদে—লাপ্লপ্না অহুম শঙলম্মী। তশেংনা নুংশিক্লরে। চারমদাই খুদিংগী হংলুই—টাইগরগীদি?

—হো কৈ অনীহু চারিয়ে। (অমদি ইচানুপাহুনি)

—কদায়দা চারিবা?

—মহোয়গী ক.দনিদনা।

মহোয়গী কা হায়রিবসি অৱাং শঙ্গোইগী দারী মপান্দনি।

উনা-উনা খঙন-খঙনা ওখাক চাউরকই, ফনা চাউরকই মপুঙ ফানা চাউরকই; থৱানগী অহীং অমনীদা মাঙলুবা য়াবমখৈ চাউরকই মপী ফারকই। যন্নাও মচামুক ৱাংলকই। মাবু পায়্নে, কল্লক্লে; কিনৈ অহুগা খরদি খোয়শাওনবস্থ য়াওই।

যনবু থিরকপা হুইবু থিরকপা হৌনবনি। মচা পীথক্কদবা শঙ্গোম মুতীগী পীরিবা যনবীবু কনানস্থ শীংথাবিদে। ইখোল ঙাক্লিবা হুইনা ফৈনা হাইজিল্লকপা য়েন অমা তাল্লুবদি খুদক্তা ৱাকংনৈ। হৌনবী ওইরমাল্লে। ওইজবা পামদবা তাঙনা থোকই; নৈতবদি নত্তমাল্লে।

নোংমা ঐনা হজিল্লকপদা মমাঙগী লুখোইগা ঐখোয়গী মমাগা বা হাইরপ কল্লপ কল্লপ ঙাঙনহুনা লৈরম্মী। হংলুবদা লৈকাইদা য়ু য়োনবগী হঙ্গং-হন্দা ফানরিবা লুখোইনা শীংনরপ তৌনা হায়রকখি—

—খুরা! খুরাগী হুই লবাইমচাসিনা ঐগী বিলাতী ঙানু মচা অমা তান্নরম্মে। শিরে।

—ইহে। মানা চাগ্রবরা?

—মানদি চাদে। মানা তানবদগী লৈরক্কা ফৈনা চেনখিবদা অরাংগী হোদোং দাকু অতুনা চেনখ্রে; শিরে। মসিবু হৌনব্রো?

—ইহে! ঐ তৌগে, তৌগে খুরা মমল পীগে। শাবুক ঙাবুকপু কনানা খঙবা! ইপাইচাদি উংখৎনবা য়াবা নত্তে।

মমল পীরুই হরাওনা লৌহৌই। হল্লকপদা টাইগর চেনশিল্লকই। মপী ফারবা মানা অতুঙৈগী হুইনাওগুম চেনশিল্লকই, চোংখৎলকই ঙাথু-থেংথু চৎলৈ। কম্বরগে খন্না হাইগৎলুরবা লীচৈ ওয়গী খুদাংদা য়ানখি; খূৎ য়েৎনা মকোক্কা নানখি হায়খি —অঙাওবা!

নোংমনা অরাংগী তাদা লোখোন শাউনা চঙলকই। মরৈ ইতৎ তৎলদনা হায়রে —কৈ-কৈ-কৈনো, বুং-বুং-বুংঙো! নঙগী হূ-হূ-হূইনা হং-হং-হং-হংগাম মখৈ লোইরে!

—কৈনো তাদা হুইনবু হঙ্গাম চাত্রনে?

—চা-চা-চা-চা....

অতুম চৎখ্রে। অতুম শাউখি। কোম্বোংদা লেপ্লপ তৌরগা লাউরম্মী। —হুই!

নোঙাল্লগা থিরুবদা খঙলকপনা মপু লৈগুম লৈতগুম তৌবা ষন-জাও অমনা নুংথিল পোবোপ্তা চঙলক্লগা হম-হম চাউরকপা হঙ্গাম মপাম্বী তরা-কুন চাগ্রবা জাৎনি। টাইগরনা উরকপদগী খোঙতুনা তাম্মোকপা! মতুদা বন অতুনা লৈনা লৈনা কোয়চেন চেনবতুদা অরিবা হঙ্গাম ময়ামতুদা নৈহৎপা জাৎনি। শম্বন নমথেক্লুনা চেনগ্রবা ষনজাউ অতুসি য়েংন-য়েংনা উহৌদ্রগা কোম্বোংদা খোংলিবা টাইগরদা তাইনবা ওইরম্মে।

অ-ওপা শারুবা টাইগরবু ফুরগে তেমশিংতুনা চঙবনি। মমা মচা মখোয় অতুম থাবলদা শান্নরম্বতুদা ঐ হু হল্লি। ইখোল তাবদা মানা চেনশিল্লক্লুনা চোংখৎ চোংখতুনা ওক্লে। ইচানুপাম্ব হোৎটিল্লক্লুনা কোল্লে ঙক্কা, হংলৈ —করি লৈরকই?

লৈগনখিদ্রবা ঐনি মহোয়গী দোরীদগী অতাংবা বিস্কুট পেকেট অমা লৈরকই। পুথোক্তুনা পীজে। ঐনা চাবমুক হাউই। হুম্নি লৈরগা মা নোংমস্থ হল্লক্তে। থিরুসিরা হায়দনা খন্নরিঙৈদা মখোঙ শেক্কৌ শেক্কৌ চঙলকই। লাউরুই —টাইগর !

মা পাক চঙলক্রে; তুলশিবোং ময়াদা কুন্দুনা তিঙক-তিঙক য়েংহুনা লৈ। কৌশিল্লুই —লাউনে। চঙলকই ইনাক্তা কুল্লে। মবুক ইশিং শিংলি। মাগী থম্বা লোফ অরিবহু পীজৈ। কয়া হাওনা চারে।

নোংমদি ঐনা ফাইল অমা ফাক্লিঙৈদা চোরফোন মচুগী সিফাই অমা চঙলকই হায়রৈ —মন্ত্রীনা কৌরি হৌজিকমক, লাক্কুবা য়াদে হায়।

ঐগা য়ুমলোন্নরপ তৌবা হান্নরা শা-যনগী থবক পুরম্বা হৌজিক্লা থৌবুদ্রবা মন্ত্রী অমা ওইরবা (চোংথোক চোংশিন তৌরুবদগী) শাজৌনা কৌবা ওইরম্মী। চংলুই। চঙলুই। লাউরকখি--

—হাই! নঙ থবক তংকেরা! ওরদর নম্বা লোইরে, য়েংউ সে! ঐগী ভোটরনিনা রা অমত্তংদি হায়দনা খাম্মিবনি।

—সর, ঐবু ভাব অমা ইতা তাদগুম্বা ....

—করি ভাব তাদবা! নঙগী হুইদো —টাইগর?

—হোয়! টাইগর কৈদৌরবা, সর?

—কৈদৌবা তৌদবা হংবা কান্নদে। হাংলু মাবু হাত্তোকউ—ঙসিমক হৌজিকমক।

—সর, মানা করি...... ?

—হাই! অরুংনবা য়াদে নফম তংকেরা? চরা হেনগেরা? নহু-নচা চরা হেল্লনগেরা?

—সর, অহুমক্তি খরখিং......

—করি! চিন্থক্রা! বহাদুর! ফাইল!

—করি সর! নফম তংনীংদ্রবদি নঙগী হুই অহু হাংলো। হাত্তোকশ্রো ··· ।

মন্ত্রীনা শাউবনি থবক্কী মতাংনি পুক্কী রাফম্নি। হায়রম্মী—ঙসিমক, হৌজিকমক তৌজরগে সর

নুমিদাংৱাইরম্নি। চঙলকপনি। কোম্থোংজে অমা শৎ শৎলি। লাউই —টাইগর!

টাইগর হান্নগুম চেনশিল্লকই; ঙাথু-থেংথুরে! কোম্থোংজে অদুনা মকোক্তা বোপ! অমুক্তা বোপ। অমুক্কস্নু বাক, বাক!

ঈতনা পুমঙাঙ। মমায় মমীৎ পুমঙাঙ! অহুম্লক থারকপগী অদুদা ঙাওদুনা ফৈরেং ফৈরেং চেল্লুই; খোংগুম তৌই —গৌ…। মরীরক স্নবগী খুৎথা অদুদদি মা পুনত্রে তুই মখোঙ মরী ফীং-ফীং চোংই। মমীৎ উইশিনখি। ঐ কন্না নোকখি। মা চেপ্পা তুরি।

থোয়না নোক্লগা ঐনা কৌরকই —টাইগর! ( মন্ত্রী ফম অমদি পুক্রী মীকৌস্নু ওইরম্বা য়াই)! কৌবগা লোয়ন লোয়ননা কোম্থোংজে অদু খোঙ শেঙ্গম শানা লেপ্লগা হাইগৎপনি। লোইশন্দবা য়াদবগী ক্ষীরেপ্লি।

পুনত্রে তুগ্রবা টাইগর ইখোল তাবদা খজিক লেঙলকই। ঈখেঙ মরক্তা মমীৎ অনীদু খজিক পাঙলকই। পত্রাক তাগ্রবা মমৈগী মৈতোন্দু খজিক হাইরকই। অমুক্তা কৌই —টাইগর!

লেঙঙদ্রবা টাইগর ফৈরেং-তুরেং ফুক হোৗগৎলকই। কৌরুই— টাইগর! টাইগর! খুদুং অনীনা ইল্লগা ফেদু-ফৈদু তুদুনা চেনশিল্লকই। মমীৎতি ঐঙোন্দা য়েংই অদুগা চেনবদি ফৈনা চেনবগুম তৌই। ফৈনা তুখি। তরেক-তরেক তৌরবা খুমাঙ অনীদু খজিক থাঙ্গৎলক্লুম তৌই। ঐনা চঙশিল্লুবদা লৈজবী থাদুনা হোংনরগা ফন চোংশিল্লকখি; ঐগী খোঙ অনী কোল্লগা পত্রাক তাখি। অরোইবা ওইনা চেপ্পা হাইথখি। মাবু কনখিবা খুৎ অনীদগী তরপোন কৎখি —(পি তাখিত্রা তাখিদত্রা নীংশিংদ্রে)—

—ওঁ আ ব্রহ্মা ……… ঐগী ইপা …ঐগী
ইমা …ঐগী……… ঐগী, ঐগী টাইগর।



ইম্ফাল, ১৯৭০

# খোনোগী খোনো চাক্লা

মীনা নুপী মচা তরুক খিবদ্দি মনা-মনিল ইনাই নাইবা তাদে; মশা মউ লোইনা তিক-তিক লাউনা লৈ; কুম্বী-কালেন, নোংজু-নুংশা অয়ুক-নুংথিল নুমিদাং ছাক-থী ফাওবা খন্দে; কৈরেনজাউনা থেংলপ্পা অমখক খিজরুবহুদি ফার্মাসী অহুমদি থৌদোক-রাথোক্তা বার্তোন তৌন-রক্লদৌরে। শাবা য়াদে ঈংবা য়াদে নোং চোংপা য়াদে; চোংলিবস্মু মহানি। নোংবু মংলকপগুম তৌরবা অমুরে পোমফ্রী-পোলাং স্নুগদবগী সাপোন মকুপ লৈবা অহুম থোকখ্রে। ছ হেক হল্লকপা নত্তে, লৈরক মচীনগী থাবল্লেগী তুকান অনপ্পী অহুদা চেয়োম মচাহু রাংলপ পায়রগা তুকান মমাঙ অহুদা কারন চল্লপ লেপ্লগা শাবা রারীসি হোনোলুলুগী লাল মচেং অমদগী হৌরগা মচানুপীগী নুপা-নুপী খঙদবা শমকক্তা লোইশিনগে তৌই। অহুস্মু লোইবা নত্রি মচানিপা অতোম্বহুনা 'ইমা বাবা চংহৌদৌরে বেগ কদায় লৈগে পীরকও হায়য়ে' হায়রবহুদা 'ইহে' মনী বেগতি ঐদি চেঙভুদা হাপচিল্লমতারে হায়দনা খুনীং কাংলপ চেনখ্রিবনি। অহু ফাওবদা চংনা চংনা হায়রম্মী

—থেংলে, অমুক থোরক্কে ইচে, রারীসি ফনা নুংঙাইহিয়ে।

—অ, ইবেম্মা ঙস্তা। বন্দ মনুংদা তুকান হাংবসি নচেগীসিনি।

অঙাংনা উন্নগল্লিবস্মু হন্দক্তি য়ুমশেংবা নুমিত্তদগী মথংদা শংবা রাদনবা বিটামিন চাবা হৌরবনি। বিটামিন লিক্লি অমগা য়ারী পোম্বগী গুলীগা লৈবা লাকপনি কৈরেন। ফার্মাসীগী অহল অহুনা গুলী কাতিনা চপ্পা চপ্পা হংলকই—

—ইবেম্মগীরা কৈরেন বাবু?

—কনাগী ওইনি, য়ারী পোংগী ঠিকা ভরাংদগী হৌরে। মাগীসিবু তাইঙো, হেক হেক হৌই লোইনা শত্তোক্লসিরা?

—হ! য়ারীদি শত্তোউনু। মঙানী তরানী শীশিল্লখিসনু।

—ও, শংখিগুমসিরা। ঐদি মচীনস্মু কৈস্মু খোপ্পা শত্তোক্লসিরা হায়রিবা।

—তৌবিরুনু। য়া য়াওদ্রবদি শক্কী রাদি তরাইখোক্লি চাবা য়ারোই। চাদ্রবদি শংবা রানি। হন্দকীহুনা নুপারা নুপীরা?

—নুপী অহুম খোরক্লে। উচীন-নাচীম্না তরেংতি সুজয়ে।

—এ, য়ারি। হোংনৌ মাঙোপ মখোঙগী সখী মশীংদি সুদোরেদনা। ফৈ চখৌ, পুনশিন-লাকশিন তৌরুনু ডাক্তর-মরা তাদি অহুম মতাসল্লু খোইনা লৌরুনু। মখোয়না থাকপিদৌ নত্তে। ঐখোয়গী ডাক্তরহু খঙবিদনা?

—করম্বা নাওয়েমগী ভদ্রো?

—অং, ডাক্তর ভদ্রো। ময়ুমগীহুনা নুপা ঙাক্তা মঙা; নর্স য়াইমহুনা অহুম— নুপা অনী, নুপী অমা; ঙরাং নহান্দু মেটর্নিটী রার্ডতা কা অমা রিজার্ব তৌখিগুম তৌবনি য়ুমগীরা নর্সকী ওইরিভ্রা ওফিসার মৌহুগীরা খঙদে। নহান্দি টুর হল্লকপদা মাগী মারুটি রানচদা ফনা ফজবী অমা য়াওখিগুম তৌই। ঐখোয় ডাক্তরগীদি ফজগল্লি লোইনা য়েংবা ইয়া য়াই। সে, মসি নোংমদা অনীরক, চাকচা তোকপদা।

—ফনি, অহু তাইঙো হায়স্থ হায়বনি, হেক-হেক পোম্মীসিবু কমদৌসিগে?

—হেরা য়া পোম্ববু অনাবা ওইনা! মরায়না ফজখিনি খোঙহাম খূংহাম খরা মপুঙ ফাহল্লু। মহুনা লানবা য়াবা নত্তবহুবু। লোইনা পোম্নরিবনি। ঐগীস্থ কুইদ্রি, হিদাকমনা থোম্বগা লৈহাও লৈয়োন থোম্বগা তৌদনা ফবদা ঙাইরি।

—অ! মহুস্থ ফত্রা?

—এ! করি রানো। মসিদগী ইহেন হেনবদি থুম, থুম-মনা ঐখোয়' মৈতৈ থুম খঙইদনা, মহুগী মনাদো। মহু হেক্তা নপ্পা। ফরে। য়াগী হিদাক হায়রবু থুম। মীৎকীনা ঈশিং —অঈংবা ঈশিং। মামুক ফবা লৈত্রে।

—ইহে, ডাক্তরহোয়রসিস্থ মীতৈ হিদাক থাবা জাং ওইরে।

—এ, ডাক্তরদি ফার্মাসী-হিদাক চাদে। মসিদি বাবুহোয়,

ইখেন্মহোয়গীনি ডাক্তরগীদি চাক-ডা ঈশিং লফোই শঙ্গোম য়েরুম.। মদগা নোংমাংখা, লাংথৈ্র মতোন, নুংশিহিদাক —খস।

—ও! ডাক্তরসিস্নু মশা ঙমদখোয়েকো?

—হে-য়াধে! মহোয়স্নু মীনিনে, লাইনা শাবা মী। খঙঙ্দবা ঐখোয়হুম নাদে; নাব্রবস্নু খন্না হিপ খরা কম খরা নাহে, অতুম মফজখি। ইমায়, মহোয়না নারকপদি লুম্বগা য়ৈবগা থোম্বগা, লৈপুঙ-খাঙ্ড হেক্তা মথিরে।

—মহুদি ঐখোয়দা ভারী'মা হৌরি।

—এ! অওইবরনে?

—এ, তেকথমথৈ পাল্লি। পাম্বিবরো?

—য়ারদি বাবু মহু তন্না-কুনমুক্তা পায়খোকপিরকউ, য়াম্বিনু পান্দুই। মহুগা খোইহৌগা, অস মহা পক্কা! হিদাকসিদি কৈরেন বাবু মহৌশাগী নাপী-শিংবী মহৈ-ময়োং অসিনা শিদ-হিদাক্লি; ঐখোয়না য়োল্লিবসিনা অশি-হিদাক।

—অস! তাইডোগীসি, কেশমেমোসিবু সেরিয়েল নম্বর য়াও-মাল্লেকো! হন্দোক-হঞ্জিনসিবু —?

—বাবু হায়জবনিদা, নারগবু হিদাক চাদে হায়ব্রো! নাদনবা খোঙনা ডাঙৌ-ডাহৌ হেক চংপিরো।

—অ অসি হকচাং শাজেল ওইমা?

মখোয় অনীহু কায়নরমদায়দা ঙাইহাক নোকমিন্নৈ। কৈরেনহু অচোইবগা মতা চাদবগা করিগা শাজেল ওইনা খোঙনা অতুম লাক্লে। চুম্মিসে—কৈরেন্না খল্লকপনি। চংব চংনা মখা তা-না খনবোইনা তৌই; অপা-ননা খল্লুবমকস্নু নত্তে —নাদবনা চুম্বা জা নি; মতম মাঙই পৈশা তিংই থবক শীংলি ইজ্জং মাঙই। হ! ইজ্জ ৎতি মা দমাল্লে। খরদি মাংমাল্লে। অহুগা ইমুং মহী লাঙই। খোঙনা খর: খরা চংপা চুম্মি! শাজেলনি। মুতুমগী খোনো অসি মশা কয়া ফগ্রবা। মাগী মতুস্নু তীক-তীক, মচাস্নু নোংমতা নাই হায়বা তাদে! ইমান-ইমান্নবনি। চহী কুন্থা তরুক-তরেৎ। মাদি তা কন্না হুল্ল। সনাস্নু-তকমাননা

কয়া অমা অইবা চে-চাংনা কোকথোং অমা। চাবা-থকপগীস্থু সরকারনা মতেং পাংবা। ইজ্জংনি! ঐস্থু নহান্না মানা হায়বহুদা মতুং ইজ-ৱম্মদি সনাগীমক নত্রবস্থু কোরৗ-নুংলৗগীদা ওইরবস্থু লুখুমদা য়াল্লদোবা। হৌজিক্তি কদাই য়েতুম অমা লংবগীস্থু মতম লৈত্রে হিদাক লৈবা চেল্লি।

চংলিঙ্গেহুনা ফেনাং মরীহু শং নাস্থোরকই। পায়খত্তুনা য়েংলুবু তংপা ওইরম্মে। তৌ। তৌরকএ! তাং কুন হেনজিল্লকসিদা তৌরেদো! কুনমরী মঙাগী স্বায়দা ওইরে টুটপেষ্ট মেংপদা য়া তেক্কদৌরকইবা, ইলেক্ত্রিক বিলস্থু ঙসাই পীরমগুম তৌই; বেঙ্ককীস্থু নহান থৌরকপনি। পুবা ঙম্নবা ওস্থোক ওস্থোকপসি থেংচিল্লকই। কৈ, ফেনাং নঙদদি শেকচংতা (শেক্ক-শেক্ক চংপা) য়ুম ফাওবদদি মপুরগে। লাইনা নঙদদি য়ুম য়ৌরগা মৈ থাদোক্কে।

লৈরক মচীন হেক হাইজিনবগী অহুদা মী অমা পুথোকখি। অঙাং নুবী খরা নুপী খরা কপ্প-কপ্পা ইন্নখি। থাবল্লৈদা হংলুই—

—কনানোনে মহাজোন?

—মুতুমগী ইমুংদনি মহাজোন।

—মুতুমগী, থোনোথোয়গী?

—থোনো মশানিনে।

—ঐ-মা! থো-নো-বো?

—হোয়নে থোনোনে নহান য়াওশঙদা তা হুনবদো।

—ইহে! কম্মাইনা করি ওইনা?

—কিনি হায়ত্রা ফিনি হায়ত্রা হায়বকা থোকচদেদা! অদো অনীমক য়াত্রে হায়য়ে। কুইরবা ওইরমানে।

—কিদি হায়ত্রো?

—ঔ, অদো। মাগী অনী সুত্রা কৈনো, অনীমক য়াত্রে হায়য়ে

—ই-সে। মুতুম থোনো। লৈত্রবোরে।

ফমুং ময়াদা বিটামিনগা গুলীগা থম্না থম্না হন্না য়েংখিবু কৈরেন-জাওগী মনাইনুবীহু নোকফেং নোকফেং তৌহুনা হোট-ৱাটর-বেগতা ঈশিং অশাবা হৈহুনা লৈরম্মী।

●

ইম্ফাল, ১৯৯০

# খবর কুম্বাবা

ইনাওনুপাগী ইচানুপা কারটরনা মমাবোক্না ঙরাং নুমিদাং লৈরকপা জেট-প্লেন অদু ঐনা নীংগাংনা ফম্মগা পারিবা খবর মথক অদুদা ইনশিল্লে। হায়রে মাগী হান্নগী লোন্দাতুদা—

—পা-পা-পা ; কায়-কায়-কায়

—ঔ-ঔ! কায়-কায় ইল্লু, মখাদা খোনে লৈবাক্তা

ঐমা চপী থাবিরগা পীরুই। মমাবোক্না ইমুংদগী কৌরকপদগী কাকৈ-কাকৈ চেনশিনখি। ফক্তা ফাক্তোকুনা থম্মিবা চৈথারোল কুম্বাবদুদা খুদি থীরগা উপথুননা তুশিল্লম্মী। ফুক হৌগৎলগা কপ্পগা শংলমদে অদুম চেনশিনগ্রে। ঙসিগী পারম্বা খবরগী কলম অমা মখা চৎথে—ঙসি অনৌবা চহীগী ইহান হানবা নুমীৎনি—ঙসি স্যূর্য্যগ্রহণ লৈ—

(ঙরাং নুমিদাংদু পাখিবনি—ইঙা থাতি শকোনশেননা হল্লে... ১৫ নি শকোনশেনতা থাপু শানা ফংএ ... )

অখঙবা তাক্তনবু করি তাকনি। অখঙবা মশেল পো-নবা তাবনি। মখা পারুই। ...শেল থুম সনা লুপাদু পুরগা হৈবোক চীংলোমদা, অস্মুকপা জঙ্গন্দা চেনশিনখি হায়রি। হৌজিক খিবা-হুম্বগী থবক চথরি।

(নহাল পাবদা খেংনখি—অদু নোংতা লাংথপানতগী কৈ অমা ফায়রে। কৈতু নিংথেমতা কৎলে।... )

মফারক্কনি। ফাবদি অদুম ইফা ফানবা জাৎনি। খরা চাউবা ময়েক্তা নম্নম্বা অমা পারুই।....ওপোজিসন দলগী এম পী ১১৩ না থাজদবগী মোশন থাঙ্গৎনবা শেম শাখরে। লৈবাকসিদা পি আর লাকপা য়াই হায়না থাঙনরি ...

(ইরম্বনি—২৫নি লৈপাকপোকপতা শ্রীযুৎনা মহংখোতা লেঙতুনা মচা ইপুংঙোকা কাপনৈরে। লৈপাক লাংরে ... )

সাইরেন য়াওবা গারী অমা খোংদুনা লমজাওদা চংখিবা তাহৌই। তাদবা য়াদবনি। খল্লুই মাগী চা অসিবু পুথোরক্তেদা অযুক্তা অনীরক খকই হায়বা মখঙঙে, ঈশিং খরা অদুম শাহন্দুনা থম্মগা লোইরে।

মখোয় অসিদি নুপীস্থ ইচাস্থ চপ মাম্নে। মখা পাবোই করিবোই য়েংলুই— থোম্বিয়াগী প্রসিডেন্ট ঙসি রাশক —, যম্বোই অমা ; নুপী-নুপাগী ফীনুংগী লায়না ; পোকপদা ঙাইরিবা অঙাং অমা হোস্পিতাল মনীংগী ... ; একাগারী ওম্বোক্লসি , মকর নাইট ... ; টেন্দরগী ... সম্পাদকীয়— মরোয় থাবদা আমেরিকাদগী এক্সপার্ট...... ; সিবী টোকিজদা করিনো...

( শকাব্দ ৭৬ তা খুইয়োই তোম্পোক্লা নিংথৌ ওইএ। মহাকথক্কা শজি মউম্না পুং তিংতুনা য়েবদা শজিগুম খোংএ। )

পুঙনবুদি খোংদদি। ঙসিন্থ হোরেল মখোয় অম'নী ঐগা ফংনবা লাক্কনি ; মথৌ তাবগী রা ওইরমগনি। চা কাপ অমমম পীথরুগা চিতি বাসতা থাখিবা হায়হুঙাই। নহাক্ল কৈনো পাঙন অমদা মাও হায়রকই হায়দনা ময়াং অমনা মৈতৈ অমদা কমপ্লেন্ট তৌহৌ হায়দনা তম্মে। ঙসিসি, হোয়নে! কাউবু কাওই ; ছাত্রগা পুলিশকা পুন্না কৌমিন্নবা বন্দ অমা লৈবনিনা। ঙরাংদগী সিফাইগী গারী অমত্তা সিবিলিয়ান, য়ামত্রবদা অমা, তোংত্রবদি চৎপা ঙম্নদ্রবনি।

মমাবোক্কা মচানুপা কারটরগা থোকমিন্নরকই। অঙাং অতুনা থোঙজীন ময়াদগী থাদোয়রকপা জেং অতু কুম্বাবরোমদা কন্না হোৎ-চিনখি! ঙসাই হাংদোকহৌবা চেনা অদোমদা চপ য়ুংনা পাইশিল্লকই। য়ৌদ্রিবৈঙ চৈরক অতুদা চা লাম্মুই। পোকখায়রক্কনকো!



তুলিহল, ১৯৯০

# হৌদোং মচা অহুম

হৌদোং মচা অহুম্মি ঐনা লোইরিবা। তশেংনা লোইরগে হায়দনা লোইরুবস্নু নত্তে। কদায়দগীনো 'মহা খোঙথাং মরূপ' অহুদা মরূপ অমনা পুসিন্দুনা লৌলৈ থৌরাং (স্কিম) মখাদা ১০৮ লক থীবী হায়ত্র কৈনো অমা য়াওরুবহু অহৌবগী অহুদা কোক ফাওরক্লুনা কিন্তি থীবীদা লৌ মরাক অমা লৈবা নংহৌই। মহুদগী কারকপনি হায়দনা পুরকপা ফৌ বোরা মরী অহু মহোয় মমাগা অমদমুক থম্মী, মচা অমদমুক পৈরুই অমুক হৈদোকই অমুক হানজিল্লি তৌবদা নীংহুগী শরু অমা কাকৎকে তৌরকপগী অহুদা, মুম্না জোনে চঙনা খন্নরগা এরিয়ার মচা অমগী মমীদা এডভান্স লোথরগা ড্রোইং-কম-লিভিং কম চাকশঙ রুম অহুদা কাচিন মচেৎ অমদা কোৎ অমা শাবনি। মী নেক-উবা কান্নবা নত্তে; য়োৎপীদি অনীরক্তমক য়ৈরমগনি বোইনাদি চাম-চামদগী তারোই, ইরায় লায়বসিবু হায়দনা ঐখোয় অনীনা অহুম হোৎনবনি। হাপ্তা অহুমমা পুঙ অহুম চপ চানা চঙই। লোইবা নুমিৎতুদা মমানা চীংহী-উত্তি লুদনা ধুপ-থাংমৈ কত্তুনা ইবানী চঙদনা হৈবনি —জই ফৌওইবী ইমা ইবেম্মা! লাইতং অমনি হৈরুবহু! ঐগী কাংথক অহু পত্তি থাবদা খিত্তং শেল্লেনখিবগুম্বা অমা য়াওরবা কৈনো হৈজিল্লুবা ফৌ অহু শংবাই অনী ফানীংচিং য়ুরকই— ড্রো…! খুজিন খুংনাম্থোকুগী থুমোক অহু তাখিরম্বা থোক্লবদি মখাদগী অহুম চিংলগা শংপা য়াদো মাল্লি।

মহুগী কুম অহুদা ইনবা উচী অসি য়োৎথীগী উচীরাং অনী হেল্লে মখোয়না চাথোকখ্রিবা। ঐনহুম হৌদোকপনি—

—কামদে ঙাম্বক, হৌদোং অমা লোইরসি।

ঙাম্বকা হায়রুবা য়াবা নুপী নত্তে; মমিং অশেংবদি ঙানবীতোন লৈমা কৌবনি। লুহোংবা চহী ওল্লমদাই অহুদা মনেম ইমানা খৎনবদা, চাক থোংবা লৌতানবগী, ইমানা মনাতোন অহু শাওরকপা কান্দনা

হেন্না ঙাক্নক মাল্লি হায়দন। ঙাক্নক কাকমানবী হায়দনা লাউবদগী ঙাক্নক্লা অহুম খঙনখিবোইনা তৌই। ফোঙনা হায়বদি লায়রবদনা নাশোন্দ। খজিক্তুং তাবদা প'ল্লিবা মীহু লোইরে, য়েংলোমদগী হেক্তা হাইদগলে। (মানা হেক হেক হাইদংলিবহু মীহু ওইরম্মোই থুপপ্রবী ইমাহু ওইরিনি)। নুমীত্তু ঐস্তু হায়গে হায়না হায়রুবা নত্তে, উচীদা শাউবদগী পনখিবা ওইরমগনি! মা শাউদে। ফৌ কোথোক কোথোক্লা হায়রকখি—

—কৈকান্নবা হৌদোং লোইদনা, ঐ লৈরিসিদি।

—নঙ লৈ কৈদৌনি, নঙনা লোইনা চাবা ঙম্মদ্রো?

—ফৌসিবো?

—হ! ফৌবু ওইরস্তু অম-অমবু ওইরস্তু; মওংদো।

লাং থাকই য়াদে; ফি করপুর, পৈশাদ মতিংই; চেঙ থোইদীং, লম চাইরগদা তোকই। চাবান-নুংবান পুঙচম। তৌহৈ-তৌহৈদেদা মৈতৈগী বৈষ্ণবীনি ঐখোয়' লৈমহু; চৈবদা খরা খরা য়াওরক্লে — শেংকাত্তে —মহাপাপী! মচোরিত অসিননি লিলনা থোক-থোক চারিদো! লিল হায়রদি অয়েকপা য়েংবা ফাওবা মতু চুঙজরিবনি অহুবু মীচঙ চঙলে।

চহীদি মৈ মুরকপদ মঙাইগুম তৌরিবা অহুগা কৈ অহুদি লৈকাঙ কম্বা য়ারকপগী অহুদা নোংমা হৌদোং মচা অমা বেরীগী বোরাখাউ মচা অমদা হাপ্পুনা পুরকই। থোঙ্গাল ময়াগী পুত্রী মপান্দগী খোংবা তারকই। তুকংচগনবদা ফাওরিবীনি থাজরুদে। অহুবু মবুক চোল্লপ তৌবা খাউ অহু মচীন্দা খুবীগা খুদোম্বীগনা চপ্লগা লাপ্লপ পায়রকপহুদা থাজরে। মাঙদা হৈদোক্লে —বুপ। হেক তাবগা য়েনখারোমদা পাইহুনা চেনখিবু মচুকা অমত্তা খঙহোদে। লৈমনা ফা-নি হায়দনা শীংজা শাংতক তৌবা অমা পায়রগা তারখি। শম্বল্লে মরক্তা অহুম মাঙব্রে। মৈ অকাপ্পী অমগা ইবানী ফনা কুইনা য়াচঙবা মতুংদা কৌ কৌদনা থিবনি অহুম ফংদ্রে। নুমিদাংহু থাবান নুংবান ফাক ফাক্তুনা য়েংঙম্মী য়াম্না তোয়না পল্লি —তৌহৈদে হায়নৈ। মহোয়গীদা অমুক য়োরম্মদি কমদৌনি?

—য়ৌরম্মগা অমুক লৌরুবগা লোইরে, কৈদৌবগে নঙনা সনা মাঙ্খিদৌনা থরক হুঙ্গংলিবো।

—হু! য়াম তৌহেদে হায়! হৌজিক ঙাক্তা চংলুসিরা ইবানী অহীং লেন্দ্রিঙৈসিদা ?

—অ-স! দাই লৈতে। নঙ য়ৌরুরো ঐ উচী শঙহৌগে।

নিঙাই তৌরমদ্রে। অহুম তুম্মে। মা ফনা কুইনা য়াওল্লমগনি। অয়ুক অদু মশী, মমৌ হায়বগী কুথী য়েংবা চংখিবদৌনা থোকখি। ঙাইহাক লৈরগা খরা চাউবা খাউ অমদগী হৈদোক্লে মুশীন মুবা ঙাক্তা অহুমত্থ মমিং তরুক অদু লংত্রিক-লংত্রিক, মরেঙ মরেঙ চংলদনা কিবা অমা য়াওই চংপা হৈবোই-হৈতবোই, মী উবদা মনীং খর-খরা হন্দুনা চংলদনা ফনবু নুংশিরুরে।

তৌরিবনা মানা ঙরাং পুরকখিবত্থ মচা মরী কোকপদগী অনী পুরবনি হায়দনা পুরকপনি; ওন্নদনা মপী অদু অঙাংশিংনা হাপ্লরুবা জাংনি। মপীনা অহীং হল্লক্রে অমনা শিরে লৈহৌবা অহুমত্থ লোইনা লোইরুরো হোংনবা ঙমদ্রে হায়দনা অহুম পুররুবনি। নোং-নিনি লৈরগা মপী অদুস্থ অঙাংশিংনা ফারগা চাখোকপিগ্রে হায়ররে। অহুমদো ঐখোয়দা অহুম তারে। পামমন্বদি অচৌবা অমখক্তনি।

লৌরুবা নুমীৎ অদুগী অহীংদা মখোয় অহুমা খোংবসি য়ুমলেং অম'নী তুম্বা য়ারমদবা য়াই। অহীংত্থমা ঐখোয়, ইচা অহুমত্থগা মঙা ঙ্গশিং ইনবা য়াও চবোন পীথকপা য়াও পম্মগা থেম্বা য়াও ইতুম তুম্নদ্রে। মমা অহুমা তুকৎচৈ হায়দনা পায়দ্রে; ইচানুপী অহনত্থগা য়াইমা নুপা অহুগনা মনা মেল্লগা অহুম তুমদ্রে। অততাই অসি ইচানুপা ইতোন তোম্বত্থগা ঐগনি; মাস্থ শাম্নবনি; খরা থেঙজিল্লকপগী অদুদা পম্বগা নানবগা তৌরম্বত্থনা 'মনম কৈনোম তৌই' হায়দনা ইম্থোরুম্মগা অহুম চঙখ্রে। অহুম অদু ঐনা অহুম কোম্লে।

অয়ুক অদু ঐনা ঈরুজরিঙৈদা স্থমাঙদা ইচা অতোম্বত্থনা অগুমত্থ শঙ্গোম থিংলগা লেকহলহৌই। অৱাংগী তা-কালুহোয় ইতৈমত্থ ব্রশ উম্ল-উম্লা থারপ য়েংহৌই। নুমিদাংত্থ ঐনা হজিনখিবদা কোং ময়াদা

ময়া মচা অনীনা অহুমহুদা ভারী মকুপ পীজহুনা লৈরম্মী। লৈমহু করি করিনো ভাংহুনা লৈরম্মী। য়াচভবা অয়ুক নুমিৎয়ুংবা খাকপিদবা মচাগী চাউবী-চফুদগী মচীন্না হান্না প্যাথবী লৈমনি; মহোশানি। অহু-মকপু অহল অমনি হায়দনা হংলুই

—কৈদোরে লৈমা ভত্তানা শোগাং কাংভিবো? কয়া লাউনা খুম্মকএ—"হো তানীংদে'য়ে তানীংদে'য়ে খুত্তুম-খুত্তুমুক থাবা মনা-শিংসে তানীদে'য়ে। রেডিও থারমদাইদদি মরোল খভই খভদে খভদে অা—ধীরঘ য়েনা লৈখংপা, মথিবোভ মতৈ-মনাও খংনরমদায়দদি, খরা খক চারগা, মচীন মচীনসি ফি অমত্তা শেংনদে, মমা-মচা ফম্মিরবা য়াবা নত্তে নাক-য়েত্তা। অহুগা হোৌদোং মচা মমীংস্থ পোক-খায়ত্রিবসিনা কাচিন্দা ভ্যা-ভ্যাও খজিক্তনি। তানীংদে'য়ে'নে। মহা…

—ফরে ফরে, হোৌমল্লে। তানীংদবা হায়সিদি অহুতা তাহুনা লৈবনি। য়ারী পোম্মিভেদা মথক্তা পাইজবা এরোপ্লেন ঐভোন্দা থোৌজিল্লকপোই নীংবহুনি। ভসিদি খোভভরোই। হযেং হংচিত্তি অহুম হৈনরনি মানা মানা খোকপা লৈনবা হৈরনি। কৈনো পীজরিহুনা—

—মুকাক-ভা ভারী-মকুপনি। খভনি, রেডিওদা খোভকখিসনু।

—ফরেনে লৈমা নচানুপাহোয়নস্থ টেপ হোৌনা থারিহুনি?

—মহোয়গী কৈদাহু নুংশিদদনা ঐনা লৈখংহনবা, ঐনা।

—এ! ওন্নরে লৈমা ওন্নরে। অশাবদি অঙৈংবনা, অঙৈংবা! হোৌদোংমচাশিংহু ভারী পীজগনু।

—য়ামবু চাবা হৈরে। নুংশিবনা মহানি। করিগীনো ভারী-ভাত্তাই পীজে হায়দনা অমুক শাউনরক্তত্রা লৈকাইসিনা!

—ইহে! ভারী পীজবদো মথুক নৌবনে। মহুদা নভনা কামগ-দবদো; অহুগী রানি প্রীজরুনু চবোন পীথকউ।

চবোনস্থ পীথকই শঙ্গোম মকুপস্থ অহুগা ভারীস্থ, অহুম ঐ লৈত্রিভেদা পীজবা ওইরমাল্লে ইচানুপীগা মম্মা মচাহু ফুঙ্গা লাইরু, য়াম্না তোয়না শেংরা উই; চাখুমদা উৎ-য়াই লুংদাং পৈহুনা থরমদবা কুইরে; মরুক মরক্তা মমাগী অম্মারী মচাহুদগী ফি চিংথোক্লগা ভাং-ভাংদনা সুবা উই; মুম্ম মচা শাউনরা উই; মরোন্দি ইশেং শেংদে!

হৌদোং মচা অহুমদুনা ইমুং লমম্বায়দা কন্না শারাক শান্নরি। মমা অহুদি 'হৌদোংদা ভারীদ পীজো খঙগনি!' হায়দনা য়াম্না তোয়না শীঙবা ত্তায়।

অয়ুক অহু চে মচা অমা সূরিভৈদা অৱাংগী য়েনখাদা ভূং-ভাং, ভূং-ভাং ভংনবা তায়। অমদি মহোয় মমা মাল্লি। মমা মচা তোতী ঈশিং শোকপদা মরক মরক্তা হেক হেক ভংনবহু ওইরবোই নীংলুই। খর-খরা হৌগংনা ভাংনরকপগী অহুদা অমহুদি অৱাংগী ইতৈমা তোনৌনি হায়বা খঙলকখি। ঐখোয়' মখোয়' মমানা লাউরকই—

—হৈ! ইচে লৱাই নিংভোল! ঈশিংবু হেক তারবদি নহোয়গী থীগোমশঙহু হেক্তা শেংদোকই, ঈশিং থাজিল্লি, মহু তৌন্নু ঐখোয় স্বায়দি লৈবা য়া-ন-দ্রে হায়বনিনে।

—ঐখোয়গীদা ঈশিং থাজিন্দ্রদি নহোয়গীদা থাজিনগদ্রো, ঐখোয়-গীদৱা মনমসিবো? নাক-য়েংতি সরগদা ফায়ৱো! নহোয়গী হৌদোংনা ঐগী কোন মখাদা ফায়জিন্দনা নমথীৱিবসিবু হায়বনি।

—অহু চুম্না চুম্না ফাইরম্মে শেংভৱাও হায়রগা লোইরেদনা অহুদি নতুনা শম্বলদা ফনেক ফৌইগা লম্বেনদা কোন অমুবা পৈ-গা করিগা চগং-চগং ভাংইহু কনাদনো! ঐখোয় চাক চখোম অমা চারিবনিনা খংদে। শেল পায়বী নখোয়গী জিংঘ মচুমনা ঐখোয়গী শুমাঙদা চহী হেক চুপ্পা চোং-চোং লাউদনা চংপা য়াদ্রিবসি নমিত্তু কদায়দা পাল্লি।

—নহোয়না রেডিয়োনে'য়ে অপংপা অমা থম্মগা হৌ-না হৌনা খোঙবদি য়ারগা!

—নঙদি ....অহীং নোংশোয়বা তে-ভি থাদনা ঐখোয় তুম্বা য়াদ্রি-বসিদি! লৈবু লৈখৎমন্দে। হোরেন্দি মাইক পানগে রেডিয়োদা ..

তোতীগী ঈশিং তংখিবদি কুইরে মখোয় অনীদি শম্বল ৱাংম-ৱাংমদা লেপ্পৱগা কম্না লাউনবা লেপত্রি। ফনা কুইনা চথখি। পুঙনা য়ারক্রু-বনি খঙদে ৱা-নরক্রবননি খঙদে অহুম চঙনগ্রে। ঐখোয়গীদি মচানুপীনা থেম্বোয়-চৈবোয় তৌরগা পুশিল্লকখিবনি। ইতৈমহুনা করি করিনো ভাং-ভাঙদনা মথন্তা চঙজখি। অতৈদি মুন্না তাহৌদ্রে; অরোইবগী তেক

অচৌবতু মথন্তা থোনগৎপগী শংবদা লুম্না শোনখিবতুদি তাহৌই—
"অচীন-অকোম য়েংনসি হায়বগী য়াওবা মরূপশি, য়াওরোই। চন্না হেল্লে হায়দনা য়াওজত্রা, য়োং হৌদোং লোইবী।"

চখোক্লমদাইদা ফি শেংন শেংনা হংলুই—

—করিগীনো ঙসাই ইতৈমা তোনৌগা ঈশৈ ফাংনবিন্নতুনা।

—মহা তাংশাং অসিবু। হো, ঐখোয়' হৌদোং…

—নখোয়গীতু হৌদোংগী মান্দে, করি তৌনখি? নহোয় অনীবু নহান্দা নত্রনে চিংহিকা লুমিন্নবদনা নোবাপ অখুইবা অচৌবা অমা মেন্তুনকা চামিন্নবদনা শী-থ, শী-থ নোকমিন্নখিবতুবো। কৈদোঙৈ'না করি লন্নায়দনো চংমিন্নবগা ফৌদমশেন থাখিবতু থৌমিন্নরুনি হায়দনা ঙাঙনখিবা তায়দা।

—য়োং নুপী কাক অসিগা চংমিন্নদৌ শরূক ফৌদমশেন্দু হাংচ-খ্রসনু; থোকপা কান্দা মরাইনা থিঞ্জরকনি, কৈ-না কৈ পৌকপনে থক্ফম লৈতে। ইহে হৌদোং মহা শাশিংতু চাক থাবিরমত্রিনহে… …

অতুম চংগ্রে: ভাব তাবা ঙমহৌদে। নুমিদাংদা ইচানুপীদা হংবা কান্দা হায়রকখি—

—হেন্না! হৌদোং-নুংদোংগী অমত্তা নত্তে। মহোয় মরূপ অমা তৌবদো, হন্দক ইমাদা ফাওবা; অন্নাংগী ইমাবোক তোনৌনা হন্দক্কীসি মা লৌরগে অচীনবা অমা লৈরে হায়বা। ইমানা য়াদবা অতুগী থরুম নহান্দগী তৌনরিবনি।

—নমাগী মরূপকী পৈশাতুনা কৈদৌনগ্রবা?

—কৈস্ন তৌদে, মাগী প্লাস্তিক্কী খাউ অথাবতুদা হাপ্লগা অমদমুক য়েপ অমদমুক থম তৌতুনা লৈরিবনি। মীগী অচীনবতুগী পীখিবস্নু য়াবনি।

—পীখিবা য়াদে হায়ত্রো, কৈস্নু থোইদোকপা অথুবা চংনগদবা লৈত্রবদি মথংদা অতুম লৌবা য়াই।

—য়াবনি; স্নুম থম্বস্নু থম্বা। অতুদা পীরোই মুংশিদে হায়য়ে।

—করিগী?

—ইমাবোকহোয়গী মমাগী ইখোন মচাহুদা খামেন অশীনবা খয়া পাল্লে, অচৌবা।

—হোয়নে ফনা ফজনা পাল্লি; য়েংববু নুংঙাইবনিনে ঙাংশং-ঙাংশং ঙাংঙদনা। কদায চংখ্রে হৌজিক্তি পানবা উদ্রে লোইনা চাখোকখ্রবা জাংলা, হাওদৌ মাল্লিনে।

—মদো ইমাবোক্না হেক্লগা কনাদনো পীরুমাল্লে! হেক্লিঙৈদা ইমাস্থু মনাক্তা লৈ মাল্লে। অহুদা চরা অমা চাউ হায়বা য়ৌনা পীরক্কে হায়য়ে। অহুগী শাউরিবা। ইমাবোকস্থু অনী-অহুমখক্তং পীরম্বা য়াবনি।

—অহুবু কয়াগীনি হায়দনা, ঐখোয়স্থু চাবা ওইনা চাবস্থ নত্তে। অমা থাক্লগা য়াবহুবু। নমাস্থু চানীংঙবদি কৈথেল নুতিগী কারিবনি খরা লৈরকপা য়াদে হায়ব্রো?

—থওইনস্থু চাউ য়াদবনি ময়া কুম্মী হায়দনা।

ভাব তারকখি। ইতৈমা অহুনা পীরক্রিবহুগীস্থু মরম অমা লৈরম্বা য়ারি। মখাদি হংলুদরে!

মরী-মঙানি লৈরগা ঐনা হক্তিনখিবদা হৌদোং অহুম অহু কৈ ময়াগী উখোকতেন্দুদা পুন্দুনা লৈরম্মে। খোংবনা খোংবনা অমদি মখোল তারম্মে। হংলুবদা ইচানুপীনা 'ইমানা পুল্লিবনি ঙসাই নুংথিন্দগীনি চাক-কা অমত্তা থার্বিদ্রিবনি' হায়রকই।

—করি অমুক তৌনরে?

—মমাগী ইন্দোমচাখোয়দগী কাতলা মকোক অমা য়াইরিঙৈদা হৌদোং অমা মরায়বক তাংবীসে অসিনা চেল্লুরে হায়দনা ইমাগা ইন্দোমচাগা লাউনগ্রবনি। ফু-নদে হায়বদা থাকনৈ ফনা ফজনা লাউনৈ। হেন্নদে।

—নমানা খরদি হেল্লিনিদনা। মাদি স্কুলিং অমা নাইনা তম্মকইবনে।

—হেন্দে, ইন্দোমচাস্থু ফজনা হৈরে, কোচী কোংপা, মচেক্তা য়ৈবা, য়ারক্তা ঙংবী; স্নুনা হৈরে।

—অত্নবুদি শাগৈগী মৌনিদনা। য়ারনি ঙম্মনি হায়দনা লাক্লরিবা ঙাক্তনি। নত্তে মাবু লাইরিক য়াম্না হৈ হায়বদায়নে—নন্দোমচাহ্নবো?

—লাইরিক্লা নমথবা য়াবা পোং নত্তেদা।

—ও! ভাব তারে। হন্দক্কীসিনা করম্বা থরুমগী মাল্লি? লৈরম্বা য়াই। নঙবু মুন্না তাহৌবা নল্রো? তমশিলহৌনে নঙস্থ।

—করি-করিনো মরী-মরী য়াম্না পন্নে। হা অহল্লমন থাকইগা-থাক্তেগা, মচা-মনাও শেম্মী-শেমদে; হন্না য়েংই-য়েংদে; য়ুম শাবী-শাবীদে; ঈশিং খাজনা ঐনা থী—মানা থী... ... স্থরে রেকোর্ড ফনা য়াম্না ফাক্লে।

—মহুদি মহোয়গী বিষয় ওইরম্মোই হৈ! মহুদি অরুম্বা চেপ্টরনি! থাঙ-তেন য়াওনগদবা বিষয় ওইরিনি। মহুদি নঙগী খুরাতোন অহুম অসিগা ঐগা চথগদবা রামায়ণনি। ঙন্না হৌরেদা মহোয় অনীদি! অত্নগী মানবা?

—অত্নগীদি মানফাত্তে।

—অং! করিগীদি মাল্লি?

—'কৈ-গী ফৌ অসি মহোয়দি কোং-কোত্ত্না চায়; ঐখোয়দদি চরা অমফাওবা মহাও য়েংউ হায়দনা পীদে' হায় ইন্দোমচানা।

—ও! নমাদি করি শ্লোক থী?

—ইমাদি হৌদোং কন্না পুল্লিঙৈদা তাখিদ্রমাল্লে। বাবা কান্নদে হৌদোং অহুমসি থাদোকখ্রসি লা-প্না, মী-ব্রা য়াম্না তাখ্রে।

হায়রম্মগা ইচানুপ্পীহ্ন মমা কৈথেল কুম্মকপা মখোল তায় হায়হ্ননা চৎখ্রে। খলহৌই—'চুম্মী, মখোয় অহুমসি থাদোকখিবনা ফবা তারে। মীগী অহল অমনা লোইবা য়োং অহুমহুদি মচীন খুম্মী, মনা মেল্লি, মমীৎস্থ কুপশিল্লি। ঐগী অহুম অসিমদি অয়ুক নুংথিল মুমিদাং খায়দে, নোংচুপলোমগী শৈহেক্তা ঠুমরী, দম্নবারী ভৈরবী ঙাইহাক্তা পোথাহন্দে। অত্নদি ... ...।'

থাদোকখ্রগে খল্লে। তৌহৈবা তৌহৈদবা বোম্না অমদা হাপ্লগা পুহনখ্রগে লেপ্লে। নুংদি নুংশি। অহুবু কমদৌনি মীবা ভাগদবগী

শরূকপুদি উচি খরা ইঙ্গরগা ইঙ্গরেদনা। মসিদি ঐনা খঙবা ঙম্বা পোংননি। লুরিবা অমত্তংদি থাদোকখিদৌরিবা অহৢম অসি লৈত্রগা লৈহৌরিবা কুন্থ্রা অসিদি কমদোবা? ঐখোয় ঐখোয়গী শাগী ঙমখৈনা কমদোবা? হৌদোংনা মীরা তাহনবদি তোকপা শোয়দ্রে অহৢগা মীনা হৌদোং-রা ঙাংনরিবসিগীনা কমদোবা?

মসিবু বিধান সভাগী ওল্লাং মীফমদা ঐখোয়গী মায়কৈগী এম, এল, এ,না হংবিয়ু য়াগদ্রা? সভাদুদদি কৈ তোংনবা ঙাক্তনিনা হৌদোংগী রা পুশিল্লুবা য়াগদ্রা? লৈকায়দা, লোম্নবদা, অহৢগা ইমুংদা চেগপ চোংনরিবা অসিনা কমদোবা। ইবুধৌ মাদি অমা লাকএ অমগী পাঙ্গল চাম্মা লাকএ লীশীংগী পাঙ্গলনি। হৌদোং থাদোকখ্রগা কৈদি অহৢম তোংনবা তারিবসিদি হৌদোং-লোয়শঙশিংদা রাকংপা তারিদ্রা?



কাক্চিপুর, ১৯৯০।

## মসজিদকী অসোম ৱাংমদা

নুমিত্তু পুর্ণিমানি, মৌনী তাই। ঐখোয় ইনেম্বোক্না হৌগংলগা শ্রীগোবিন্দ খুরুম্বা চংকনি হায়দনা ঈরুজ-মাযথদনা লাওবত্তু ফন ওল্লে, কৈথেল ময়ায়গী মসজিদ অত্তুদা "আল-লা হো অক-বর" লাউরকপদা মঙায়রি। অমম্বা মরক অত্তুদা (নুমীত্তু মৈ লাক্তে) মোমবত্তী মচীন পৈবা মচেং অত্তুমা চন্দোল্লুবাক মচীত্তুদা নপ্পগা, মচানুপীগী পাউদরদা তোপ্পকপা মীংশেল অকোয়বা মচাত্তুদা যায়রোং নাই মেৎপগী খাওবদা স্নুগৎপদৌনা স্নুগৎ-স্নুগৎনা চন্দোল শিরি হাপ্পা-পৈরা মুথৎলা তৌরম্মগা ওরাং মানা ফীথুপ নাইনা মুরা অমদা থমজরম্মবা পুন্ডৌফনেক অত্তু কল্লা হোংই। ওম্ভোকপা খোল্লে অমদা ঈশৈ মতেক অমস্থু চীং-চীংত্তুনা ওংওি ... ব্রোজোন... জোনো ....নী .. বোনো—ও, গোপী-কারো—ও ... ; সেকই বিরিন্দাবোন স্নুংধো বিরিন্দা...

মথংগী পদত্তু করম্বা উঝাদগী তমহৌবনো খওদে শ্লোক ওইনা লাউনা চথরকই—

— ...নপায়ানী মচা, ওল্লখী — মহা চন্দালসে ... ...মরাই য়াউদোবা ...

খুদ্রোমদা ওনশিল্লগা ঐনা ইনেমগী মচা ইবেম্মত্তুদা তপ্পা হায়রুই

—তারিব্রা মকোকচিংবী শাবীগী মচাবো ? নমানচা উঝা তিন্নমান্নে শ্লোক মান্ননা চথরকয়েনে। ওরাং অচোইবা খরা ফংলকপানি, সংকীতন ময়ায়সি অমুক্তং চওওগেরা ?

—অং নুপীদি চওহৈদে মোইবুংখোংবা খুরা খরা লেওশিনবিরুরো।

মমা ইবেম্মা চন্দ্রাবলীত্তু থোওলোজে অত্তুমা থোল্লদনা চেম্ভোরকপবু ঐদি নিত্যাইনন্দ মকোক ফোংনরেদনা ওসিদি হায়দনা চপ লেপ্লুরে। মচানুপীনা হংলুই

—কৈদৌরগে ইমা অয়ুক ওন্তাসিদা ?

—করিগী ওন্তানো। নওস্থু ! অল্লা ওসাইনা লাউখ্রে হৌগৎতুনা চাক ঈশিংত্তু ওন্না লাক্লগেদি হায়ব্রদনা। ওাইহাক্তা ওায়রে নচা বোক-শিংসনা উখোও ৱাখোও নোম্মদোবা।

—ফরে অদু ঐনা থোকপা তৌহৌরগে ইমানা চত্তৌত্রু অতুম চৎলো। করিনো বলী অমুক থীহনা লৈরিবো থেঙগ্রনি।

—থেঙঙ থেঙজরেদনা। কনানা শাউরোইদৌরিনো। মীনা লৌরুনু-লৌরুনু য়াদদনা নচানুপা চুরাম্বাবা মানবসিনা পুরকএ, নুংশিরিবনি হায়দনা মথীবোং তপ-তানা পীজরে; করি শারে। মীগী ইন্নফি অশুবসিদা মথী তপ-তানা ফায়জিল্লম্মে।

—কনানো অদুবো ?

—কনা ওইনি হৌদোং, হৌদোং হৌদোংমচাদো! য়োংগী মচা জাং নাইদবা মকোক থুগাইগে তৌবনি, থৌরি হুক্কোক্কুনা চেনগ্রে।

চুম্মী, ঙরাংদু বোবোনা মনেখোয়দগী হৌদোং অমুবা মচা অমা লৌরুবনি! মমাদু হুইনা লাকখ্রবনি! ঙরাং নুংদাংদু ঐসু ঙারী পীজবা য়াওরম্মী। কয়াদি নুংশিরে নোয়-নোয় লাউরদনা মুশীন মুরদনা মতুং হল্ল-হল্লদনা চেল্লদনা। ইনেম অদু মচানুপীগী সুদবা থামুক্তা ঙাইরিবা ইন্নফী ফীশেংদু খাওন ওল্লদনা অতুম সেবা চৎগ্রে। য়াওংনা ইনশিল্লুরবনিনা ঐদি শ্লোক ময়ামদু গোপী মপু ঐঙোন্দা থারিবোই নীংলুরে।

নুংশা তরং-তরং থোরকপগী অদুদা চা অমত্তংগা নোংকে হায়দুনা চাওতোম্বীগী উপু হোটেল পাংলকই। চম্প্রাগী চা গিলাস অমদা জগৎ পুম্নমক্কী দর্শন হৈজিনবা য়াবা; নুংঙাইরবা মতমনি। চাওবীগী থরানমীচাক অতেকপা মরী-মঙা তরুক কারবা হোটেল অদু ইচীক চীক-লম্মী। ময়েক্কীদি পেনশিন ফংলবা কয়া ফংগদৌরিবা ঐগুস্বা কয়াগী চকরায়রকপা মতাংনি। করিদৌরে ঙসিদি। চাওতোম্বীসু হান্নগুম্না অতুম কেরি। চন্দোল অমুবদু তরং-তরং অতুম থিল্লি; চা কয়া শেম্বগী মওংদা লৈরি।

—কৈদৌরে ইচে ইতাক তাক্লবদি ?

—এ, দারুগা ইবুংঙো লেঙশিল্লু। লাক্লরম্মী, ইচং চৎনগ্রে। অসিদা, অঙাং অমা লৈরম্মে হায়দনা য়েংনবা চৎনগ্রে।

—অঙাং কদাইদা ?

—করি অসে, মহোয়গী পাওনগী লাইশঙদো

—মসজিদ—?

—ঐ, অদো। অহুগী মনুংদা অঙাং থা অহুম-মরীমুক শুরবা অমা লৈরম্মে হায়রবা। হাংথী অমনা ফজনা য়োম-খোত্তূনা থনম্মী হায়রি। অঙাংহুম্নু নুংশিবনা মহানি হায়দনা ইন্দোন শঙ্গোম য়োনবীনা হৌজিক্তা হায়রম্মী। চা-সি অঙোবা তৌসিরা শঙ্গোম লাকএ।

—চম্প্রাগী তৌবিয়ু ইচে। মহুনা নুংঙাই। কনাগী কমদৌবা ঙঙাংনোনে? হিংলিবা জাংলো?

—হিংবাইবু নোক্তুনা লৈহৌই শান্নহৌই হায়রম্মী; নুপা ওইরমাল্লে! থানাদা পাউ পীরুনি হায়দনা তৌনরিমাল্লে।

—ইহে!

ঙাইহাক লৈ লরগা তা-গোপালগা মৈনোগা লাকই। লাপ্লিংৈদগী তা গোপালহু মখূৎ-ও মশা-ও ঙাংবগী মওংদা লাকমিন্নবা উই। খাদীগী ইন্নফী অহুমগা মচীনবান খায়াৎ মপান অনীহুদা কোঙ্গোন মরীক-মরীক কারহুনা মাদনা ঙাংঙমগদবা, মীঙোন্দা তাঙ্গা পীরম্মোইদবা মওংহু উরকই; নকশিল্লরুবা মতাংদা অশেংবা লাইখায় অহুম তাই। ঙাং-ঙাংহুনা লাক্লগা অহুম ফম্মে—

—অহুনি ওজা মৈনো বাবু, অমা ওইগে ওইসনু ওইরোই তোক্কে তোকসনু লমজা লোয়শঙদা থোক থাখিবা। পোকএ থনম্মে খঙদ্রে লোইরে। থম্বা তারে য়োকপা তারে ব্রোটর মশীং অমা হেনগৎলনি ফরে।

ওজা মৈনোনা মাগী আনোক অথাবহু টুলনা ওনবা মেঙ্গ অহুদা থম্মগা মমীৎ নোইনা নোইনা তপ্পা হায়রুই—

—ইবুংঙো নেতাগী রাহু য়াজে, য়াদে হায়রবা নত্তে। ঐনা হায়বদি, মোস্ক অমদা লৈরম্মে পাঙল মচা ওইরক্রা হায়বনি।

—মহু য়ারোই। হাওফীনা য়োম্মম্মিবহুদি?

—হাওফীদি জগৎ শীল্লে। মঙকশমদা লংসুঙ অমা শিরম্মীহুদি

কমদোৱা ? অঙোৱা হুক মচা অমসু য়াওরম্মী ক্রোস ওইরম্লসু য়ারি। অদগী মমীৎ অহুসু কাজল থাবদোনা মীৎপান্দু মুরি-মুরি তৌরি। মমীৎ লাওরপ তৌই অহুগা মনাতোনদি তুম্মী নম্মী ভাব তাদে।

—কুচুহুদি ঙৌরোক ঙৌরি, মশম কাওবা চুজাক মশমদোনা তৌরি, অহুদি কোরানি হায়রসিদনা ?

—মচীনবান চাউরপ তৌরি, মশমসু খোইরি খোইরি তৌই; নেগ্রো অঙোবরা অহুদি।

ইচে অহুনা পীরবা চা অনীহু অহুম লৌই থকই; য়েংনরগা ঙাংনৈ। অমনা নেতানি অমনা ওজানি। ওজাদি থবক্কী পোখারে; তাগোপালদি চহী মঙা হেক খুদিংগী ময়া-ময়াদা থবক চঙবদোনা তৌই। ইচে চাওতোম্বীগীদা মীখল মতুংদগী ওফিস অহুম ক.বদোনা তৌই। ঙাংবদি মাইক্রোফোন উবা য়াদে। মানা ইল্লিবা মৈতৈরংহু ইতৈমহুনা শাই-লাকই হায়বদি তাদে—মানা পায়রিবা কলমহুদি মোরেরোমদগী লাকপা অমেরিকাগী সেফর মাল্লি। ফনা কুইনা তারম্মী। থেঙজিল্লরুবা অহুদা পৈশা পীরম্লগা ঐ লাক্লে। ঐনা 'ইয়াম্বা অনীগী পৈশা ঐনা পীজরম্মবনি।' হায়রম্বহু মবানী থোওইনা তাহৌদে; তাবদি তাই তা-গোপাল রা মরক্তা মঙক নোমহৌই।

হনজিনখিবদা ইনেম অহু মাঙ্গোলদা মসু ইতোন তোনবা ইচানুপাহুগা হৌদোং মচাহু পম্মগা নান্দুনা লৈবা উই। ঐদি ইহে! শিরবোরে ঐনা ফুম্মুবা তারেদনা ঈরুজরমদাইদা হায়না খন্দুনা চঙলকই। নকশিল্লরুবা কান্দদি মস্নুদা ইনবগী অরেম্বা শঙ্গোম মচীৎতু চামচনা হৌদোংমচাহুদা লেকহল্লম্বা ওইরম্মে। হায়হৌই— থীদা, য়োং ইকায়দবীসি ওক্রিমানেনে।

চঙখিবদা ঐখোয়' মহোয় মচানুপীহু চাকখুমদা উভি পাথবা কম্না ঙাকলম্মী। হংলুই—

—কৈদোরে নমা ইবেম্মা বৈষ্ণবী মকোকচিংবীসি ঙস্তা হল্লক-অদি ? লৈ য়েন্দাইহু তুলসী মখোঙদা হৈদোক্লুনা লৈহৌরে। ঐগ্যা পুকচাউহুগা মাগা মান তৌনরক-অ জাংলা ?

—হো; চঙহল্লে হায়দমা ইল্লকএ, মফী-মরোল তুমথোকপা লোইদ্রবিনি

—কৈদোৗরবা?

—খঙদে, মফম ইরৈ লৈতগুম্বদনা কনানো মহা পাপী অমা মীগী কাইশঙ মমাংদা শিগ্নম্মে হায়রৈ। থানানা চঙবা য়াদ্রে, মীনী-হুম্নি য়াখিরোই হায়মাল্লে। ওন্থোকপা লম ইরৈ লৈত্রদৌনা।

—ইহে!

ফি হোংদোক হোংদোক্না খল্লুই—করি লম লৈতবাইরু, লাইগীদা শিদ্রদি হোদোংগী কৈনো মরক্তা, করি-কার শঙদা শিরুদ্রো! স্বর্গ মুন্দুনা লৌবনি। চীনদি থোকলুদরে। মচানুপী বুজারীহুস্ন মমাগী শর্দ চঙবনি, ভাংনবা তারবদি তা-গোপালহোয়, এজা মৈনোহোয়গা মায়োক্নবা চুম্মী।



ইম্ফাল, ১৯৯০

# তৌরিসিবু

মী হায়বসিবু করিনো ? অস্থুম য়েংলুবদা অস্থুম ঙকলক অস্থুম ঙকলক, ঙক্লম্বদগী কিশিল্লক্লে ; ইশানা ইশা ফাওববু চিংনরক্লে। হুম্রিদংগী তেল্লবা পুন্সি অসিদা শাংল-শাংলবা রাজ্জাও থোক্লিবা ! মরুক অসিদা এ্রে-এ্রেগী, মী-মীগী হায়বা অমনা চফুদা হুপিং খোংয়াম্বী ঙংবদৌনা ঙংঙিবা ; তাবস্থু য়াদ অতুগা তাদবস্থু যাদ, স্নকবামক য়াদি ; কয়াদি শল্লাংঙগেদো ! ওল্লাংঙে। ইমুংদ তৌরা প্রেসর কুকর অসি অতুম কাম্মবনি, মচাক যাওব-য়াওদবা। লমদ তৌরা পোল্লুশন —নুংশিত্তদ নত্তে মৈদা ঈশিংদা কংফান্দা, পোল্লুশন মশা ফাওবা তশেং -তশেংবা ওইবা ঙমদ্রে পোল্লুটেড ওইরে। লোয়শঙনি হায়দনা কা-নরিবশিংসিদনা চাউনখিবা নাতোন অসিনা, হিজ এক্সেলেন্সি গনেশখোয়গীদি ময়ুঙদা ঈনখিবনিনা শাফরম্মনি, এ্রখোয়গীদি মরাক্লোমদা কামথংনরক্লবসিদা থম্ফম লৈরক্লোইদৌরে। মায়থোঙ মপূম পূল্লপশি নাতোন মখুল অমদা পুল্লপ নমশিনবা চন্নরক্কদোরে। অতুবু কমদৌনি, চৌকি অরৈবীনা টুল উবা পোং নত্তে, কমদৌনি লাল্লুপতি অতুম কাবা তাবনি —পোয়োক্কী শৈত্হৌ লাক্লিবা ফাওবা- রা-শস্থু অতুম মচাবা মতাবনি। চাস্থু চারোই কাস্থু কায়োই হায়বদি মীনস্থু য়ারোই ; হিংচাবনস্থু। মরুক অসিদা তৌগ্রিবা বন্দ অসিনা ফ্লাসকী ব্লাইণ্ড শোদা ট্রেন অমা থাদরমদাইমক্ত ফাওবা লাউরকই —মাইনস বন্দ। য়ুস্থান-কৈবানগী মতাংদদি পোষ্টরগী য়াখিবা মহোয় মমা মচা অতুম অতুনা মতৌরিত্রা অতুগা কোবী মথোক লুথোং খাংঙৈ অমসিদদি —শীংজমৈ বন্দ থ্বাই বন্দ, ককচীং চুরাচাঁদপুর তমেংলোং তহুবী, দিল্লীদ নত্তে হোনোলুলু ফাওবা বন্দ। অঙাং মকোক পাংপগী থানাদা রাকংলুবদা শেম্থং পীয়ু য়াদবগী ওইরিত্র, হয়েংদগী বন্দ মচা নুমীং ৯ নিদংগী অমা লৈ।

বন্দগী মায়োক্তা কোবা ওইরম্বস্থ য়াই। চাইরম্বা চেত্থদি য়াওরি,

পাবা শংঙ্‌গ্রি ; বন্দ মায়োক্লক্রিঙৈদা বোনসকী শেনকম মচা অমা লোনবা বেক্ককী পরীংদা লেপ্লি। ঙসাই লোয়শঙ-পুঙকম মমাঙদগী লেপ্লকপনি। মনুংদা কম্লম্বা ইবুংঙো পাখঙ অতু চুক্রুপ অমা চম্মগা হাথু-হাথু থোকখিরনি হক্তিল্লক্ত্রি, মসু লুগুন থাংবগী মমা শাবী থৌরাণী-তুগী জৈগ্য য়াওরুরগা মঙ্গারকপদোনা মকোক মরুহ্ন ইচোৎ চোঙ্‌না পুঙ মঙা তাফাক্রিঙৈহ্নদা চঙঙকই। মপানগী ময়ামহ্ন ঙবোং মনুংদা কিন ফেং-খৈ ফেংনরম্মগা থোঙনাওহ্ন তম্না হোৎচিন্নখিবসি ফিয়র প্রাইজ শোপতা শিদয়াই কিলোগ্রামদা লুপা লুপাদা য়েনবহ্নমঙাই। পুঙ নিপান খরা হেনবা কাওবা য়েল্লি ; খাইবোক অমা ফংনহৌদে। ঐদবু নহানমুকতা কর্ম ফরম্বনা ওইগনি।

লুনা অহ্ন কাখৎলগা ওৎপসি ওৎপসি ; অহ্নম হৌদ্রে —ব্রেকী থাউগা হয়্রাইটকী প্লাকৃকদা তাইনরগা অহ্নম ইল্লক্লে। মনীং চাকাগী মতোঙ্ক নমশীনবা কাউহ্ননা কয়া রানা ইল্লুরে। অথেংবদা নুংশিং-নুংশা চারম্বা মখোয় অনীখক্লা থামম্বহ্নদা উরুমদগী থোররুগা 'পাবুঙ, ঐ অমুক্তা য়েংজগে' হায়রগা অহুম-মরীরক কাখঙ্‌না উঙলম্মগা নমশিনবিরকপনি। কয়া হেক য়াংনা ইগ্নরে। 'সি ওইরে অখঙবনা লাকচরিবা। মখোয় অনীস্থ ঐগা অহ্নম ঙাহৌ-ঙাহৌ চংমিন্নরে। ইখম্ভা ঙায়বগী নিংকোক নিংকোকলম্বহ্নস্থ ফরে। খরা চৎমিন্নরকপগী অহ্নদা অমনা, মোং হাদে, হায়রকই —

—পাবুংবু ঐখোয় ঙাইজরম্বনি।

—য়াম ফরে ইবুংঙো, চৎমিন্নবসিস্থ মনুংঙাইবনি। ইবুংঙো খোয়মা করি করি লৈকাইদগী ঐবু হান্না খঙবদোনা...

—অ খঙজৈ। ঙসাই বেক্কতা ঐখোয়স্থ লেপচরম্মী।

—ও, করি ওফিসতনো ইচাশিংনা লৈরিবনা ?

—ঐখোয়গীদি ওফিস লোইন-মক্তনি। হন্দক্তু স্থমদোরে, ঐখোয় খুদোংথীবা খরা নংলে পাবুঙ, অহ্ননা অঙম্বা মতেং খরদংদি পীবিয়ু। অসিগী পাবুঙহোয় থায় ঙাইরম্বনি য়াম্বিনু, অঙম্বা। খরস্থ থুবিয়ু।

ইপাইমক্তি হোৌদে ; কোকচাওবীদি খুয়াদগী চিং-লাউবীদা। ছাইগৎলকপনি, খল্লুই—ওইরে। কনা ওইরিনি ?…………ঐবু…! রাফংমবা য়াবা তানফম নত্তে ; মহোয়'নীহ্ ফুরীৎখাউ পণ্ডহুমদা হুম্ব-দোনা তৌই। গাড়ীহ্ ডাখত্তনা থম্নগা পিন, মন্নুংদা থংনা থংনা হায়ক্লই—

—হুন্দকসি ইয়াম্বা অহল অমা লৈখিদবনে ইয়াম্বগী হুন্দোক্লম্বা অঙাং অঙ্গুম অমস্তু … …।

—খঙজরে, ঐখোয় পাবুঙবু মুন্না খঙজৈ, খেঙখিনি।

পিন হোৎনক্লদে ; হান্নগী অত্নদগী মনা মরী-মঙা পীগ্রে। লৌরগা মখোয় লৈহৌয়ে। গাড়ী ইন্থবগী অহ্নদা অমনা লৈথোরক্লগা হংলকই—

—পাবুঙ, থিনজৌ হায়ব্রা ?

—ইমাই! ইয়াম্বা …পাবুঙ স্থুম য়োৗজব্রগে।

—ফনি খুরুমজরি।

—জৈ-জৈ ; মঙ্গোল ওইয়ু।

যুমদা ফনা কুইনা রা ডাংদে ; চাকচাতোক মতুং পুঙ অছম্লোম ছমাং হন্দোক্লনা লৈ। স্থক্রিক মমাদি নুংশা থীগ্রমাল্লে, অমুক অনী-রক হংলম্মগা খোইজু লৈখাম মনাগী ধুপ পঙথাদ থাই। ছম্নিগুম্বা পাক-পাক হেক তুমথবা য়াদে, মীকপস্থ ঙস্তা ঙস্তা থোকই। মমাদা তম্মুরবা কান্দতা তুম্বা য়াই ; মাদি কয়া হেক লায়না হায়দোরকএ—

—হে-রাধিকে, অদো ; অহ্নই ওইরে! নহাল থিঙোমগী সনাশাবা শীঙ্গজাউদগী স্থম-স্থম থাবা মপুলসি অম'নীদা নত্তে'য়ে, কয়ানো খঙব্রা মাই পাজিবো ?

—এ, শিদবা মপু। ঐঙোন্দা অমুক হংজিল্লকইনে ঐগী মনা অনী-'মরিহুগী কল্লাপ হীক্তোক্লিঙৈসিদা।

—স্থম-স্থম হেক থা-বা মপুনসে কুনগা মঙা, কুনমঙ্ঙা। পু-রা কুন…

—ফরে, কুল্লমু খঙডে। দান হায়হুনি, মশীং থীফদে।

চেপ্তুর অতুমা অহুরাইদা রাখেরে। চেপ্তুর বন্দ।

মঙানি-তরানি লৈরগা অমুদোম্বাতু বোরা চারম্বদগী হাইরি হাইরি থোকপ্রবা কান্দা বোরা য়োনবী ওম্বীনা মীৎচী মচেৎ-মচেৎ কাপ্লি-কাপ্ল তৌরগা হায়রকই—

—তামোহেন, চেনখ্রেদো, নুপীদো!

—করি রানো লাংলেন নুপীবুদি চেন্দ্রদি হৌদোংনদি চেল্লোইনা ইবানিস্থু চেল্লসিরো?

বোরা তোংন তোংনা নোক্নি নোক্নি তৌতুনা খজিক য়েংলকখি; হায়রকই—

—তৌনুকো! ইনম্মা তারবদি তামোহেনগী কোইলাস ভ্রম মানবা থাং অতু শো-রো, শোরো চিংতুনা ওফিস কা-ননিদা। মিল লাকপদগী সূক অসি শীজিন্নফম খঙনদ্রিবনিকো। ঈশোর সাখী।

মী লৈত্রিঙৈতুদা ঙাইহাক নোকই। অতুদা তাগদবগী লক্কুবনি। রাতা য়াম্না নুংঙাইবী ওম্বীনি। মরা অশোনবতুগা মচা হিদাক কাপ্পতুগা থাকপা ঙম্নবা, মোরে লল্লোনবা চংলম্বদগী, গাড়ী শুরুং চৎপদা য়াওরুবদগী (মামক্তি কৈস্থু তৌহৌদ্রবা) গাড়ী হায়বসিদা স্নুকতোং তোংজপ্ররোই হায়দনা 'ঈশোর সাখী' পন্দুনা রাশকখিবদগী বোরা-চা য়োনপ্রবনি। মুরংনরগনা তবোপ তবোপ, বোরা য়াম্না শীৎপা ওম্বীলৈমনি। মখা হংলুবদা নে-না তানা হায়রকই—

—হৌজিকী অমুদোন রিক্সা চনবদো, মাগী নুপী, হে-রা কৈনাদোন খঙদ্রনে?

—খঙইনে মৈতাল হঙ্গৎ-হন্দা থাদোক-থাজিন তৌবহ নদ্রো?

—হোয়, অসিদা টিকেট রেক্কী রা থোক্কুরুবদো। অতুদো ঙরাং অমদা চেনখ্রে।

—আইমা! করিগী? মাবু মচা লৈদায়নে —অহুম-মরী।

—পাখং-লৈশাবী পুক্কপা য়াওরবনিনে লৈবাইবো।

—অতু কৈদৌনা মচা-মশু লৈরগা চেল্লিবা।

—কৈনো চেল্লিবনিদনা, মচা-মস্নুদা চেনবস্ নত্তনা আ —মাই হয়ে অমদা চেনজবদো।

—ইহে হে! ফরে ফরে। অদু তল হৌনি হায়নত্রা ফোলা ওইরিদ্রা ?

—অদুগীদি লৈকাই লৈরি। অদুগা বোরাসিনা স্নুম'মা কুইনা মচারবদি তামোঙ্গেন হোয়স্ চযু-চনাইদি কায়বা কায়দবা কোক-লুদিকাদি মকাইরকখিনি ; ইনম্মা ইঙ্গিস্নাগী শব্দ মতাদুগা। (নুপীগী মিং ইন্দু কৌবনি ; ঙংদুনতা লৈ হাযদনা মানা থোনবনি অতৈদকাদি শোয়হনা ফাওবা পল্লবা নত্তে —মানা কিশ্রপোংনি)।

অহৃতদা ঐস্ হৌগৎলগা ফুরিংখাউদগী অচোইবা শেল থীবিরনি। থোঙ্গাল চঙলমদাই ফাওবগী লম্গেলদা খল্লুই —কৈনাদোনগী চেল্লিবা মওংসিবু চুম্মীবরনে? কুইনকা খল্লুবা নংবা নত্তে ; লৈরক মচীন্দা মী য়া-য়া লাঙনরকই। চঙশিন্দুনা হংলুবদা চেক্কুম অহুম পায়রম্বা নহা অদুমা শোনবোই লাকপোই হায়রম্মী— 'বাষ্টর্ডশিংদু লৈরকশোমদা চেন্‌শিন্‌খ্রে হায়। মহোয়গী নোংমৈ অশাবদুনা কৈদৌনি। থোপতু লৌথোক্কেনে, "বা-ষ্ট-র-ড।' ঐঙোন্দনি খঙদে মীঙোন্দনি খঙদে ; অদুগা চংখ্রে। মখা তারুদে মাগী চেক্কুম অদু মচি পাল্লি, হৌজিক্কা শেম্বা ওইরমাল্লে। অহল অমনা তারুম্বদগী খঙবনা —চোইঙাংজম লৈকাইগী এক্সিকুয়টিব ইঞ্জীনিয়র অমদা থিকাগী বিল পীদে হায়দুনা নহারোল অহুমখক্কা মোংমৈনা নম্মম্বনি, মাগী নুপীনা স্নুমজীংনা কম্ব-বদগী চেনখিবনি ; ঐখোয়গী লৈকাইদা চেনশিনখিবনি। অঙাং অমনা হরাওন্না তারুম্বনা —'নোংমৈদু অশাবনি।' ঈরুজরিঙৈদা খল্লুই —মী ফাওবা শানরবদা নোংমৈদা হায়য়ে নোংদম্বা ফাওবা শানরকখিনি। মচাক খঙ্গা রাংলিদনা তৌরিবনি। ঐনা ওফিস য়ৌখিবা মতমদা ময়ামদু লাঙদি ইরাং লাঙদনা জু-জা জু-জা তৌনদুনা লৈরম্মী। থংননা ফম্মিবা কালাম্নুনা হায়—

—হো, চেনখ্রেয়ে চেনখ্রে'য়ে, নখোয়গী ওফিসর গরমসিংগী মচা-নুপীদো মহোয়গী ওজা অমদা—

—ওজাদবুদি ছাত্রী চেন্দ্রদি ঐরাদা হোংলুত্রো। গরমসিং মপা মাস্থ কুইররোই, ইবেম্মা টাইপিষ্ট অসি কুচু কুমেন জাং অমা ওইনা তৌরক্লি। ডিক্টেশনবু আই-বি-দা কুইন কুইনা অস্থক তোয়না তৌর-বদবু চেনবা চেন্দবা লৈরিব্রো। অঙ্গানি চাকতুম তৌ হায়য় বজেটকী পৈশা হুনখিদৌ শরুক।

—খণ্ডংে, নঙ অমা ইয়াং-ইয়াং য়াঙিঙভৈদা অহুম তোকঅনি।

—তোকঅনি নত্তে তোক্লবনি পূমতোক। অরূম অরূম্বা ওফিসারস্থ ওইদে, ওজাস্থ ওইহৌদে, ঐ নঙনবুদি চগৌ য়েংবদা জয়পত্র ফংদবদি। কান্নদে তা-কালু, কদায় নঙগী হোল মমাঙগী কায়োনবীতুদগী ইশিন্নবীদা তপ্লকপা কাহু অমত্তা রায়দ্রে হোরেল অমুক শিংবিগে

—ঐ-পা নহোয় ওস্থীতুবু মীঠা পত্তিগী কারবার তোক্লব্রো। নঙগী বোনস অহু থাদরগা করিরোমদা অমুক ওলহনবা তারে। সে, সে, অনী চারো।

—হোয়নে, স্বায়দা লোইথোক্রুদি নয়ুম য়োবা য়াবা কা নত্তেনে, ইতৈমগী মপাঙ্গল মকল অহুগা।

—তৌরিবনস্থ মচানুপীগী লুহোংবগী চরাংনবহু ময়েক শেংনা ঈংথরক্লবা মতাংদা, পেনশিন ময়াগী প্রিপেরটরী লীর নকশিল্লকপগী তৈয়ারীদা ইবেম্মা টাইপিষ্ট অহুস্থ অহুম চেন্নখরে। থবক অহুম তোকপ্রে; য়ুমদা মমাগুস্বী মচে অহুগা লাউনরিভৈদা থবক কাবা শংত্রমাল্লে। ওফিস-কীদি নহারোল অনী-মরী নত্তনা লাঙনখিদে; মচানুপী ওজামা লৌখি-বহুগী রা অহুমদি কোলেজ মীখলগী রোট খোম্নবা মতাংদদি য়াম্না তোয়না পন্নখি; মচা অনী খরা হেল্লকপা অহুরাইফাওবা ছাত্রনা কৌবা বন্দ খুদিংমক্তা শোন্নরি। হয়েংস্থ শহর বন্দ অমা লৈ হায়নরি। নিশা বন্দগী কৌবা বন্দনি হায়নৈ। থোঙ থিংলি-থিংলি তৌরবা, মমাঙথোঙ নত্তবা মখেদি ঙাদি ঙাশিনবা লমদমসিগী মীরৈবাকী মহী-মনাই য়োনবা হুকান অনী-মরীগী মরক্তা লৈবা লম্পাক মচা অমদা নিশা থিংবগী মীতিং অমা তৌগদৌরি। ঐস্থ বার্তোন ফংই। মুমিদাংরাই তৌগদবা মীতিংগী ওইরমাল্লে অয়ুক তু উরকপগী অহুরাইদগী অরৈবা

ভোলুমদা লৈখংলগা মাইকতা ঈশৈ শক্লিবা। সিংহ, মীতৈ মঙাং লুরাং ভোংসলে বেগম সুরে কলাকার। নুমাং য়ুংলকপগী অতুদা অনীকপী অরৈবী, অহাইবী অচোংবী খপচোংবী অমুকপী-নচিংবগী নোংচুপ-লোমগী সুরনা য়েথেক্লবা নোংপোক্কী মুকশন সুরদা দীর্ঘ কূকনা নৈরকপসি নাক্রমাস হিগা য়ৈনগদৌই। হৌরমদাই পুঙকম নকশিন-লকপগী অতুদা কনানো মুহম্মদ মিয়া অমনা হীকথরকই—

মৈঁনৈ পীনা সীখ লিয়া ....

পাপ কহো য়া পুণ্য কহো...

অতৈদি খঙদে, এনা উবদা, মাইক মখোঙ ওইরিবা মৌবী রাশাং অচমহ্নদি তোলহাই তোলহাইননা চাউনোম চাউনোম নোম্লি।

নুমীৎ তাশিল্লকপগী অতুদা বার্তোনদা থাবা অহৌবা পুঙকমদগী পুঙখায় মরী মঙাদং তপথনা মীতিং অতু মযেক শেংনা হৌরকই...

...অতুনা, হৌজিক ইকাইনীংঙাই, খুমজনীংঙাই হায়বদি খুমজরিবা/খুমজরবী শ্রীমতী তরংসনানা সভাপতিগী আসনদা .. (লোন্না)—হা? কৈদৌবা। ও! (লাউনা) হায়বদি; সোরী, ঙাকপিগনি, এখোয় সনাইবেম্মনা সভাগী চিয়ারনোত্রি পার্সন ওইনা ময়ায় তাংবল লৌবিখিবগা লোয়নন...

মফম মরাং খঙনহৌদে—বোক্! ডাং!...প্রোক-প্রোক! শেৎ-শেৎ!

লাপ্লপ লৈরিব। কৈথেল অতু রা! খোইরেল মশা পান্নে। গাড়ীগা গাড়ীগা খোংবগা লাউবগা। নেবুলাগী থরাম্মিচাক পুংককপা অমা পোকখাযবতুঙাই; মায়কৈ খুদিংদা পাইথোক্লখি।

মীংনা কূপ্পগী মনুংদা মীতিং মফম অতু লীলা লোইপ্রবা ষ্টেজদৌন্না লৈহৌই। ঙসাই অযুক্তগী উইরি-উইরিরকপা মাইক খোংবা অঙাং অতু মওংদি য়াম্না ঈংথনা মপোৎ-মচ লোইশিল্লি। খুদাং-খুদপ্না ওয়ার কোন-শিল্লম্বদগী লোইরমদাই অতুরাইদা উগী উপু অচৌবা অতুদা প্রাক থাদরগা মনুংগী হাকথংখাউ অমদগী প্লাস্তিক্কী পেকেট মচা অমা তপ্না চিংথো-রক্লগা মচীন্দা কৎ চীকথংলি; যু-কামথোকই। অদগী কোইরুক কোইরুকা য়েঙঙমদ্রে ঈংনা ভাব তা-না ফমথরগা নীং-তম্না লোংখং লোংখত্তূনা থরুগা মখু নীকহৌরি।



ইম্ফাল, ১৯৭০

# লাইরেল মরীশ্বোং

"মণিপুরগী ইম্ফালনা নত্রগা ইম্ফালগী মণিপুরনা অতৈদগী পুমহেন হেনবসি লাইরেল মতুং ঙা-ইনবসিনি, মপা লৈবা নত্তে; ইকায় হঙ্গোইনদে অরাং অনেম থোইনা খন্নদে; ঙাংলক-শক্লকপা পুম্নমক মায় য়েংনবগী তাবদি তাবনি, ওনশিনবিরুবা তৌনদে। মৈ-ঈশিং, শামুদা পেনানি। মগুণ অমত্তুংদি, খোংলকপা পেনাদ। অপনবা থোইনা পীরুবা তৌনদে। উ খায়বা কান্নেদ, শোল্লুবদা শো মিল মথং মথং; মোরে লল্লোনবসি য়াখোঙ য়ুমদৌরিব্রা কৈনো হায়নবা নাশোন্দা ভাবদা মোরেগী প্রেম নগর, মুহব্বত নগর ইম্ফালনা পীক থল্লি। ঙ রি! পল্লুবা য়াবা নত্তে লৌ য়োল্লগা হেক্তা নমৈ অহাংবা খরুংগী মমল চাদ চনীগা কুনমঙাগুস্বা হেনগৎলি, মন্থিনবা ইম্ফাল নত্তে, ইম্ফালমক ঙারী মনম রা-রা! মরক অমা স্কুল মরী-মরী লিংখৎনখি; চীং-পাৎ, তুরেল উমং-রামং স্কুলগী স্কুলঙাক্তা। কোলেজ অবধীদা লিংখৎনখি; লৈকাই অমগা কোলেজ অমগগী পান্দম লৈরম্বা য়ারি। য়ুনিবর্সিটী লিংখৎনরকখিনি য়ামদ্রবদা জিলা অমমমদা। মকা ফোং্দবগী রাদনি বি, সি, গী লুম্নবা য়াওরম্বা য়ারে। হৌজিক হৌজিক অঙাংগী স্কুল মচা-অচৌ কয়াগী ইংলিশনা থমায়রপ তৌখিবদগী ইম্ফালগী ডেডৌগা মমীগদি ওজানা ময়াবু খুজিক-ভ্রৌরবা য়ুনিফোর্ম তুনবা তোলোপ বল্লোপ্র থমৈ। হন্দোকপা ঙমদবা ইম্ফাল নত্তে"

কৃষ্ণদাসনা হায়বা রানি। রামদাসনা হৌরকই—

"ফরে নঙগীহু শাংমল্লে, নহোয়গী ওঝাগী হৌনবীহু তৌরকনু হায়রে। ঐস্মু অমুক ঙাংগে। মাগী মাগী কান্নবা তৌজববু মহোয়গী ফাদর কনানা মোদোল্লে চিঞ্জরদগে। তৌগদবনি; তৌসনু। মী য়াম্মকঅদি সি ঙাক্তনি, চীন য়ামগনি, থবক য়ামগনি কনাগী অমা অমস্মু কৈস্মু মনুং চঙকম থন্নদৌরিবনি। ঐখোয় নহোয়গী মতমদা তৌরমব্রো। রাজনীতি দল ময়াম লিংখৎনরমব্রো! দল অমগা শৎ, মতুংদা ব্রেকেটতা এন,টি,ইয়ু, বি—জেড মথং মথং; মমৈদদি ব্রেকেটতস্মু

অমুক অহানবা, অনীশুবা ব্রেকেট হাপ্লরকখিনি— হায়বদি মৈতৈ কংক্র কংখু পার্টি [এস { ও(পি)}]। কাযদে ! তৌসনু মী অমগী পার্টি অমা। গণতন্ত্রনি গণতন্ত্র ; মীতন্ত্র। কুম্মৈ খরা থা খুদিংগী অমমম অনীনি লৈজরিব স ওক্লরক্লে থা অহুম অহুম খুদিংগী মীখল-কুম্মৈ হাপচিনবা কায়দে ; হাপ্লস্নু ফররবনি। অশেংবা নেতাগী শক্তিদি মসিদতা খঙবা ঙম্লগনি। হা করি হাযগে হোরি ?"

হরিদাসদা ওনশিল্লকপনি ! মানা মখা শমথরকই—

"ঐখোয়গী সভা অসি লোইশিল্লকদোরমাল্লে লৈঙাক্লোনগী রাক্ষম যৌরক্লে। অকায়বা করিস্নু লৈতে দারোগা সারনা তাকপিবা। মহু পোষ্টমোর্টেম কৌই। দল মমিংদা থোনবনি মীদি নং, ঐ, মা অহ্মানি। সরকারগী কাংজেবুঙ অসিদা তৌনরিবা লমজেল চোংনরিবা মাঙজোঙ চিংনরিবা থৌরি ; কনাগী লৈমায় লাম্নরিবা মপান থোক্লরিবা মনুং চঙনরিবা পূম্নমকসি তৌসনু। পাউগী ঙাক্তনি। নত্রগদি তরুঙয়াব্রা (আকাশবানী) দা পাউ কনানা ঙংবিগনি ; অতাম্ব মীৎয়েং (দূর দর্শন) দা কনানা 'রুকারটকেলিযে খেদ হৈ' কাপ্পিরকনি। তৌসনু। মসিগী কুম্মৈসি যেংশুমসি হাযবা লৈরগনা, দল চামা কনষ্টিট্যুন্সি চামা ; মেম্বর চামা ; মুখ্য মন্ত্রী চামা ; মন্ত্রালয় চনী ; বস ! ওপরেশন খতম।"

—অস। চম-চামা অহু মচখেৌ অমুক হুনা কারকইহুনা কৈদৌবগী ?

—ঐ-পা নঙনবুদি ওঝা ওইদদি রাজ্যগী থাক্কী পোর্টফোলিও লৈরোইদ্রে। মন্ত্রী অমমমদা পোর্টফোলিও অনপ্পী অমমম ; মথ্লাই তাজনবা। থবক্কী রাদি থংকপু মন্ত্রীনা তৌই হায়ব্রো! থবক্তিনাইবু, থবক্তি ঐখোয়না তৌবনি নঙ ঐ মা, ঐখোয় প্রজা। ঐখোয়না শাদনবু থোং শঙ্গাবা হেক লোইবদা নীংখায়হনবা ঙমগদ্রে! নোং হাইফেত্তং খোংলকপদা তুরেল লৈরাই কিম্মহনবা ঙমগদ্রে ; অশিংবা মমা মপা ঐখোয়না পরীক্ষা খোঙবান চেন্দনবু, কচলা রাখু মখোঙশিংহুনা ইচা পরীক্ষা ঙমহনবা মতিকলো। শালা, স্নুরর ! ইস্নু ডাক্তর তম্নবা লীশীং য়াম্খৈ শঙ্গোম কৈতাদা হাল্লগা পীরুদ্রদবু মহা য়োংজাও-শিংহুনবু তরাফাও মনুং চনবা কেসলেনশিংহুবু খন্দবা ঙমগদ্রে!

ঐখোয়না কুনচপপী অঙাংবা অমমম লৌরগা থাদখিবদগী কাজবা ৱোট নত্ৰো? নত্ৰদবু কচলাশিং অদুনা মীকম শঙলেন্দা। থোরী য়ানবী, ইহে! হাইবী শান্নবা ফংগদ্ৰো! তৌসনু য়াম্বু য়াম্মন্দে! ইপৈশানা লৈজবা থবকপুদি কানীংঙ কা কানীংত্ৰ তোক্কদি পাখংবা লাক্কনা তোকপিৱদ্ৰো! তঙ্গীৱোই, ঠিকা তোজগে হায়বগীদবু ওঝা ওইবনি নত্ৰগদি নহান্না ডাক্তর ওইদনা পৈশা পিরক পিরকপত্নদা থল্লগা ওপরেশন তৌদনা নসশিংগা মরুংকোনবী শান্নদনা লৈরনিনা। কান্নদে মরুপ অনী, মীখল খিত্তা ঙাইশিল্লক্লে।

—এ নঙদি করম্না খঙবিরিবা?

—নঙ অমসু হৌরক্লত্ৰা, ফন বুদ্ধি তাবগুম তৌরমদাই। সরকারগী লোয়শঙদা চহী কুন্থ্রাদং তৌরুবদা নমাথাদ্ন মমু শংপিগ্ৰত্ৰা? মণি-পুরগী পার্টি ওফিসশিংগী অকোয়বদা ধারা ১৪৪ চলাইনরকইসিদি: প্রসিডেন্ট অনী-অনী শুনরকইবসি তাদ্ৰো? নঙবু নোংমদা খবর পুঙ ৪/৪ কোনবদাইনে! পার্টিগী মেম্বর খুদীংমক জেনরেল সেক্রেটরী হেক ওইনরকপা নুমীত্তগী থা অহুম হেক সুবা নুমিত্তা মঙা মীখল নত্ৰগা অমদি শোয়দ্ৰবনিনে কোংয়ানবা! কুইৱৱোই নেতানা উখোঙ-ৱাখোঙ নোম্মরনি; মীতিংনা ফুদীং ফুররনি খুবাকমুক পাকপা লম্পাক অমত্তা উবা য়াৱৱোই মাইকতা ওনশিল ওনশিল। ...হায়বা হুরানবা, শেঙাবা অদু তৌবা অদা তৌখিদবা ...। ভীমনা লোন্না লোন্না চাখিবা ময়ামদো সোকনীনা উতোন ৱাতোন্দগী ফোংনা ফোংনা সীবী তৌনরক্লনি। হুরানববু হুরানবনা হুরানবশিং মমাঙদা ফা-নরখিনি। অথালী-পথালী চোংনরুরবা মতুংদা কনাদা তাই? ৱোটতা! বেল্লোট বোক্সতা। ঐখোয়সু থাদনি, নোংমা ছুটি ফংনরিবনিনা। কৈ য়েকপদরা, হোদোংদরা; গধা য়েকপদা, ৱাইখ্ ষণ তিম্বে াক; কনাগী খুবাক-খুনম, খুতুম, মীং, নাকোং, নাতোন কনাগী ফিনুংগী য়েকপা ...।

—ফরে-ফরে! তোক-ও! নঙগীদু হেল্লে, মীনা চাউখত্তে লৈবাক মচা তাদবা লোল শীজিন্নরে হায়রনি —সত্যম্ শিবম্ সুন্দরম্— কাউনু! তৌরনু নহোয়গীবুদি ছাত্র ওইরিঙৈদগী ফি য়াওদবা মীগী

এনাটোমী হেক য়েংবদা নমীৎ অতুদা অতুম তম্নদনতা লৈরবনিনা কায়দ্রে ময়ামদদি কায়বা রানি।

—করি কায়বা! ঙাংনবা পন্নবদি য়ারগা য়েকপদি করিগী য়ারোই!

—তৌনু য়ারোই ময়াম্না য়ারোই লৈবাক্তী লো লেরি; সমাজগী চংনবী লৈরি।

—করি লো, কনাগী চংনবী। ঐস্থু লো শেম্বা য়াওরিবনি। ঐস্থু গণতন্ত্রগী কায়াং অমনে। কায়াং খুদীংমক নীংতম্বনি।

—নঙনা কৈনা নীং-তমশিল্লকপা য়ারোইনে বোন্ধু।

—গণতন্ত্রদবু কনা কৈজিন্দবগে। লো শংবায শংবায় কোকথোং নারগা শঙলেন খুদিংদা মিংশেনগী য়ুবন মরুমদা লাইবৌ চোংনরিবসিদি!

—লাইবৌ চোংগে চোংউ, মীবৌ ফনগে ফল্লু গণতন্ত্রদা চোংলম চাদবা য়ারোই।

—ঐখোয় লোইনা চাদ্রিবসিদি? ঐস্থু চাদবা য়াইনা।

—চাদ্রগনা চৈ—পুল্লগা য়ৈবা।

—ক-রে-ক্ট। অতুনি ঐগী পোইন্ট! কৈদোকপা য়াওরকপসিদি পুল্লগা হেক্তা ফুগা—দন্দী। থেম্বা যাদ্রবদি চৈ। গণতন্ত্রগী লম্বেল অচিদি ভাব মুম্না তারবা কাঙবুগীনি। মসিদা ভাব তারো হায়বা য়ারক্তদনা তাশিন্নরক্রবা, কান্নবা রা নত্তে মনমদা শেং-শেং! দম-দম! দাং-দাং লোইরে। অমনা চৈনা খরা খাঙবা তারবস্থু লৈহৌরিবা অতৈদা কান্নগনি। সেবা মখল অমনি।

—মতুদি ঐখোয হান্নদগী অতুম তৌতুনা লাকইনে বোন্ধু!

—মতুনা অপনাগী মোতনি। তৌদে। কো তৌরক্কে।

—তৌরকই। মতু অপনানা খঙবি-উবিদবনি।

—ঐনা উদ্রবদি তৌদ্রবনি। তৌরম্মবস্থু মহাশোযহোয়গীতু চেদা কোর্বাক্তা অতুম তৌরম্মনি। ফাইলদা ফরিবা লম্বী-থোং, ঙাল্লিবা মৈ, তোরিবা ঈশিং, থিংখ্রিবা নিশা অমুক্কোইনা স্বর্গনা কৈদৌনি, চীপ আর্কিটেক্ট শ্রীবিশ্বকর্ম্মসিং, ডিবেলপমেন্ট প্রোগ্রামগী ডাইরেক্টর জেনরেল

থম্বালময়ুমগী ব্রহ্মা শর্মা, সিক্ষা মন্ত্রিনী কুমারী শ্রীমতী সরস্বতী দেবী মহোয় লোইনা মণিপুরদা রিফ্রেসরস কোর্স অমমম য়াওবা লাক্লিংঙম্মনি।

—তৌনু তৌনু মাইবা ইবুংঙো, লাইগ্রেম্মনু, মী তীং শোক্লবা য়াওরক্কনি।

—লাইগ্রেম্মবগী ব্রা নত্তেনে মাস্তোরবাবু নঙ ঐনা থাল্লিব। মৈ অসিবু চাক চাবদা উবদি লাইরি ঙাল্লিব। বল্ব অহুবু উরিব্রো?

— হো, মহুগীনা খাজনানা থৌররবস্তু থীরুনু অহুগা মৈনা খা-রাং লৈরক কোনশাংদগী অহুম কোংলু পাল্লম্মিবা মিটর অহুনা য়োংচাবী উচাবী শেঞ্জাবী কয়া নপ্পগা চংহনগনু। অহুগা অস্তুম ঙাল্লকখি ন। মানা লোক্তাক্কী প্রোজেক্ট অসি ঐখোয়’ নুপাগী অউন-মৈ নিনা হায়বা। ইনকমটেক্স থীরুনু, থীরুরবস্তু হন্দোকহল্লু। কান্নদে ইম্ফাল তুরেলগী থোংদি উরোক থোং অমনা অহুম য়ানি অহুগা ইনকমটেক্স বাবু অসিগী ময়ুম অমত্তং লুপাহু ক্রোরমুক করিমুক্তং চঙনা লৈত-লৈত শাজরিবসি নহোয ঐখোয়না লোইশিনবিদ্রবদি মখুৱা মতোন্না চিফ মিনিষ্টর ওইবদি নত্তবনিনা কনা লৈরি!

—চুম্মী ঐখোয় নত্তনা কনানা সর কেরানীগী অহুমস্তুবা মথোন্দু কনানা হাপ্পিগনি? অহুক চাউবা পে-শ্লিপ অমা শাবিবগী লুপা য়াম্খেদং য়েপ্পবু! হেরা লীশীং লীশীংগী শ্লিপ অমগী য়াখ্বেবু শেললো! চহীমুক করিমুক্কী মনুংদা লীশীং য়াম্খেমুকখক্তং ফংজববু ফংফেদনা থবক অসি চঙবদা মাহু কয়া খরচ তৌজগ্রবনি। য়েংবিফম থোকই করিগী য়েংশিনগনি!

—খঙঙে, নঙগীহু মিষ্টর, কমপ্লেন্টনি অশাউবনি পেন্দবা ফোঙ-দোকপনি। মহু ময়াম্না ইখঙ খঙনরবা পোংনি শোয়রে ফত্রে চুমদ্রে। পংলে; পুম্মিন্নরে, হল মমৈ পানবী ঐখোয় খুদিংমক্তগী পোপ পোপ তারে। খঙনরিবনি ঐখোয়। অহু করিদি তৌনি ঐখোয় অহুম্না তৌবা ঙম্বা হায়রবু ইখঙ খঙনরবা ময়ামসি শগোল কাংজেবুঙ অসিগী মচী অমদা মুমিদাংরাই ঙাইহাক ইচাশিং ইমৌশিংদা য়েত্তনবা ফম্মরগা ঙাংনবা

অসি মঙাইনে। মানা নহালরাইদি ঐখোয়স্ু য়াওশিল্লুরিবনিনা হৌজিক্তা অ-ঙপা শারুবা য়াবা নত্রেনেদো।

—অ-ও-পাগা রা নত্তে ভাঙ্গী অশেংবনি ঐখোয় করিগুম্বা খরা তৌহৌবা তারবনি। য়াররোই লৈবাক অসি য়াররোই ঐখোয়গী সমাজ লোইরে। কলহৌসি ঐখোয়গীদি মনুং লেল্লে ফরে। অহুবু ইচাশিং-ইস্থশিং অসিদি য়াররোই। শেমদোকহৌসি। লৈবাক অসি মরুদগী মথক-মখা ওলহলহৌসি। পোকখায়রক্লিঙৈদা শেমজিন-শাজিলহৌসি।

—শেমদোক-শাদোক্লগা ফগনি হায়বদি ঐখোয় খঙঙেনে। করিবু কমদৌনা শেমদোক্কদগে? অসিনি। মসিদনি লৈবাক্কী কোক ময়াম চুঙশিন্নরগা লোনা মকোক অমা থে রকইবসে। লমহুইগী মকোক্লি হায়দনা থাদরগা থাগংলুই আ য়োরগা খায়দগী শিংবা তিঙ্গোং কাংগোং হেক মঙনখি। কান্নদে, অহুনদি লৈঙাক পাথাপুনি পূয়মকসে, মসি হান্না ওস্থোকখিসি।

—ফরে ওনবদি তৌসি। ওনবা অরাইবা নত্তে খনখিসি, পাখিসি খন্নখিসি নৈনখিসি। ঙসিগীদি রারে হল্লসি। পাক হেক থাংবা য়াবা খোঙথাং নত্তেনে।

য়ান্নহুনা হৌগংনরে। লম্বেলদা খন্নখিগদবদা অমনা মখারোমদা অমনা মনীংলোমদা অমা অহুনা চীংখৈরোমদা চংনখি।

দাস অহুম স্কুল অচোবা কাবা নুমীত্তগী খঙনহুনা তিন্নরকপনি। য়াম্না চান্নরকই। লাইরিক ময়াই ওইনা ফরকখি। মশকস্ু হাইরপ হাইরপ মান্নে মচিং মশোনস্ু। চহী অমত্তদা মেট্রিক থামিন্নে, নোংমতদা পাস তৌমিন্নে নোংমতদা মিং চনমিন্নে, তম্মিন্নে মথং মথং কামিন্নে চহী অমতদা তম্বা চাউরাক্লা লোইমিন্নে নোংমতদা নুপী অহুম পুল্লপ চেনমিন্নে থা অমতদা লুহোংমিন্নে। থবক তৌনরুরে মাগী মাগী ফনা কুইনা উন্নরুদরে। হন্দক চহীমুকসি অমুক কন্না হান্নগুম লোয়নরক্লি। মখোয়বু পুন্না খঙলকপা কাঙবুনা দাস অহুম হায়না পুন্না কৌই—ওজা দাস, মাইবা দাস দারোগা দাস। পেনসিন

ফংলবা মতুংসিদা কন্না অমুক নৌনরক্লি। ভাব তাবদা হায়নরকখি অদুগা অফেবা নুংশিং অমমমগীস্মু রারী লৈনৈ। মচাশিং, মমৌশিং মস্নুশিং অদুম মখৎনৈ। মখোয় মখোয়না পুন্সিগী চীংয়াংদা লৌরুঙে মাগী মাগী মালেন অমমমদা লৈরিংদা, ওজা দাস রা ভাংগন্দে নিশা অমা পুঙ কাংদনা শীজিন্নরম্মী ; দারোগা দাস সাধুনি চন্দোন চরা পুমলঙ, হিদাকনা ফাওবা চাদে ; পানদি মরক মরক্তা চাবা য়াওই ; মাইবা দাস পুমস্নু পুমখঙ পুমযানি। চাসি - য়াই ; থকসি ফৈ তৌসি, তৌগুমসি ইয়া য়াই। মশানা ইতম তম্মাংদবা মপানা নমতুনা থাখিবা ওইনা তৌরদনা লায়েংবগুম্বা হিদাক কাপ্পগুম্বা হিদাক মমিং চীম্ফা পুবগুম্বসিদং কয়া হৈংদে। ভাংবসিমা মাদনা ভাঙলগে মতানি লাইরিকস্নু খরা খরা থরায় য়াওনা ইখি। অম্মক লাইরিক পাবদি য়াম্না হৈনজে, য়াম্নস্নু পাগল্লি। হৌজিক্ত লোইনা তোকরনা ঈংনা পোত্থানরবনি।

নোং-চীং হাংলরবা অঈং-অশানা চাং অমদা লৈরকপগী ফম্বা নুংঙাইবা মতম য়ৌরকপদা অদুম অসি তোয়না অমুক ফম্মিন্নরকই। হান্নগুম রারী শ নৈ। মরমগী নত্রগা মীরমগী খবরগী পাউ অমদগী হীরম অমা লৌখৎপা হৌরগা মতুগা মরী লৈনবা কয়া অমা নৈনবা হৌরকই। কন্না কন্না য়েংনবা মতাংস্নু য়াওই ; মমায় ভাঙনবা মতাং য়াওরকই। ঈ শাদ শাগৎনরক্রবদা ময়াইদা থম্মিবা চুরুপ-মৈখেং অদুনা হেক হেক নেমথনৈ। নোংমনা কনফুসিয়সনা হৌরগা সোক্রেটিসরোম লৈশিল্লক্রুনা এরিষ্টোটলগা প্লেটোদা কন্না নৈনরগা অঙবা ছাত্র ওইখিবা আলেক-জেণ্ডর কন্না নৈনখি। নোংমা অমগী রাহৌনা কার্ল মাক্স ওইখি অদুগা নীৎসে লাল্লগা গান্ধী-সুভাসতা কন্না উংদুনা লৈখি অদুগা মমৈদা কৌটিল্যদা পোত্থাখি। নোংমস্নু রুসকী জার-লৈবাক্কী ফীবম য়েংমিন্নরম্বদগী নক্সলবারী শম্মগা কাশ্মীর, পঞ্জাব য়ৌরুই ; মরক্তা পুরুগী 'নিংথৌ অমগী লীচৎ' হায়বসিদা ভাইহাক চাউথোকমিন্নরুই। মীফম কয়াগী মরক মরক্তা ওজা দাসনা ওমর খয়য়ামগী পাউজেল হেক-হেক পীরকপনি। নোংমস্নু কাজী নজরুল ইসলামগা হিজম ইরাবোতকা

কন্না নৈনরম্মগা কমলগী মাধবীগা বারুনী কামিন্নরুই। হাইথরকপদা মিন্নথোংদা জহেরাখোয়দা চঙহুনা হিদাক-ঙান্থক অম-করিমস্থু মথক্লকই। অহুমসি চহী হুমদ্রা ময়াগী অস্বায়দা মতম ফনা পাখঙ ফারক্লি।

থা মঙা-তরা হৌখি। খঙহৌবা নত্তে; অহুমদা কৈস্থু অহোংবা লৈতে; চথরি। পেনশিন মতুংগী পুন্সিদা অনৌবা পুন্সি অমা হৌরি— চথরি। নাকেন্থা অমদি য়েন্নীংথা, মতমদা লৈবদগী পাম্বী মশাদা লৈবনা হেনবা তাই। বসন্তদতা লৈশাং তমগনি হায়বগী ব্রা লৈতে; লৈশাং তমকপা মতম অহুমক বসন্তনি। পিরেল হৈদা লৈশাং তমদে— কনানা হায়বা ব্রানো! বসন্তনি হায়দে মালিকাদি শাংপরদো। কুন্দোস্থু অহু মঙাই।

নোংমদি অহল-নহা অহুম অসি চান্ননা হেক্তা শাউনরে। ওজা ইবুংঙোংদি ঙাঙদবগী ঙাঙদবা তুমিন্না অহুম মতারে! অনী অসিমদি ওখাক যৌনরে। অহুংঙ ওজা ইবুংঙো অসিনা. কোলেজ অহানবা কামিন্নরকপগী অহুদা, পে ন্দন্নবী নুপী অমা কোষবগী অহুদা লৌব। য়াই-যাদে যেংনরম্নদগ 'লাইনা শেম্বনি' হাংব। ব্রাকম অমদা লাই লৈলতে যেংনরকপদ মমায মমীং ঙাঙনখিবা শিংলি-নাউরি পুন্নমক হৌনখিবহু যৌরকদৌরে। ফিমক্তি শেম্নদে হায়ববু শেম্নরম্বশিং থোক্লগদি অমা নত্রগা অনীমক শিমিন্নদ্রি ফাওবা খাম্বা য়ান্নমদবা য়াবগী ফিবম্নি। মাইবা দাসনা য়েংলকপনি —

— করিগী যাদনি। তৌনরিবা পুন্নমক অসি পুমথিং থিংবা ঙমগনি। ঐ নঙদা পৌজরুদ্রগা লোইরে ওফিসার মানা মন্ত্রী মানা শেনচাবা মতিক্লা?

—মতিক ওইদনা চারে। চাদ্রবদি হাপত্রে। হাপ্লবা পীরে। থবক তৌরস্থু তৌদ্রস্থু তলব ফংলে।

—ফংদবা কাঙবু ঐখোয়দি?

—ফংজদ্রেদনা নপৈশা পাম্মুবদি চৌকী ফংদ্রে করি-করিনো লৌহুনা অহুম চাজরে।

—অচুম্বদি লৈরিব্রা?

—নঙগী অচুম্বা কনানা খঙজবগে ইচা ডাক্তর তম্বা। কংহৌরগা লোইরে। পাস তৌদ্রবদি য়াদবনিনা ওজা চাকৌরে। অদগী তৌরগা পীজরে খল্লে তম্মে। অদগী অচুম্বদা খৌশাহৌবা নঙগী নচাহু লায়েংঙে—অতুস্থ য়াঙ্খেচৎপী অমা য়েপত্রবদি ওপরেশন তৌবিরোই। নঙদনি হোস্পিটালগী য়েনখা অমদা স্নগৎ-স্নগং খাঙ লৈদৌবা।

—অচাবা নঙস্থ অপীবা মাস্থ থবৎ-থবৎ থদংলবদি, পরীক্ষাদা অশিনবমখৈ কাপথেল্লবদি তোকহল্লেদনা।

—পীজবস্থ অচাবস্থ কাঙজৈবুঙ পুখৎলগা ফাঁসী থোক-থোক তৌরবদি মখা তাদ্রেদনা।

—নতীক্কু জিরো! থৌরী অনীখক পায়রগা নঙ অনীখক্লা কৈদৌদৌরিবা নঙবু তৌজরো হায়দনা করিমতা অপনবা পীদনা লেপ্পল্লবা ক্ষাওবদা পরেং অমমমদা লেপ্পগদৌরিবা মী অসি লীশীংদা নত্তে লাকতনি।

—পুল্লপ পৈরগা ইলেক্ট্রিক করেন্ট থাজিল্লগা মীকুপ্পা প্রেক!

—করেন্ট লোকুদৌরিবা মফমহুদা পৈশা পীজদ্রবদি চঙহল্লোই। হাৎপদি লাইরদনা শিজগে হায়র ক্ষাওবদা কোটাদা নত্রবদি শেল পীজদ্রবদি মফম পীবগী রা লৈতে।

—অফবা তৌননবনি সরকার অমা লৈঙাক পথাপ অমা ইমাঙ নমাঙদা খিল্লিবসে!

—হ! মহুগী নঙগী কোর্বেককী অঙ্ক পথাপ অহুদনি গণতন্ত্রগী লঙ্কাকাণ্ড অসিদা নিংথৌগী রাবণ মকোক্লা চাকশৌবুঙ ওইরিবসে নঙগী ইজম ময়ামগী থৌর থৌরবা ময়াহু উনগী ব্লেডতৌনা খ্যাও-খ্যাও!

—নঙগী ইজম অমনবা অনী-মরীহু তোক্লগা অনৌবা অমা শেম্মবদি? য়াদ্রা?

—ইজম অমনবা নত্তে; নৌর-নৌরগা মনশিল্লকইবদি মী ঐখোয়নি—মীনি। নঙ-ঐ পুরেন ক্ষারুক্পগী যুগতা লৈরক্লি; য়োং কন্না খীংলি য়োং খীংবগী মখোলদনি ঐখোয়না লিল জগোই কন্না শারিবসে মনাগী হৈমাংদনি ঐখোয়না। খুত্থং হোৎলগা মোংশোংদা ব্রাইরিবসে।

—অহুদি কৈদৌবা তারে।

—খাঙবা, খাঙমিন্নবা।

—পাঙদবগী খুদম অমনি খাঙবা। অখংবা ঐখোয়দি খাঙদবা তাই খাঙহন্দবা তাই। উপায় পুথোকপা তাই। অনৌবা পথাপ পুথোকপা তায়— অনৌবা লৈঙাক্লোন অমা শীজিন্নবা তায়।

—মীগী ইজম মপং-মপংদা শেম্মবা পথাপ কোকথোং, কোকথোং লৈরিবসি নত্তবা নঙনা করি অমুক শেমদৌরিবা ?

—কোকথোং ময়ামন্থু চংনবা য়াদ্রে শেমদোকপা তারে।

—শেমদোক-ওনে য়েংঙসিনে। শেম্বা শাবা হৈরবদি নঙগী লৈবাক-গণতন্ত্র চংপা স্বর্গনি, য়ানি, য়ানগনি চংনগনি। মী খুদিংমক্না পান্নবা অমা পুথোক্লো।

—ঐনা অমা পুথোক্নে। পুঙচুম চুম্মবা অমা; অনৌবা!

"এ! অওইরনে।" ঙসাইদগী ময়েক শেংগ্রবা, হায়বা ইনখ্রবা বিচারপতি অমদৌনা লৈরম্বা ওজা দাসনা মরু থোক হাইগংলক্লগা ঙক্লকপা রানি। য়েংলিবা অমহুমদি খঙদে অহুগা ওজা অসিমদি ফজনা ঙক্লে। অনৌবা অমা পুথোক্লে হায়বা তাবদা ওজা দাস ক্লাসতা অনৌবা সেলেবস অমা পুশিল্লকপদৌনা ঙকই মমীৎ-মনা খংশিং শিংই; তুম্মুব-মক্তি নত্তে। মমিত্তা সোক্রেটিসকী মমাঙদা প্লেটোগা এরিষ্টোটলগা খুরু-খুদক কুন্দুনা লৈগুম তৌই; কলিঙ্গ হাইরপ মানবা লানফম অমগী ময়াইদা শগোল মরীনা চিংবা টেঙ্ক অমদা ধোরা-ও চুরা-ও তৌবা নুপা অহল অমগা গাণ্ডিব মানবা নোংমৈ য়ানবা খাং তুপ্পী উপ্পা মীয়াই অমগা ফম্বদৌনা তৌই। অনীগী মাঙদা, শিখা চাউনা খাকপা পতঞ্জলী মানবা মশা-মউ ফবা নুপা অমনা 'ডাস কেপিতা' হায়না থাবগুম্বা খুৎইগী বোয়জাও অচৌবা অমা কোল্লদনা মখোয় ময়ামগী মরক্তা তরঙদা পুমঙান ঙান্না লেপ্পা উরকই। নাকনগী লৈকংলাগী চীংহুম মচা অমদগী মকোই-মরাং পুমঙৌ ঙৌবা মকোক খুম্নপ তৌবা অহল অমনা মখুৎ অনী নোংমদোল্লোমদা থাঙ্গৎলগা লাউবগুম তৌই—

—'য়দা য়দাহি ধর্মস্য...।' দারোগা দাসনা 'তারসে'! হায়রকপদা ওজা দাস মীকপ খংথোক থোকই। অমনা মখা চথরকখি—

—পূম্নমকসে লৈঙাক পোথি-পোরমদা লৈরে। অহ্না লৈঙাক পোরমদা ঐখোয়না তৌগদবসি; য়ুম অমগী মপু অহলনা ওই; অহ্না লৈবাক্কী থ্বায়দগী অহল ওইবা মী অমবু নিংথৌ ওইহনবা। কম্পুটরনা থনবা।

ওজা দাস—ওঃ! মোনার্কী।

—ঙাইখো তাখো। থ্বাইদগী অহল ওইবদনা য়াদ্রি পেং চোইদ্রিবা ভাব তাবা অশিংবা মী ওইগদবা।

ওঃ দাস—ফিলোসোফর কিং।

—তাখোনে। মচা-মস্থু শাগে নাতে কনাস্থু লৈতবা চহী হুমদ্রা-দগী তাদবা ওইগদবা। চহী অহুম থা অহুম নুমীৎ হুম্নিগা পুঙ অহুম হেক স্থুবা মতমদা ইলেক্ট্রিক চীয়ারদা ফমহল্লগা হাত্তোকপা।

ও০ দা০ —অস! টাইরেনীজম্।

—ঙাইখোদা! তাখিসিদা!

—নিংথৌ অসি মফম মফমদা পৎচত্তা চৎপা কোয়বা য়েংবা য়েংহনবা; মফম অমত্তদা ঙাইহাক্তা লৈহন্দবা। ফমহ্না তৌনবা থবক অমত্তা পীদবা।

ও০ দা০— অং।

—নিয়ম শেম্বা মী অমনে, নিয়ম চলাইবা মী অমনে ঙাক-শেনবগী অমনে, অহুম অসি মাগা ঙাইহাক্তা থা-নদনা লোয়নবা। নিংথৌনা পাম্বহ্ন হায়বা, মখোয়না নিয়ম খুদক্তা শেম্বা, হেক্তা চলাইবা, নিয়ম কায়না চংলকপশিংবু মরাল লৈরে হায়না হেক্তা লৌবা অতুগা পীকপা চাউবগী ৱা লৈতবা লাল্লবদি লাল্লে; লানবু লাল্লবদি দণ্ডি অমত্তা—হাংপা; হেক্তা খুদক্তা হাংপা; হাংপগী উপাই কয়া লৈবা থম্বা য়াই অতুগা তৌবদি, ময়াম মমাংদা শোয়দনা হাৎকদবা; ঙাকশেন্ন লোয়শঙনা।

ও০ দা০— অ! এ! লাল্লি লান্দে কনানা লেপকদবা?

—নিয়ম চলাইরিবা মী অমদি মাগী কাণ্ডবু অহুনা খুদক্কা। মখোয় মী অহুম অহুগী মী কয়া, লোইশঙ কয়া লৈগনি। মখোয়গী য়ুম্ফমদা প্রজা মীয়াম, মী। ঐখোয়। ঐখোয় মী ঙাক্তনিনা কৱি লানবা চুম্বা; কনাগী মগুণ নত্রগা মরাল লোইনা খঙনবা ঙাক্লিদা ওজা ভাঈ! ছায়দোক্লদবা অহুগা খঙ জিন্নদবগী ৱানি খঙনরিবা ঙাক্তনি মাই দিয়ার; কান্নদে ঐখোয়না খঙলিবসিবু চুম্মবা নত্রো। ঐখোয় অহুমনা ভাব হেক তাৱকপদগী ঙসি ফাওবগী লম্বেল অসিদা মওং খঙলিবা মশক মমিং চপ চপ চানা খঙলিবসিদি? হা? লাই য়েংহুনা ছায়য়ু পেং চোইত্রিবা নঙনি, খঙব্রা?

ও০ দা০ —ইশা ইশানবুদি খঙদদি।

—হো, লোইরে। নঙনা খঙলিবদো নিংথৌদা যৌহনবা। নিংথৌনা লাল্লি নত্রগা লান্দে ছায়বা লৈখায় পীবা, মাগী তেংবাংবশিংগা তান্নরগা। অদগী মনা নত্রগা দণ্ডি; অমত্তগী ওইবা চৈরাক-কন্বা। বস।

ও০ দা০ —খঙঙে, ডিক্টেটরশিপ!

—ঘাইখো'মী নঙবু, ওজা-বু নঙবো!

—অওইবনি অংগল অসিদি. মসিদি! হন্দক্লা ওজা ওইনা পোক্লরে হয়েংমুক্তি মসি গবর্ণর ওই পোক্কনিসে মসে! কুলীংগা ওপ্লোজিসনগা দল অনী ঙাংনরিঙৈদা নঙনা অ-ওপা শাবা য়াব্রো। মসি নহোয়গী য়ুনিৱর্সিটী ওইৱবোই নীংব্রো? ইখী খীগৎলদনা!

দাস অহু তুমিন লৈখি। দাস অমনা ঙাংঙি, তাকই উংলি। অহুমস্থবা অহুমনা হংবোই য়েৎপোই নৈনবোই তারি।

অনৌবা লৈঙাক্লোন পথাপ অহু নোংমদা লোইবা ঙমখিদে; মঙানিদা তথায়দা মচল্লি। তরাহুমদোইনিগী অথেংবদা দাস অমনা তৌরকপা ড্রাফট পুখৎপা লোইরে। খন্ন-নৈনবদি নংহৌব্রে। মথংদা পুথোক্তুনা খন্নবা লেপ্পরে।

ফাগী-ওই নুংঙাইবোই তৌরম্বা ওজা দাস অহুস্তু মখোয় অনীগুম চীং-লেমশিল্লক্লে। খন্ন-নৈনবদা মায়গে অমা পুহুনা য়াওরে। চাবা-থকপা

তৃস্বা হিপ্পা পূম্নমক্তা অনৌবা পোথি-পোরম্ অতৃগীদা খন্নখরে। পার, ইরা, শেমদোক্ল, খন্নর ইশিল্ল তৌবনা চহী অ্মা মখায় কল্লপ চৎই। কোক অহুম চুংশিন্নহুনা চাউরবা লাইরিক অমা থোকপা যানা শেম্মে। হন্ন-হন্না পামিন্নহুনা নৈনরবা মতুংদা য়ারে হায়না লেপ্লরে। অতৃমকপু ওজা দাসকী থৌইনশিন্দগী অমুক্তা রিরাইজ তৌমিন্নরে। থামৃক চঙই। পুম্নোই লোইনা লেপ্লবা নুমীত্তুদি চাক তৌই। নুমীত্তু মরক্কী মীখল অমা থোকই হায়দনা নৈবাক লাঙনবনি। অতৃবু কোক অহল অঙ্গমদি দারোগা দাসকী য়ুমজাওগী মথক ইথং থংবা কা অমদা ঈংনা চীক্লা ভাব তা-না ফমহুনা নুংঙাইনরি। পুম্নোই লোইবদা চাক তোক্লগা নুমিদাংরাইরম খন্নবনা অনৌবা পথাপ পোরম অসিগী মমিং করি থোনসিগে —অসিনি। অমনা অমা হৌদোকই, খন্নে, য়ানদে। অমনা হৌদোকপতৃ অমুক খন্নে; মতা চাফাত্তে হায়হুনা থম্মে। অমমৃক লৌখংলি, অমুক লৌথে। লৌখৎ লৌথদা নুমিদাংগী চাক অমুক য়ারক্কদৌরবা মতাংহৃদা ওজা দাসনা ত্তেমশিল্লকই—

—কান্নদে সে, ঐ হায়গে; নখোয়গী য়েতুমগা কুলগগী মাথাহুনা চংবা ঙম্মরোই। ঐগীসিনা ফরবনি।

—করি? হায়য়ু।

—ঐখোয়গীসি অনৌবা নৈঙাক্লোনগী পোরম্নি।

—মানি পূম্নৌ নৌবা, পুমস্থ স্থনা য়াওরবা; নৈবাক অসিগী লৌবুক-মীদগীনা কোন্নুং-মী ফাওবা মরাং কায়না পানবা য়ারগদবা।

—ফরে, অতৃনদি ঐখোয়গীসিদা সমাজবাদ য়াওরে; কোমিনিজম য়াওরে ডেমোক্রেসীগী শরূক য়াওরে। ডিক্টেটরসিপ য়াওরে; মোনার্কী হাপ্পে।

—ইজম মখে স্থরে, ফোর্ম লোয়না ইশোক শোক্লে; গীতাগী কোরানগী গুরুগ্রন্থগী নুমীং কাপ্পগী শরূক লোইনা হাপ্পবনি।

—সোফিজম, পাইথোগোরিয়ানিজম, লাইনীং-লাইশোনিজম স্থরেনে, হা মাইচৌ বাবুবু?

—ইজম অমত্তা চিথত্রবনিনে, উঝাবু।

—য়ারে-ফরে, অহৃদি, মমিংসি 'সর্ব-ইজম্-পোরম-সংহিতা' কমদৌই ?

দাস অনী শকফম হৃৎজিনৈ খণ্ডন-খণ্ডনা খন্থৈ —'সর্ব' হায়বদি পুম্নমক, অপূম্বা, সুপ্লবা ; ইজম ইজম লৈজরে ··· অতুনা। ··· হায়বদি — ··· সংহিতা ; সংহিতা !

—সংহিতা! য়ারেনে। ফজরে! ফজরেনে মরূপ! চান্নরে।

—সংহি-তা হুদা ··· মানা ···সংহিতামক্তগীস্থু ···

—এ, য়ারেদা! নঙগী নুপী মানবহু তৌরকঅনু! থোল্লে য়ারে লোইরে ; সংহিতা! বস! সর্ব-ইজম-পোরম সংহিতা লোইরে।

অহুমদা অনী খুবাক খুথ্রে ; লোইম্নবনি, অমহুমস্থু অহুম খুৱক্লে। মথক্তা ফি লৌশিনবা লাকপা দারোগা দাসকী মমৌ য়াইমহুনা উবদা মথম্নতা নোক্লগা কুমথখি।

ভোট হায়দোকখরে। দল অহুম-মরী-পুনশিল্লগা সরকারস্থু শেমগ্রে। মী লিজরবস্থু অনৌবা মানবা সরকার অমা শেমখরে। মতাং অম্বায়দনি দাস অহুমগী তীংনা ফুকপা হৌরক্লিবা। অমনা হাইফেক্তং কাঙলুবদা হেক্তা খন্নৈ —চুম্মী, চুম্মীনা। তান চারে সরকার নৌরে পথাপ অনৌবসি চংনবা চুমগনি ; পূম্নমক য়াইফৱবনি। ৱোট কন্না খোম্নরিংদা লৈবাক্কী পুঙয়াই য়াইফবা পামনা লম্পাক খুদিংগী লাউরম্ব। কাদি কাহৌদ্রবা, মথংগী এম এল এ খরদা অহুমহু চঙনা উন্নরুরে। চংহৈনা হুমগ্রা মঙাগী অহুৱাইদা হাইদনা লৈরবানা পূম্নমক্তা হৱাও হৱাও তৌবিরকই। অহুম্না হায়বা ঙাংবা মুন্না তাহৌই। মরক্তা মথদাং নিকপমখৈ হাকামচনবা খাঙখিবহুদি দাস অহুম উহৌদে। হৈত লাক্তবা দলগী সদস্য নত্তে। অকাবা খরদা চঙলুবদি দল তিন্নবা খরদগী নামফুং নামফুং ভাবনরা খণ্ডদে চঙংল্লক্তে। মন্ত্রীগুম্বশিংগীদা চংলুবদি থোঙগান্দগী হলহল্লকই। মহুদা ওইরে দারোগা দাসনা পীং লাউরকইবা— 'হে-রা'! ৱায়খু-মখোঙ ঙরাংগী ঙাখা! মখোয়না নত্তবা তৌগদবগী য়াদ্রবনি। য়াদবা য়ারোই মখোয়গী পংলবা কাঙলোন অসি কোন্দুনা লৈবা য়ারোই ঐখোয় মীং পাঙলবনি। মখোয়না য়াদদনা চংনগদ্রা! আন্দোলন! নিঙাই! ডিমান্দ! ঐখোয়গী ৱাইট, বার্ট ৱাইট!

অহুমহু চান্নবা শাউই। শোল্লপ তৌশিনখ্রবা ওজা ইবুংঙোহু মশা নীকই; তত্তনা নিক্লি-নিক্লি তৌহূনতা লৈরবা নাতোন সুমাংগী কোই অঙৌবহু খংনিক খংনিক চিংই। আন্দোলন হৌবদা লেপ্লে। শেম শাবা হৌই। দলশিংদা মথং মথং চত্তুনা হায়রুই। রাখন্নদি শৌগংলি য়াওবমক্তি দলগী থৌপুবা হোংদোক হোংজীনগুম্বা করিগুম্বা মথং মথং লৈবগুম্বগী রা হায়রগা য়াওররোই হায়নরকই। নহারোল খরদা মথং মথং হায়রুই। নোক্লকপম্ব য়াওহৌই কপকে তৌবস্ম অহুম থেংনরকই। হেন্নহুম শাউই অহুমহু —'য়োং জাং নাইদবা! মখোয় মখোয়গী নুংঙাইনবা শিনবিরগা তোকচো অপঙবা। নহোয় মশেল শেং-শেত্তুনা চা-নহৌ। মীথীবোং ওইহুনা অহুম লৈয়ু। এখোয়দনা হৌগনি।' লৈবাক শেম্বা অহুমহুগী লাইখায়নি। মচা মস্ম কয়ানা মচীন খুম্ম খুম্মগা কন্না খাম্ব ন। য়াদে। লিংজেনদা মচিং লৈবা অহুম্নি।

অনৌবা সরকারগী ইহান হান্না ফম্বা মীফমগী নুমীৎ অহুদা, মী তিনখৎলকপগী অহুরাইদা অহল অহুম মখূত্তা ফীরাল কুপ্লাং লাংবা অমমমগা খোল্লাও ইবা কার্ড অমমমগ. পায়রদনা মীফম শঙলেন তম্না হাইজিল্লকই। লাউই —'অরিবা পখাপ - পামদে; অনৌবা সরকার —শিনসি; অনৌবা পথাপ —হোংসি; লৈবাক্কী ঈহৌনা—মায় পাক্লে।'

লম্বেলগী নাকল অনীদা লেপ্পরগা য়েংনবা মীয়ামসি পৃথিবীদা খ্বায়দগী শক্তি লৈবা মীরৈবাক অমগী প্রেসিডেন্ট অহুম পুল্লপ মখোঙনা ময়ুম ময়ুমদগী লাকপসি মঙায়। অকা-অকুম পুমথিং। গাডী খোঙ পুম্নমক চপ-চপ! মথক্তা এরোপ্লেন পাইরম্বশিং থোক্লবদি মখোঙ-মখূং শৎ-তিংথোক্লগা অতিয়াগী মপাদা ঙংবকা লেপ্তুনা ঙাইহাক লেপ্লম্বা য়াই। অয়ুক্কী লাইরিক তম্বা কুম্মকপা নুংথিলগী কারকপা অঙাং ময়াম অমা নরুপ্পা মরী-মরী ইন্নররি, য়াম্না শাংনা। মরক্কী মরু কোকপা অঙাং অমনা কন্না নোক্ল-নোক্লা লাউরকপগী খুম্বা য়াওরুই। থংনবদা চৎলিবা খরখিং চাউবা অমনা পুকনোংতা খুনীংনা কক! ইক! মতাইদা অহুম ফম্মগা সুগৎলগা নোকপা খাংহৌরে।

লমলোং মরী ফাংবগী অহুদা হান্নবা পাউ ফংলবা থানাগী গাড়ী মচা অমা লৈরম্মী। য়াম্না নিন্দবা তুপী লাইখন তাবা উপ্পা অমা খোররুগা মথূৎ লোম্নহুনা খুরুম্মগা গাড়ীদা লেঙখংলসি হায়রে।

—করি ! নংগুম্না ঐখোয়বু থিংবা নতীকুলা ?

—ওজাবু থিংব। নংচদে খোঙনা লেঙবহু ৱাৱনি মফমহু য়োনবা থিগ্গগে হায়জবনি।

—থিনগনু নশিন করি লৈ। নহাক্মখৈ থেম্বদি য়াদ্রগা হৌজিক্তা য়াওরবা শাবা! ইল্লকউ তুংদা য়াউনীংঙগা, খোঙনা চংকনি।

—ফগনি ডাক্তর সাৱ! অহু লেঙবদি সোমদা লেঙসি।

—করিগী ? মত্তোযগী শঙলেন্দা চঙগদবনি চাইখায়গদবনি।

—চুম্মী হোয় সর। অদ মহোয়না ফম্মিবদো ঙসিদি অহোবা মুমীংনি হায়দনা শঙলেন্দুদা ফমদ্রে অসোমগী ফীৱান অঙাংবা অমা থেংলিবসে মসোমদা ফমখ্রে।

—ইয়া। কিহুনা চেনপ্রবা। কৈ তান্নগনি। চংলু লম্বী চিংঙ্‌।
অনৌবা পথাপ .........।

অহুম অহুবু তুপী অহুনা লমজীংলে। মাঙগী নাকন্দা থৌরহুনা ইল্লিবা গাড়ী অহু খানহুনা থমহল্লম্মে। লম্লোং মরী ফাংবহুদগী মনীং পাংবদা চংলগা লম্বল খৱা পীরুপ তৌবা অমদা হাইজিল্লে। অহল অহুমহু লাউরি অঙাং মরী মরী ইন্নরি। খৱা চংলগা অমুক পীক্তক তৌবা লম্বী অমদা থেকচিল্লগা য়োংকী লাওনা-চাউনা ফাংপা থোঙ্গাল অমদা পুশিল্লক্লে। অহল অহুম কন্না লাউরি। অম্মুম লাউরম্বদগী দাস অমনা আনোক তৈথোক্লৱগা মথক্তা হাইরূপ য়েংখংলুই। খংপ্রেক খংগুম তৌই। অমনা লাউরকপহু খুমগে তৌরম্বদগী চপ লেপ্পগা দাস অমদা ভপ্না হায়রকই —হায়! নত্তে নহে!

—করিবো ?

—অদিদি মেন্টেল হোস্পিতালনিনহে; তু, থারিসে!

—হা !!

—হা !!

দাস অহুম্না হন্না য়েংখো[illegible]দা য়োংকী থোঙ্গাল অহু হাইজিল্লম্মে।



ইম্ফাল,
ডিসেম্বর ৩১, ১৯৯০।